# অরেপ্পা মরূপ

( মণিপুরগী অহানবা সমাজিক রীতা )

(লেংজবা)

রোখাইবম ললিত সিংহ

# অরেপ্পা মরূপ

( মণিপুরগী অহানবা সমাজিক লীলা )

লেংজবা ঃ

শ্রীসোরোখাইবম ললিত সিংহ

ফোংদোকচবা ঃ

শ্রীসোরোখাইবম ভুবন সিংহ

( অনিশুবা ফোংবা )

ইং ১৯৯৫ শোক

মমল লুপা ৫০ তনি

*Printed at* :—

J.M Printing Works, Yaiskul Janmasthan

Imphal

# অহৌঙবগী ৱারোল

লাইরিক অসিগী অহানবা খুৎনম ইং ১৯৩৬ তা শ্রীখুমুকচম ইবোহল সিংনা হৌংবিখি। ভোল্যুম অসি মণিপুরগী অহানবা সমাজিক নাটক ওইবতা নত্তুনা মণিপুরদা Drama দা টিকেট লৌদুনা শাল্লবা ইহান হানবা দ্রামাসুনি।

লাইবক থিবদগী পৃথিবীগী অনিশুবা লান্নাওদা মণিপুরদা লান কায়রবা মতুংদা লাইরিক অসিগী কোপী অমগা থিবা ফংখিদবদগী লাইরিক অসিগী অনিশুবা খুৎনম মতম কুইনা পুথোকপা ঙমদনা লাকখি।

মণিপুরী দ্রামাগী মরমদা নৈনবীরিবা অমদি রিছার্চ তৌবা ইচিন-ইনাও কয়ানসু লাইরিক অসি ফংহন্নবা তকশিনবিরকখি। লুংঙাইতবা অমগা লোয়নননা কন্না থিজরিঙৈ মতমদা লাইবক ফবদগী Kumbi Dramatic Union গী Founder President শ্রীথাঙেম্বম ৺কমল সিংহ, Kumbi Leirak Achouba দা লৈবনা লিলাগী ভোল্যুম ৱাইবা লাকপদা ৱারি শাল্লবদগী মঙোন্দা মপুং ফাবা ছাপা তৌবা ভোল্যুম অমা লৈ মাংদি মাংহনবিগনু য়াম্না লুনা থমজবনি হায়দুনা Copy অদু পিবিরক-পদগী অনিশুবা খুৎনম অসি পুথোকচবা ঙমজবনি। অদুবু লাইবক থিবদি লাইরিক অসি নম্বা লোইদ্রিঙৈদা শ্রীথাঙেম্বম ৺কমল সিংহ

এপ্রিলগী তাং ১২, ইং ১৯৯৫ দা লৈখিদ্রে। মহাকী মফমদা শিংতম্‌গরোইদবা মচা অমা লোকশিংমুল লৈহৌরবনি। মহাকী আত্মাগী ঈশ্বরগী খুয়াদা শান্তি ওইনা লৈননবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি। লোয়ননা অথুবা মতমগী মফুংদা লাইরিক অসি পুথোক্‌পা ঙমহনবিবগীদমক J.M. Printing Works, Yaiskul Janmasthan শী থৌপুরিকশিংবুসু থাগৎচরি।

সোরোখাইবম ভুবন সিংহ

নবেম্বর ১৭, ১৯৯৫ যাইস্কুল।

## সোরেন্সোখাইবম ললিত সিংহ

( শমূঙ্গা পুন্সি ৱারী )

অনিশুবা লাঙ্গাওগী মমাংদা হৌগংলকপদা ওাইবিবা মণিপুর থিয়েটরদা ওবিভিজিনেল ওইরবা অকনবা শাফু অমা লেংথোরককখি। শাফু অম্ভুনা ঙসি ফাউবা ঐখোয়দা থেংলক্কি লীলা তৌনবা। অওইবমক অশেংবা, অকনবা লীলা তৌনবা। শাফু অসি মী অমগী শক্তমদা লাকশিল্লবদি শ্রীসোরোখাইবম ৺ললিত সিংহনি। খৃঃ ১৮৯৩ গী মে থাগী নোংমাইজিং নুমিত্তা অপোকপা নিংথৌবা অমদি অপোকপী য়েংখোম নিঙোল কোম্বীগী (মচিন-মনাও ১১ গী মন্থুংদা) তককস্নুবা মচান্নুপা ওইনা পোকখি। অদুগা খৃ. ১৯৫৫ গী ওক্টোবরগী তাং ২১ দা তাইবংপাল থাদোকখি। পোকনফম অফম্নুং থুপফমনা য়াইস্কুলদনি।

মহাক্কী পুন্সি থিয়েটরনি। লীলা য়াউবা নত্তে। লীলাদুমক মহাক্কী পুন্সি লম্বী অমনি। লীলা উৎনবগীদমক য়েংদুনা, ভাবোক্লা পেনবিনবগীদমক খন্দুনা লীলা তৌখিদে। মতমদুগী ওইবা সমাজদা লীলাগী অর্থ অমদি পুথোক্কবা হোৎনবম্মী। হুজিক হুজিক্তা হিংলিবা মমিং লৈবরা কলাকার কযানা মাগা শম্নবকপদা খাঙবদা ৱানা থোকখি। নোঙয়াই মতুঙ ফাওবদা লীলা তম্নকপদা চোকথখিদবা, হেন্না নুংঙাইরকপদুম ফাওবা মঙোন্দদি অদুদা অতৈনা খাঙবা ৱাদুনা মযুমদা চেন্নখিবা। নুংশি লান মমাংগী অহল লম্মন শেংজগ্রবা, চমজখ্রবা, কনখ্রবা অমবোমদা।

পঞ্জত্রিবসি ঐখোয়গী মিৎয়েংদদি ললিতনা লান অমা থেংনখিবঙুনি। নিংথৌগী পেত্রোনেজদা হৌরকখিবা থিয়েটরবু মীয়ামগী ওইনবা হোংনখিবা অমদি বাঙ্গালী থিয়েটরনা ইনফ্লুয়েন্স তৌরক্লবসু ঐখোয়গী ওইবা ওরিজিনেলেটী পুথোক্লবা হোংনখি-বনচিংবা। হায়রিবশিংসি থবক ওইনা পাংথোকখিবদা লৈখ্রিবা মাগী কনসেপ্ত, ফোর্ম, তেক্নিক ঐখোয়গীনী লমদম অসিগীনি।

ঐখোয়গী থিয়েটরবু হৌদোকপিরম্বশিংগী মনুংদগী নবকিশোর সিংহনা ললিত সিংহদা হায়খি, "ললিতসিং ঐগী ড্রামাগী যুগ লোইরে নহাক্কী অচম্বা লোনগী ইচেল অসিদা মণিপুরগী আর্টিষ্ট পুন্নমক্লা শোয়দনা ইরোইজররগনি।" অসিমক মাগী লীলাশিংনা তাক্লি। মাগী রাখলসু অসিমক্লি, "ওঝাশিং অসি কাছারদগী ঙাক্তনি। অতুনা থিয়েটর লোল অসি খোইতক-খোইতক তৌই। অতুনা খোইতক-খোইতক তৌবা অতুবু অচুম্বনি হায়না লৌনহুনা থিয়েটর লোল অসি নেচরদগী তোঙানবা মাল্লে হায়না অয়াম্বনা লৌনখিরম্মী। "(মণিপুরী ড্রামা মৈহৌরোলগী রারী মতেক অমা—ললিত সিংহ)" অসুম্না লীলাগী হিরম থুদিংমক্তা মৈতৈগী নেচরদা এক্সপ্রেসন তৌনবা হোৎনরম্মী। শিন্দোক-শিনজিন অমদি লুচিংবা অমা ওইনা, এক্টর অমা ওইনা, ডাইরেক্টর অমা ওইনা অমসুং তেক্নিসিয়ান অমা ওইনা মপুকচেল শেংনা হোৎনখিবা অহল অসিগী দিসিপ্লিনবু নীংশিংবদি মতিক চাই খঙ্গে।

রাহৈ খরদনা শুপচিঞ্জরগা ললিত সিংহগী মপান্সিবু লান্থোকচরি মশাগী চহি ১৩ মপুং ১৪ চঙলকপদগী মশামক্লা



ভাবতকী প্রসিদেন্ট ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদনা দিল্লীগী অহানবা নেসানেল ড্রামা ফেসতিভেলদা (১৯৫৪) ফোল্ক (Folk) গ্রুপতা অহানবা মনা ফংখিবা এম. ডি. ইউ. গী "হাওবং লৈশঙ শাফবী" গী মনা ডিরেক্টর সারোখাইবম ললিত তা পিবগী শক্তম—

এক্টর ওইতুনা থিয়েটরগী মী অমা ওইরকই। মানা ইংগান হান্না কুমখিবা লীলাদি কাছার কাঙ্গাইলালপুরদগী লাকপা বিহারী সিংহনা বাংলাদগী মীতৈলোলদা হন্দোক্লম্বা "পাগলিনী" নি। মসিগী মরি লৈননা ললিত মশামন্না মাগী লোইশিল্লমদ্রবা লাইবিক" "মণিপুরী ড্রামাগী মৈহৌবোল" হায়রবদা ইরম্মী—"বিহারী সিংহ হায়রবসি লাইরিক্তসু ড্রামাদসু ঐহাক্কী ওঝানি"।

মায়পাক্না হোৎনরকপা অকনবা থবক্তি ১৯৩১ গী মার্চ থাগী তাং ১৫ দা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন ( M.D U ) লিংখৎখিবদগীনি। পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ ফাউবা এম, ডি, ইউ, গা থাদোন্নখিদে। মানা হৱম্বা প্লেশিংদি (১) খম্বা শামু খোঙয়েৎপা (২) সতী খোনাং (৩) অরেপ্পা মরূপ ( মণিপুরগী অহানবা সমাজিক লীলা ) (৪) মাথুর (৫) মাইনু পেমচা (৬) ভাগ্যচন্দ্র অমসুং (৭) পুরান মৈথাবনি। "সতী খোংনাং" অমসুং "অরেপ্পা মরূপ্তি" মণিপুর সরকারনা ইন্টরমেডিয়েট অমদি মেট্রিককুলেসন্দা টেক্সবুক ওইনা মতম কুইনা তমহল্লম্মী। মহাক্না ডিরেক্সন পিবা এম, ডি, ইউ, গী "হাওবং লৈশং শাফবী" না দিল্লিগী অহানবা নেশনেল ড্রামা ফেষ্টিভেলদা ফোক গ্রুপ্তা ১৯৫৮ দা অহানবা প্রাইজ ফংখি। লোইশিল্লমদবা রিসার্চ ৱার্ক অমনা "মণিপুর ড্রামাগী মৈহৌবোল" হায়রবসিনি। মহাক্না প্লে ৮০ মুক্তা ডাইরেক্টর অমা অমসুং এক্টর অমা ওইনা শরুক য়াখি। লৈখিদ্রবা মতুংদা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা ১৯৬০ দা "নাট্য বিশারদ" হায়রবা মিংথোল পীখি।

অরোইবদা ভারতা মোদন থিয়েটরগী মশক লেঙ্খা হৌরকপা মতমদা মণিপুরস্তু চপ-চাবা লীলা তৌরি হায়বগী শকথংহল্লম্বা অমদি এরেখোয়দা থিয়েটরগী লম্বী পাকথোকহল্লম্বা কলাকার অসিনু নৌনা অসুক শকখঙনবা হোৎনবনা ভুজিকমক্কী ওইনা মশক লেঙ্খা ওমদ্রিবা মণিপুরী থিয়েটরনু শকওং অমা ফানবা হোৎনবদা মতং অমস্তু ওইগনি থাজদৈ

ললিত মেমোরিয়েল কমিটি
ইম্ফাল।

তাং ২১   ১০ । ৭৩ ইং

# ৱাহৌদোক

মৈতৈলোনগী ড্রামাদা টিকেট লৌতুনা শান্নবা হৌদোকপসি অরেপ্পা মরূপনা খাইদগী ইম্ফাল মহাল্লে লীলা অসি শান্নবদা এক্টর নত্তুনা থনায় যাওনা তাংনবিখিবা—শ্রীযুক্ত থানিল সিংহ শ্রীযুক্ত মধুরধ্বজ সিংহ মেম্বর শ্রীযুক্ত শ্যামকিশোর সিংহ মেম্বর অঙম অসিনা অরাবা শকক কয়া থাংবিরুনা ১৫। ৩। ৩১ ইংদা টিকেট লৌতুনা শ্রীযুত শ্যামকিশোর সিংহ মেম্বরগীদা ষ্টেজ শেমতুনা শান্নখি। অনৌবা ফিভম অম ওইবগা মৈতৈ সামাজিক ওইবা লীলা অসি খ্বাইনা উৎসাহ যান্না পিবিখি মতুংদস্থ মনিবক শান্নখ্রে। অরেপ্পা মরূপংগী— অরেপ্পা মরূপ থোরক্তুনা মৈতৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন লিংখি। লাইবিক অসি মৈতৈ সাহিত্যগী মচাক ওইনা যাগদ্রা নিংজতুনা ছাপা তৌজরে। পুকচেল চাউর-শিংনা অমুক অমুক্তং পাবিররদি—নোমজবা মতৈ যানজগনি ইতি

শ্রীললিত সিংহ।

# অরেপ্পা মরূপ

## অহানবা অহিং।

তাং ১৫ । ৩ । ৩১ ইং

| তোলাগী মী | লিপা | অশাবা মী |
|---|---|---|
| ১। | পুনশি | শ্রীযুক্ত স্নাতোমবা সিংহ R.K. |
| ২। | যুগোল | শ্রীযুক্ত ধনচন্দ্র সিংহ I.P. |
| ৩। | পুর্ণ | শ্রীযুক্ত ললিত সিংহ |
| ৪। | ছত্র | শ্রীযুক্ত তমচা সিংহ |
| ৫। | বেদাম | শ্রীযুক্ত লালা সিংহ |
| ৬। | চন্দ্রসিং | শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ S.P.M. |
| ৭। | কোইবেং | শ্রীযুক্ত ত্রিলোক সিংহ |
| ৮। | মন্ত্র | শ্রীযুক্ত গৌরবিধু সিংহ |
| ৯। | মধু | শ্রীযুক্ত বসন্তকুমার |
| ১০। | মাঙ্গোঙ্গাং | শ্রীযুক্ত তোম্বী সিংহ |
| ১১। | পুলিশ মা জষ্ট্রেট | শ্রীযুক্ত নিলধ্বজ সিংহ S.PM. |
| ১২। | আই পি | শ্রীযুক্ত নবদ্বীপ সিংহ |
| ১৩। | লুখোইবা | শ্রীযুক্ত ইবতোম্বী শর্ম্মা |
| ১৪। | প্রতাপ | শ্রীযুক্ত ইবোতোন সিংহ |
| ১৫। | নবদ্বীপ | শ্রীযুক্ত যোগিন্দ্র সিংহ |

নুপী

| | | |
|---|---|---|
| ১৬। | গুণবতী | শ্রীযুক্ত ইবোতোম্বী সিংহ |
| ১৭। | কুমারী | শ্রীমতি কন্যা |
| ১৮। | বজনী | শ্রীমতি সুংশিতোম্বী |
| ১৯। | লুকমণি | শ্রীমতি বসমী |

* S.P.M. Sadar Panchayat Member.

# অরেপ্পা মরূপ

শৈরেং।

গণেশদেব লৌশিংগী মপু খুকমক্তৈ চবণবু নিজবি স্থান। যোগী ঋষিশিংনা নত্তনা কৃপা ফংনদে কনাস্তু মুক্তি লন। যুগ যুগ খুদিং অশিংবা ননাইশিং হে প্রভু পিনৈদো আশ্রয় পিনহৈবা নংনি চানবিযু মৈতৈসে লিক্তবা বাত্তবা লৌশিং নবন। রাত্তবা মচানা মহৈ ওমদে ওক্তবনা মশা মবন মাংই, অনংবা মচানা তম্বা ওমদে লৈত্তবনা মহৈ মবক্তা মাংই। রাত্তি পাদ মচা চন্দ্রসিংহ লাইব চুথ মচা প্রতাপসিংহ উচ্চবা লিচৎ লীলা ঈচেন্না শেংজগে নংগী নিংথিবা চবণ। অশিংবা তাইবংদা পংলিবা জাতিদা অহানবা চৈশিং মৈতৈ তাকপিবা মহৌশা তম্বিবা মহৌশা খনবিল্ল পুক্লিংদা অতৈ পংলিবা কোকতুনা লৌশিং ফংতুনা খংজবা নংগী নঙ্গুণ কংজগে প্রভু দুর্গা মপাবি তাবিবু মৈতৈদা শ্রীনয়ন।

# অরেপ্পা মরূপ।

## অহানবা মতাং।

### অহানবা উৎপা।

### অয়ুক।

চিরোম যুগোলগী য়ুমদা চন্দ্রসিং মধু যদু
মাঙ্গোঙ্গাও কোইরেং ফম্বা
তাস শান্নবা।

চন্দ্রসিং : (তাস তোংলগা য়েনবা)

যদু : ফীপ্‌টীন্।

মধু : সিক্সটীন্।

যদু : ইন্।

মধু : পাস্।

কোইরেং : সভেনটীন্।

যদু : পাস্।

চ : আইটীন্।

কো : ইন্।

চ : নাইনটীন।

কো . ইন্ ।

চ : টুওয়ান্টী ।

কো . পাস ।

য কবিগী অতুক থুনা ।

কোইবেং . হেবা মবাইনা মুজনিদা ।

য ঐখোয' কোনাব সিটনি অমুক্তস্থু ইন্ মহাইযু হাযবা ।

কো তুমিন লৈযু থাতুম থাবো ।

য ( থাবা )

মাঙ্গোঞাও । পাটনাব খৎনন্নুদা দাই যাদবনি ।

ম ভাবোক মবোল চুমলে ।

কো যেংসিদা যেংসিদা । ( শান্নবা )

মা নঙে তোকলো, ইতাও চন্দ্রসিংখোইগী ফাদবকোক লাক্কুনা ওসি—

ম হোইদা চোপতোক্নি তোকলসি ।

কো চুমই তোকলসি, পবীক্ষাগী রাবিতুম শানি ।

( তাস থুপচিনবা )

চ . ইন্দক্কী পবিক্ষাসিদি ইতাও যতু, মধু মখোই অনিদি মহৌশা মখা ব্রাসতগী হৌনা ফবকলিবনিনা শোইদনা পাস ওই-গনি । মাঙ্গোঞাও বাহস্থু ডেলি মার্কতা ফবকই অতুনা ফবা যাই । ডিযাব কোইবেং বাহগীব কবম তৌবি-খিবগে ।

কো : মথা ব্লাশংগী ফবা নতু, মবু, ডেলিমার্ক ফবা মাঙ্গোঙ্গাও মাখোযগীদি থংদে। হন্দক্না পবিক্কা অসিদা ঐহাক্কীদি শোইবোইদা। নংগীগ কবম তৌখিবগে ইতাও?

চ : ঐদি শাওনিংতুনা ওকই ইখিদ্রে। ঐখোযগী ইমাখোই ফাদবখোইনা পৈশা লিকমনগ্রতুনা পিবমদাইদা মহা বেবা — অতুনা পবিক্কাদা খোইতংখিদ্রে খবদং খডি খডাং বস্ ।

য : ঐগীদি কযা পাংদ্রে, অঙ্কগী ন্নুমিদা কোক চিকমনগ্রতুনা খবা নানথাকত্রে। অতুমকখু পাসতি চি শোইবোই।

মা : পবিক্কা হাযবসে—মবাইবর্ক ফলস্থ খব লৈদা ইবসা। জীওগ্রাফীদি ঐদি মহৌশা ইঔ ঔবাইদ্রিবনি। নখোযস্থ মখংলিবনি। অতুক্তা—হন্দক্তি—তান অমা কযা চাখ্রে— সত্য তমতুনা থাজবোই। পবিক্কা হয়েং পিগদবনি হাযবা অতুগী অহিংদা ইমাখোইগী মাংদা ঙাইহাক্তং তাৎ তৌগে হাযতুনা জীওগ্রাফী ফাক্তোকই। অতুগা মকোক্কী সক্তা অমা অনি পাতুনা শান্নহৌবর লাইনা কুবগুমলতুনা, প্রশ্ন অনি শুবগা মঙা শুবতুগা তাপ ওইবমতুনা ন্নুঙাইখবেদা— কয়া কোমনা ইত্রে, বাহৈ অমত্তা ফাওবা চিথখিদ্রে। ঐনা কীবা সবজেক্ট অতুমদি—

মা : চমই— মবাইবক লৈতবা মীনা ডেলিমার্ক ফত্থনস্থ, থাগী ফল ফন ফত্থনস্থ পবিক্কাদা কোকচীকপা য়াও অরূম হৌবা য়াও - লাইহৌ তৌবা য়াও - হেক্তা মরাইবক থিত্থনা মনানথোকই। সংসাব অসে লাইবক্কা তম্বগী মথক্তা

তোংভবা ঙাক্তনি। থবক পুন্নমক্তা লাইবক্লা তম্বদা থোদোং-ক্তবনি। লাইবক্লা তম্বনা খ্বাইমক্কী মরুনি।

য : মুঙাইবেদা——লাইবক্লা তম্বনা খ্বাইমক্কী মরুনি হায়বসে। মসিদা থোদোংজুনা খন্নরিবসি—অরানবনি।

কো : যত্থু। যাত্থু তৌনু। নংবু মীনা যত্থুগী যাত্থু রাঙাং হায়না ফাওরবনি হাই ইবো, নংনা খংদত্থুনা তৌবনি। লাইবক্লা তমবা নত্তনা মীনা করি তৌবা ঙমবগে হা

য : কোইবদা হনব লৈত্রবা—কোইগনবা কোইরেং! কান্নদনা কোচি কোংকনু কান্নরোই। হৌজিককাল অসিদা নখোয়-গুম্বা ওক্রবা ছাত্র অসি ঙাক্তনা ষ্টুডেন্ট মথৈ চেন্থহল্লে। থক্কী মীরোনগস্থু তিন্নবা য়ারক্রে। ওঝাশিংগী মমাইস্থু চোপহল্লে। থকসি খাসি নাইখিদ্রে নখোয়সে। হায়বিগে তাজো রা ঙাংবদনে অবাকতমগনু নতুংদা মীনা থিনা ঙাংনগনি।

কো : অচুমব ঙাংবদবু করি কিনি। ইতুংদা থিনা ঙাংনগনি হায়ত্থু। তোক্কদরা?

য : লাইবক্লা তম্বা ঙাক্তনি হায়ববু করম চুমগনি?

কো : অ—হ—হ—হ—(নোকপা) অঙাওবা! মাত্থু নত্রবদি—নংনা তমবনি হায়গেরা?

য : ইহে——নোকইনে—খন্দি ইখন খল্লত্থুনা। নখোং য়াওদনা উ অত্থক কাউ—নখুৎ পুনশিন্দুনা অত্থক ইয়োইবু করম তৌবগে য়েংসি হায়বা——অত্থক য়েংসি হায়রা।

মা : হুম— ফত্তেদা. অনিদা লনাই তর্ক তৌনবা চুমদে। ঐ রা হায়গে তাও মুপী অমনা ইরোইবদা মরাগী পাম্বোম্না লোইদে। নিপা অমনা উ কাবদা লৈকাইগী মী অমদগী খোং শাই হায়বা ত্তাদে। মশা—মশাদা পাল্লিবা মখোং মথুৎ অহুনা ইরোইবসু উ কাবসু অহুম্মক শিজন্নরিবনি। মাসে ইরোইবী মুপীগী মথুৎ, উ কাবা নিপাগী মখোং মরাইবক্না তম্মকুনা পাল্লকপা ঙাক্কনি। ঙাইখো—নখোয় জ্যামিতি তমলক্কমালে, স্বতঃসিদ্ধ স্বতঃসিত ময়েক্না তাক্সবা ঙাক্কনি।

চ : নো— নো নো— উ কাবদা মখোংনা নেংলিবা ইরোইবদা মথুৎনা হোৎলিবা—অহুগী মাত্রাহুদি খল্লে তাম চাত্রে মাথংদা ঙাংলে। মিস্তর যহুনা হায়রিবর— লাইবক্না তমবনি হায়হুনা ভুমিন্না লৈথোকপা চুমদে—মাসি নত্রাদো?

য : এস্ এস্ মাহুনি—মাহুনি।

কো : মাহুদি বৃহুগী রানি।

য : সেন্সলেস্! থিঙ্ক বিফোর ইউ স্পীক্। রাখন তৌহুনা রা ঙাংঙ্সা। খংঙ্ সভ্য সমাজদা অহুম ঙাংনদবনি। য়েংউ সংসারদা ইনাক খুনবদা মমিং চৎপা, লাইরিক হৈবদা ফাওরিবা মীশিংগী জীবনী ইতিহাস ইপা পাত্র-মাহ্রে। ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা কয়া রানা নংনা লাইরিক তমখিবা। কলম্বসনা কয়া রানা আমেরিকা পুখোকপা, অহুপা ভারতকী চাউর-চাউরবা মহাত্মাশিংনা উন্নতিগী

মরম্মদা কয়া-কয়া রান। হোৎনখিবা — আউটবুক খরা খরা পাউশা, চত্তুনা য়েৌবা — পাদনা থংবা—ভমদনা হৈবা পৃথিবীদা লৈবা হৌনদে।

ক্ষো : নোমজৌ— ভাজৌ—পাজৌ—ভমজৌ লাইবক লৈত্রবদি কান্নদবনি থংজৌ। সিকএ কোইরেং ঐখোয়ব ঠাঠা ভইববোই নিংঙিয়ে, আউটবুক য়াম্না পাথ্রবা পোৎনি। নখোয়না ভাব তাদ ভাদবা ঙাক্তা লক্ষ-লক্ষ পুথোক-খিগদবনি। সিঙবলি লিষ্টৈন্ ট্ মি নংগী উ কাবা নিপা অহুনা সপোজ্ -রাং চাউববা চুমথ্রবা শৃং নানথ্রবা উ অমদা মখোংনে-মখুৎনে প্রেৎ-প্রৎতৌহুনা হেক কাখৎ-হল্লো, উশা কারোংসু ফংদ্রিঙৈ মখোংদগী লমনি লমহুম লোমসু কাখৎলক মরক অহুরাইদা তেরা ককচেং মঙা তরুকনা মখোং ওইথংবা অহুদা কক কক হেক চিকতুনা (খুৎনা তম্বা) অস্নুম হেক চাউনা পোমথোরক্লুনা মমাই ঙাংশং ঙাংনা খাংলিঙৈ, মচিনমখা ফৈরেং-য়ুরেং চিংলিঙৈ মতম অহুদা ভানচানা মথুৎ য়েৎথংবগী খুরক্তা মথৌনা ফগৎলকইবা তেরাককচেং অম্ননিনা অমুক্তা ময়াহু লৈজরে — মথৈ খিগৎতুনা চীকথরবদি — মথুৎ নানথোক্লুনা লৈপাক্তা বোব, মখোং পোক - মথুৎ পেক করি থোকলে। বাবৃ ববক বুহু তাগদবনি। অহুগা নংগী ইরোইবী, মরাগী পাম্বোম রাইদবী অদো লাইনা শ্বর লৌথ্রবদি— পাম্বোম পালহৌবা মরাদো কংফান্দা পাম্বোম থাঙ্গৎতুনা

হা পেম্মা-হা পেম্মা কোইজেল চেল্লোইব্রা? মাসি থোকহৈদ্রা?

চ : মুঙাইদা কোইরেং! তুম্মগনু মংলাকনজগনি কোইছুনভা লৈরকো — — ।

কো : মংলাকনবহু লাইনা তম্বা নত্তেকো—চন্দ্র যহু নখোয়সে চোংলম চাদ্রবা ঙাক্তুনি, নখোয়না অমুক ভাব তাবা হৌনদে। লাইবক্লা তম্বা নত্তনা—হেয়ে, কনানা অচৌবা —কনানা অপিশক কনানা নেমনা কনানা রাংনা— কনানা মমিৎতাং কনানা মনাপং—কনানা মখোংতেক— কনানা মখুৎ তেক — - ।

য : কোইরেং কবিগী ক মালা, কাওরমু-কাওরমু কনা—কনা রাৎলি?

কো : কনানা নিংথৌ কনানা প্রজা —

চ : রাৎলি-রাৎলি।

কো : কনানা ইনাক খুনবা- কনানা লাইরবা—কনানা শিংনা —কনানা পংনা করিগী খাইনা পোক্কনি অহুদে?

চ : লোইদি লোইরমাল্লে।

কো : ইহে—বোর্ডতা য়েকপগুম তাকপিরগে নখোয় করিমতা খংদ্রে। চন্দ্রনা ইনাকখুনবা মচানি নত্রা! ঐখোয় অতৈনা খর নংবা মচানি - অসিদি লাইবক্লা তম্বা নত্রা? অহুগা ঐখোযগী ক্লাসতা, নত্তে-নত্তে স্কুল মমুংদা—সুগ্রাবীমচা

প্রতাপ, করিগী মপা অমুপ ওন্না শিগ্রি। স্কুলগী ফিস্-মকপু মমা গুণবতী লুখ্রানা কযাদা রানা ছল্লি। অসি-নভাই সংসারসে- লাইবক্লা তম্বা ভাক্তনি।

ম : নখোয় ঐখোয়না ভাংনরিবা রা অসে অমম্ব-অমগ্ন পুমচুম চুমই। লাইবক্লা - —

যুগোল : (মমুংদা) চাকথেংলে—ঐ ইরুজবা চৎলে।

( থোরকপা )

ময়াম : ( খুরুম্বা )

যু : ইচাশা! লাকই ?

ময়াম : খুড়া ইবুংঙো !

যু : ইচাশা- নখোয়গী পরিক্ষাদি কদৌঙৈ হাইদোকদৌরি ?

কো : হায়েংনিমা — ।

যু : নখোয়না হন্দক ত্তৌরিবসি করি পরিক্ষা কৌবগে ?

ম : সিক্স ক্লাশগী পরিক্ষা কৌই।

যু : ইহে নখোয়গী সেক সাক ককা খংবা পোং নত্তেনে, মৈতৈরোম্না হাইয়ুনে।

কো : খুড়া ইবুংঙোবু জনষ্টোন হাই স্কুলগী—

যু : হাই অঙাওবা! নংগী হাই—হাইবত্থু করি হাইরি-বনোনে ? জংসন্ ইসগুণ অচৌবা হায়বদি মভাই অত্থগা —

ম : হাই—হাইবদি—হৌজিক খুড়া ইবুংঙোনা ইচম-চম্না অচৌবা হাইবিরিবা অত্থগ্ন য়াই। থাজৈশেংবামক্তি

ঔরাংবা হায়বনি। অতুগা ঐখোয়না থারিবা কুমশিগী পবিক্ষা অসিদি স্কুল অসিগী চহি তরুক শুনা তমলকলবা মথাং তরুক শুবা পবিক্ষা কৌই খুড়া ইবুংঙো।

যু : অচুনিদনা—বুদ্ধি তাবদি ইচা যতুনা ইহেন হেনবোইরে।

কো : ঙসিগী মরাইবক ফবা ইতাও যতুনা ইহেল হেনখ্রেদো।

যু : করিগীনো কোইরেং, যতুনা মরাইবক ফবা হেন'খ্র হাইবদে?

কো : খুড়াইবুঙোবু সিনিমা, লৈরিবা ঐখোয় মঙাসি চহিস্তু লেঙ্গানি; বিদ্যা তম্বস্তু চপ মান্নরি। অমনা অমবু থোইনা হেন্নবা থক লৈনি। অসিদা ঙসিগী খুড়াইবুঙোনা থাগৎপদি মঙোন্দা থোকখ্রে। খুড় ইবুংঙোগী ব্রাহ্মংদা মতা চানা খুম্বা মরাইবক ফবা মানা হেনখ্রে।

যু : চুমই ইচা কোইরেংনা হাইবা। ঐনা খংনবা খুমবদি ইচ যতুনি। অতুগা ইচাশা নখোয়সে নোংমা-নোংমগী বুদ্ধি লৌশিং হেনগৎলকইবা ঙাক্তনি। য়োইবু য়োহেন তাল্লকপা হাইবতুস্তু থোকইবনি। মরূপ মপাং তিন্নবা হায়বসে লুবনিকো ইচাশা! ব্যবহার মর্য্যাদা থক কাইনগনু লুনা নিংথিনা তিন্নৌ। লাইরিক্তবু নখোয়না তংজবনি, লোনচৎ খংবদি ঐখোয়না হেললিবনি। লাইরিক হৈবা অমা—লোনচৎ খংবা অমা—থবক অসে অনি থোকইবনি। লাইবিক ফন তমহুনস্তু লৌশিং [illegible] শিংহুনস্তু লোনচৎ খংত্রবদি চমদবনি। নখোয়দি [illegible]

হিবম তমখৎলকপদা ঙাইবি। অহুগা নতাওপ। নখোয়গা তিন্নবসে খুড়া য়াম্না হুংঙাই। অমকপা শাগৈ মচা অমমক য়াওদে, পানা মচা ঙাকনি যাম চান্নবা তিন্নৌ থক কাইনগনু। চন্দ্রশিংসে—মানা হৈনবা খুড়ানা মুন্না খংক্লে। লাইবিক্তদি খংদ্রেকো—খুড়ানা হৈত্রবনিনা, চাদিংদদি থক শোংথরম্মোহ। মাগী শাজৎমক্তবু অফবদা পুম্নাং—ফত্তবদা পুমথন। অসিদা খুড়াগী কোক অসে ওম্ভোক্লা চাউখ্রে। খুড়ানদি লৈদি লৈত—মানদি মাহুদি খংদ—ন্নুমিং চুপ্পা পিয়ু লৈয়ু আ—হাত ঘড়ি, হা একাগাড়ী, থাওমৈ অকাপ্পী খবাই মপাক মপান খোপ্পা নখোরম্নু পানবা অমত্তা ৱাংপা য়াবা নত্তে। খুড়াদি তলব চাদেদো, মেম্বর তুবোরম্নু ওইদেদো, লল্লোল ঈতিক খর-খরা তৌজবতনি। নংখ্রে—নন্দোনগা ঐগবু মানা কোক শাইগদোরি। লাইবিক্তবু খর হৈরবদি হাইবাসিতগী অথাক ৱাংত্তনবা হোৎনবনি। অহুবু পুবা ঙমশিল্লক্ত্রে। নখোয় বুদ্ধি খব খব ত্তাওনেকো। খুড়ানা প্রাণ শোকপা নখোয়গী থবক খরম্নু লৈরি। চেন চোংহুনা শান্নবসিদি অথাক মফরি, খুড়াখোইম্নু মুক্লা কাংজৈদা ইমান্নবগী মতুং মক্তলকই; নখোয়গী—টুওয়ানটী নাইন হাইয়ে ত্রে বেড়াং হাইয়ে তাস শান্নবসে খিং হাকমল্লি মাসিগী পোম্বা পুথোকপদা মী অপুম্বা পম্ভেংলখিগনি। লৈ লৈত্তে খন্দনা অচৌ অশান্নংগী মত্তৌ ইতম হেক তনহুনা

খৎাই থুত্তা পাইদুনা লাং থন্দুনা শান্নবসে—মাসিগী থরাই, কোক লৈনবদা ইকোক-কোকসে নন্দোন বন্ধান চৎপা তাবি। নখোয়গী নতাওসিগী মতৌসিদি মহাক্না লাইরিক হৈদুনা মহাক্না মীবক তিনফাংত্রিদৈদ:—এনা গোঞ্জুং যৌবনা হানগদৌবি। নখোয়না থব-থব হাইযু-ংকো — মী ওইব ভগমনবা বুদ্ধি যান্না তৌগদবনি। লোনচং থংভু ইচাশা! —

য : ফনি—খুড়া ইবুংঙোবু! ( অতৈদা ) চৎসিনা।

মযাম : ফবে। ( থুকন্থা )

য : আ—ফবে ফরে ইচাশা — চাক থেংনা চাগনু ঈশিং কৌগনি চৎলো-চৎলো—চন্দ্রশিং।

চ : ক···বি··

যু : নতাওখোই খিনদোকউ হাই—হাই লাপতি লাম্বগত্র কো—! ( নাক-নাক থোকনখিবা )



# অহানবা মতাং।

## অনিশুবা উংপা

## লক্ষ্মী

অযুক পুং ১০ তাবা

কোইরেং, চন্দ্র লাকপা।

কো : অতৈবুদি খামদ্রগা ঐবুতা খামলিবসিবু করি হাইথিগদবা লৈবগে ?

চ : তুমিন লৈযু ইতাও মী তানিবা! চেকশিল্লক্রগা কোইরেং নত্তনা কোইবগী মরম তাম্নগদবা ঐগী ক্রেপ্ত কন লৈ?

কো : ইয়া! নং তোক্রিবোইরে ?

চ : হে— হে— মানা ইথং খংবা শাবত্তুনা— কনানিনা নং খংব্রা ?

কো : হোইদা-হোইদা খংদেদা —মুংশিং শিত্তনা উনা লেংবরনে মমিং হাইবিযুরা ?

চ : হাইয়ু হাইয়ু।

কো : ( কিরু ২ য়েংলগা ) ঙাইথেম্ রজনী তস্——

চ : চুম্মি-হাই! নং করম খংই ?

কো : ইতাও! নংসিদি পংখ্রেদা - অরোনবদগী ফোংবা লৈবাক পুংজাও থিনবা মাসিনা গবোইরবনি। সংসার! সংসার! তাইবং থোকপা মাসিতনি। অদুগা ঐ হাইবিগে হৈজৌ নং, নত্রবদি নমৈ নকোক ওনজগনি।

চ : কবম্ন। কবম্ন। ইতাও !

কো : চন্দ্র ! নং যাম পাংন কোইবেনা। ঙাইংখো—মাগী সঙ্গ লুকমনিকা হাংবী অমা অনি লৈবদাই ?

চ : লৈ।

কো : তো—চুনন্দ্র দা— —

চ : কবিনো—মংসিবো ! অসিদা তান্নসি হায়বগী ঐনা ওতি তৌহুনা মখোযবু চৎহনগ্রগ নংবু খামহৌবিবনি। মনিং মমাং চপলন্নু হেক্তা হাযরোবা।

কো : মখোযগী কোল্লুপ অহুগী গুণদি ঐন মুন্না খংই, মখোয়গী র খোৎ-খেৎপা তাই। কোল্লুপ অহুদা তোইন চংলবা মী অহুদি মরুল হুদে হাযবদা খাকপা, শিং-শিংনা হেক্তা লৌহোই শিথবা হৈত্রে হাযন তাই। মাসে—ঐনা হাযজিন্নবা র নত্তে ড্রাইভরশিন রারি শাবদা যাওববা মীশকনি মখোইসে।

চ : লাইমা তাবম্মিদা নংসে অহুবু ইতাও ! ঐদি নোংমা নিনি অহুক চংঙিদোংসে। ন্নুপীবু অওকপনা কনানো—ওকতবন কনানে ন্নুংশিবগা লোইরে। ঐগী িং অসি নঙোন্দা পাল্লম্নবদি খংগদবনি। যাম্না ঙাংনহুন কান্নদে, সে ঐ শম্না তমগে, ঐনা চংবা— থা—অনি-হুম শুবে চুম্মি ংগী মাইব। লুকমনি হাযবীদো মাগী সঙ্গনি, মহাকম্ম ইখং-খংইবনি। অম্নুক কুইবসি লুপা শংবাগী

রা অমত্তা হাযবক্ত্রি। ঙসি তরুকনি শুরে ঐনা চৎলুবা, থোঙাম মোন্দুমদা লাই খুরুম্বা অমুক্তদি চৎলুনি হায়নবকপা ঙসি থোক্লে। মখোযনা হায়জবা হন্দকমুক্তা ঙাইরিদো ইতাও। অদুগা য়াম্না হায়বস্থু নত্তে—লডি ভাড়াতদি—ঐবু। অস্থুম .... তাবরু চাপম বৈভবখোইগী তিনশ ব ইশ নম্বব লড়িদো ঙাংনরুরে হায়না তাই। ভাড়াস্থ য়াম্ন' কম ওই বিজার্ভতা কুম্থ্রাতনি হাই। লুপা য়াঙ্খেথক ঐনা ঙবাং নুমিদাং ব জীগী উপুদগী কয়া লূনা হুরে—ঙসি অযুক ফাওবদি খংহৌদ্রে, অমুক হঙ্গিল্লুরবদি খংবা তাবে। অতুগা মখোই নুপী চংকদবা নিপানতনি নংস্থু খর চৎলুসি ইতোমতা চৎপা নুঙাইতে—চাবদি রসগুল্লা, লড়ুককা নাতান থুমবামখৈ মচারসি; অমুক যুমদা হল্লনুসি হাইবরু নং করি হাযবগে ?

কো : হাক্কজবদ খুং থাজিল্লেদনা মাতুদে, ঐনা হৈনৈ হায়বতু থেংলে, থিল্লে-থিল্লে চৎসি-ফম্বতদি- — — ঐদি নুপী মরক্তা।

চ : হোইদা-হোইদা মাদদি নচননিদো—। (চৎখিবা)

# অহানবা মতাং।

## ৩ শুবা উৎপা

অযুক পুং ১২ তাবা
ঙাইথেম বজনীগী য়ুম।

রজনী : ( চিন্তা তৌহনা ফম্বা ) ইস্ ওন্থোকপনিদা——
( লুকমনি লাকপা )

লুকমনি : বজণী ! লাকত্রিবরনে ?

র : হৎবিস্থু।

লু : ইবেমশা, থেংথ্রেদা—হোরেন পংথেং-থেংনা চংলুরগা, হল্লকপা ঙমদত্তুনা তোকলরগনি। লমখংদা মাথে য়ুগী হৌনবী পোকখাইবে, অা—যুবে ক্রাক হায়ত্তুনা পংনং নংঙরগনি। হৌজিক কালগী ড্রাইভরসে য়াম্লা হায়জগনখ্রে। নহানমুক মোইবাংদগী হল্লকপদস্থু কৈ.নৌ য়ৌরমদাইদা কয়ানো ! অত্তুগা নখোয়গা তিন্নব সঙ্গসিস্থু অপেম্বা মরূপ থক য়াওদেদা লাইমা।

র : হ য়নবা কালদা নংস্থু তাবিবনি, ঙসি তরুকনি শুরেদনা। মাত্তুগী নুমিত্তগী হোইনি-ম ইনি হাযবা মরোল অমতা হায়রমদে। খংলে, মতুং অসিদদি থবক পুম্নক্না ইথুং-হান্না চঙ্গবা হোৎনদনি। নংস্থু হৌজিক্তা অচুম্বা শাবিরগম্থু, থোদোক খুদিং য়াওরিবনি, কাম্নরমদাই য়ুস্থুশাবী, হ্ব.রমদাই উঙ্গা শাবি, নহৈ অদো চোপ-থাংনবনি খংঙু।

লু : পাওরোন থাবি ! মতম হৌখ্রে—নত্তে হৌজিকপু করম তৌসি হায়বগেনে ? ইবেমসা—নংনা তৌবিবসি মখোয়গী মমাংদা শিরেদকো- মখোয়গীদি নহান য়া- য়া অয়ুক্তগী হৌনা হেক থেঙ্গৎতুনা কয়াদ ঙম্না চৎত্রবনো।

র : মখোয়গীদি মশানা দাইভর ওইবা ! হেরা ইবাং হাকমল্লবস্নু ফত্তেদা। চাউবী তোন্না গব তেবদগী খুদোপ মাংহৌবদো—।

লু হায়মা ! কদাইদা ?

র তাদ্রি ?

লু তাদে।

র মোন্দুমদগী হল্লকপদা মমলি-মমলিবা কালদা, সেকমাইজিন থোং পাম্বৈদা পাখংনা পরেং শানা ফম্বা—অত্নুক্তা মথুৎ তিংথোক্তুনা মাগী খুদোপ উৎলুবা, অঙাওবা পাখংমচা হেরা—মীবোন তাফৎত্রিবা জাৎ অমনাে মথুৎ পায়ত্তুনা শৎলাওনা চিংবদা খুদোপনা ঈশি দা, নিপাদ্ধ্যা চেনখিবা, ফংদত্তুনা কয়াদনো—মচম তাবকদোরবুনা মখোয়গী অত্তুনা লোম্না মেনশিন্দুন তুমিন্না শাখিবত্তুনিদনা, হৌজিক ফাওবা তাবিদ্রিবে ইরে ?

লু : তাজদেদা—নংদনবু লিস্থুপ নাইবা ওইবগী তাজবনি। নত্তে হৌজিকপু করমনোনে ?

র : খংজদে-খংজদে, ঐঙোন্দা হংবিম্নু। লিস্থুপ নাইদবী লিনদাওবী মরম ওকপী ইবেম্মা ! টকাইবনা, শিরগা চংশি নংস্নু ঐস্নু পুমশি।




লু : অতুবু হায়বা ইতা, মতা অমতা য়েংশিন্নবা।

র : করি মতা য়েংফম লৈরিবগে ?

লু : চিঠি অমত্তা পিখিসিনে ?

র : কৈদৌঙৈগীদমক ?

লু : হৌজিক্কী—হৌজিক নংননবা।

র : কনানা ইবিগনি ?

লু : ( শোনবা ) মাতুদি লুদি লুইদা ( লৈতুনা য়েংবা ) হাই— চংলিবসি প্রতাপ নত্রা ?

র : ( য়েংবা ) মানি সাইখোম প্রতাপনি।

লু : কৌশিল্লুনহাই—অঙাং অসি মপুক য়াম্না ফবনি, মীনা হায়বস্নু থাজগনবনি। মাবু ইহনসিনে।

র : ( খরা থোবকলগা ) হো—ইবুংঙো প্রতাপ !

প্রতাপ : ( মন্নুংদা ) করিনো ইতৈমা ?

র : ঙাইহাক্তা চংঙকখোবা ! ( প্রতাপ চংঙকপা )

প্র : করি হায়বগে ?

র : কদাইদা চংলুই ইবুংঙো ?

প্র : হয়েং পরিক্ষা ঙমই ঙমদে হায়দোকদৌরি, মাতুগী ৱারম খর হংগে হায়তুনা ৱাহেংবম ওঝা বেদামসিংঙখোইদা চংলুই।

লু : মরম ওকইদকো ইপাদে, লাইরিক মচেং অমত্তা খোংলম্মুনে ইচেমগী ইবুংঙো !

প্র : করি লাইরিকনো ইচে ?

লু : হেরা—কৈস্নু নত্তে চিঠিনিদা।

প্র : কনানা কনাদা ?

লু : রজণীনা মহাক্কী অরেপ্পা মরূপ্তা।

প্র : নিপারা - নুপীরা ?

লু : ( তিঙক-তিঙক য়েংহুনা লৈবা )

র : ( কোইনা য়েংলগা ) নিপানি।

প্র : করি থোক্লবা ?

ব : ব্রা পেৎত্রেদা ঈশ্বরনিনে।

প্র : করি হায়গদবা ?

ব . ( লুকমণীদা ) নং ঙাংনজাবো।

লু : লুপা পিবকউ হাযগদবা।

প্র : অতুদি ইবসি চেদি কদাই ?

র : ইবুংঙো ঙাইহাক্তা ঙাইরমখো—হুকান মচাদা চিঠিচে অমতা চেন্দুনা লৈরুখিগে।

প্র : থুরকউ ইতৈমা, ঐবু ইমানা ঙাইরমলগনি।

র : ( থোক্কে তৌরগা ফিংনা হল্লক্তুনা লুকমণীগী মনাকোংদা লোল্লপনা ) লাকয়েনে ইতা কমদৌনি ?

লু : ইবুংঙো ঙসিদি তোকলসি, হয়েং ঙন্তা চে লৈরগা ইচে নংবু কৌরগে, ঙসিদি চৎলো।

প্র : ফরেদা—নুংঙাইরেদা ! চৎলগে ( চৎথিবা )

( কোইরেং চন্দ্র অমারোম্বদগী লাক্পা )

চন্দ্রসিং : কনানো চৎথ্রিবসে ?

লু : সাইখোম প্রতাপনি।

চ : মানা অসিদা লৈরমলিবদি করিগীনো ?

র : ইংথবিখোদা—অঙাংমচা অপিশকনিদা।

চ : হংফাম্ব্রিঙৈদা অঙাংনি হায়বসিনদি ভাব অমা লৈবা তারে।

র : হোই, ভাবনবু ফত্রবদি—চরোৎ হাপুংনস্থ লাই শাই, চফু অমুবনস্থ হুরানবা শাই। অতুবু ঙসিগীসিদি মাহু খনবিকগন্নু কৈরোই-লৈকাই মচানি, মীরোল খংদ্রিবা অঙাংনি ; করিমতা মুন্না খনবিগন্নু।

চ : ইমিৎনা উহৌবা—ইনানা তাহৌবা থোক্রবনিনা পাউরোই ওইরবস্থ মচৎচগ্রসন্নু। অমুক্তংদদি—মা—

ব : শাওবিখিগন্নুবা, হৌজিকপু করম তৌবিগদৌরিবনো ?

কোইরেং : অতৈ কোন্না-কোন্না চৎসি, চৎসি থেংলে-থেংলে।

লু : লেংনবা—তৌ—র—সে।

চ : গাড়ীককাদি শোইদরবরা ?

লু : শোইদ্রে লাকপু লাকলে।

র : ঐখোয়দি হায়নখ্রে হায়তুনা কীবনা য়াম্না রানা মঙানি চংনা হোৎনজরিবনি, আ—দো—ছাপম গাড়ী অসিনি।

চ : ফরে, চৎনবা তৌরসি, হোরেন পংথেং থেংগ্রগা পংনং নংগনি।

কো : মাহুগীনিনে লেংঙসি। ( মুপীশিংনা কেজ মৌজ পানাকা লাম্নতুনা চাবা, চৎখিবা )

---

# অহানবা মতাং।

## মরিশুবা উৎপা।

## লম্বী

নুমিৎ য়ুংবা মতুং
গুণবতী লাকপা।

গুণবতী : ওস্তোকপনিদা কৈদা চৎখ্ররিগবা ঐগী ইচা অসে, ঙসি মানা তৌখ্রিবসি নিত্তিগী মতৌ নত্তেসে। মাইকৈ কদোমদা চৎখ্রিগবা। সিব় ইচা অনি শুত্থনা ময়াম্বা অমকাশিং লৈরগদি অত্থক থিরু হায়গদবস্থ গুণবতী ঐগী ইরাইবক্লা থোক্রে। আঃ অস্তোকপনিকো! কনাগীদা লৈরমগবা ঐগী ইচাসে—হো ইবুংঙো! হো প্রতাপ!

প্রতাপ : ( মন্নুংদগী ) ইমা ঐ লাক্লে। ( চংঙকপা )

গু : কদাই চৎলুই ?

প্র : ওঝাখোইদা।

গু : ওঝা কনাগীদা ?

প্র : রাহেংবম ওঝা বেদামসিংখোইদা।

গু : অত্থবু ওঝাগীদা চৎলুবস্থ ঐঙোন্দা তাকলম্মদি কৈদৌই, নংবু খর-খর্রা ঙাওরবরা ? ঐনা চৎখোকখ্রগা ইমা অসি রাহৌগনি হায়বা কাওরবরা—নমান্নবা পুম্নমক উনৈ, কনা

অম্নতনস্থ নংবু উই হায়দে। ইমা কয়া রাকরবা, মতুং থক তৌগন্নুকো। ইমা চাক থোংবা লোইরত্থনা নংবু থিবা কোইচং চংলুরে, নংদি ওঝাগীদদি কবি তৌরুই ?

প্র : হয়েং পবিক্ষাগী ফল হায়দোকনি—ঐবু ঙমত্রা ঙমদবরা হংঙু বনি।

গু : নংদি ঙমদি ঙমলে হাইত্রা ?

প্র : হোই ইমা—ঙম্বা য়াই হায়বিরকই। অত্থু ইমা য়েংঙোই —লাইবিক লৈবকদি নহান মখৈদগী হন্দকনা খবা হেল্লা চংগনি হায়বকইনে।

গু : কয়া চংগনি হাযবগে ?

প্র : লুপা কুন্নমুক চংগনি হায়—কমদৌনি ইমা ! পু-লং ভৌরবস্থ লৈবিয়কো—লাইরিক অসি তমনিংঙিদা ইমা।

গু : ( শোনবা ) হা কৃষ্ণ। রাখ্রেদা। লূথ্রাবী ঐগী গতি লৈবক্তে। ইবুংঙো—ননাই অপিশক অসিবু লাইরিক তম্বা কাঙ্হনবিগন্নুকো। ( ফোংনা ) চৎসি চাক ইংলমলগনি চাকবসি লাইনা তমবা লাক্কনি।

( চৎথিবা )

---

# অহানবা মতাং

**৫শুবা উৎপা**

পুনশিগী য়ুম

## নুমিদাংব্রাই

পুনশি মোরা ফম্বা
হিদাক থকপা

পুনশি : ( ইমুংদা য়েংতুনা ) হো—লুখোই ! লুখোই ! ( লুখোই থোরকপা )

লু : করি—হাই' নো।

পু : সৌগাইজম পূর্ণতু কৌরু ( লুখোই চংখিবা )
( মতোমতা ) ঐগী হায়ববু চেকশিল্লকলগা সোরাম ছত্রদনি। শেন্দোই চাউনবা হোংনবা, কারবার হৈবা মহাক্তনি। পূর্ণখোইসি রাদি শোইদে হায়ববু ছত্রদোনা শৎ-শৎ থবক পাংদে—থোনা কয়া ফত্তে। মাগীমক্তব পিথোকপদা হালেংদবা, লমবোইবা অমনা বৃন্দাবন চংকে হায়রবদি লৈ লৈত খংদনা তরাগা কুনগনা খুজীং হেক্তা মপিথোকপা। ঈশৈদি ফত্তে, শ্রাদ্ধ অমা শকউ হাইরুরবদি ফীয়েন মানা হেক্তা মতৌবা—পংই শিংদে, ছত্রনা ফৈ। অতুগা ছত্রতুবু করি তৌরবনো ঙসিবো—মুমিং তাখিগ-দোরে লাইমা থেংগ্রে। মহাক্তা নিতিগী লাকপা কাল আ—হেনগ্রে করিননো । ( ছত্র লাকপা )

ছত্র : খুড়াইবুঙো ! ( খুরুম্বা )

পু : ( ওকপা ) পাবি ছত্র লাকলে।

ছ : লাকচবে খুড়া ইবুংঙো ! পূর্ণনা লুপা শিংলববরা ?

পু : শিংঙদ্রি।

ছ : মানা চৎপদি কৈদৌউঙে ?

পু : হয়েং।

ছ : লড়ি অমদা তুমিন শোৎ চৎথ্রবদি ?

পু : তৌবোই-তৌবোই হৌজিক মশা লাক্কনি, ঐগী লুখোইববু কৌহনখি শোইবোই লাক্কনি। পূর্ণ রা শোয়বা মী নত্তে।

ছ : ঐস্মু আসামদা ঠিকা অসি অমুক্তুংদদি তৌরুবা থোকল-মাল্লে। পূর্ণখোইদি মীবক ত্তিল্লে, ঐখোয়দি কদাই খুড়াইবুঙোগী শেন্দোই শাগৎপামক্ত ঙমদ্রে।

পু : হেরা ইবো ! তান চাদ্রিদনা মতৌবনি, নংগীস্মু তাঞ্জা লাকখিগনি। মীসে নোম্বা ঙাকনস্মু ইনাক পংখুন খুন্দে। পূর্ণনা আসামদা থবক তৌবকলিবসি কুইবে—অহুবু ঐগী শেলমরুপু হৌজিক ফাওবা লোইনদি শিংবা ঙমদ্রি। তান চারবদি মীসে অশিংবা, অখংবস্মু থোকপনি মবনস্মু হেক্তা মরৈবনি। ( পূর্ণ লুখোই লাকপা )
হা ইবুংঙো পূর্ণসিং লাকলববা ? ( লুখোই ইমুং চংবা )

পূর্ণ : ( খুরুম্বা ) লাকচরে খুড়া ইবুংঙো ! ( পুনশি ওকপা ) অহুবু খুড়া ইবুংঙো ! ঐ হন্দক্তি তাঞ্জা অমা তৌরে ৱারৌবিবা য়াদ্রেনা।

পু  কবি তৌববগেনে ?

পূর্ণ  কৈদগীনোমা খুড়া ইবুংঙো ! হন্দক শেল লোইনা শিংজগে তৌববু মখোয় থবক শুবা খর, সুবি—ককচিংগচা তরাকুন অসিদগী ঐনা পুজম্বা তারে। মাতুগী খর্চা খরা খাকপা তাবে। থবকনা য়াদ্রবননি। হয়েং আদগী অফং—অফং মনি- ওর্ডার তৌজরক্কে, ইখুত্তা অমত্তা থমজরোই রারৌবিগনু। হৌজিক, লুপা লিশিং অমদি শেন্দোইগা য়াওনা শিংজ- রমলগে চা মঙাগীদি লৈখিসনু হায়ববু করি হায়বগে ?

পু  ক'মদি তৌনি।

ছ  ঙাইখো—রা অমত্তা হংজগে, সুবি—ঠিকাদার বাবুনা হৌজিক আসামদা থবক তৌবিরিবা মফমবো—

পূর্ণ  তুলিচান বগানদনিমা।

প  অফং-অফংবদি নখুত্তা থমগনুকো। নংগী আসামগী তুলিচান বাগান হায়বদো—মী ফত্তবনি। ঐখোয়না নহা ওইরিঙৈদা চৎলমতুনা মুন্না খংই, ইখুৎমক্না ইত্তেমখৈ থবক শুরমলিবনি। ঙসাইগী মীগী তান চাও হায়বতুনা, মাতুদগী অতুম—লুপা শংবা খর পাইজখ্রিবা অসিনি। হা—ইবুংঙো পূর্ণশিং ! ঐবু কাওশিল্লক্লে, দুলিচান অসিবু ডাগঘরদি গৌহাটীদা নত্রা ?

পূর্ণ  মানি খুড়া ইবুংঙো ! সে—সে অদুক ইমুংদা লেংশিনদুনা লৌশিনবিগত্রা। ঐদি হয়েংগী থোরাং খরস্ত তৌজক্কবা তারি।

পু : আ—ফৈ-ফৈ। ছত্র অচুক ঙাইখো।

( পূর্ণ পুনশি ইমুং চংখিবা )

ছ : ফনি ফনি। ( ঙাংহৌবা ) হন্দক হনুবাসিদগী লুপা খর লৌথোক্কদবসি করম তৌসিবা— মহাক্কী মরম্না ঐগী ইমিংদা করিদা শেন পুথোক-পুশিন খর তৌবা অসিদা, খংদবা মুপী নহানদি—ঐবু ইনাক খুনবা য়াম্না তৌবা ওম্বনি হায়না খল্লি। অতুনা গুণবতীনা মচাগী লাইরিক লৈনবা ঐঙোন্দা ল ুপা খর পুগে হায়ররে। পরিক্ষামক্তি হয়েং হায়দোক্কনি, মচানা ঙমলগা পুবা, ঙমদ্রগা তোকপা হায়রি। গুণবতী অসি মৌ-মীয়াই চল্লবী—নহা-হায়বসু ময়ারি—থোইনা অহল ওইদ্রি। হনুবা অসিদি চহি তুক্ষ ুতরা হেল্লে। মাগী মরল অসি আসামদা থবক শুবদা লৈনুংদা ল ুপা সনাবুন অহুম লৈরমতুনা ফংঙকপনি, অতুদগী ইনাক খুনথ্রিবনি। মাসু লেমনা ফংঙকপনি, ঐসু লেমনা লৌনবা হোৎনদবা য়াদে। গুণবতীনা ঙসি হাম্নররিবাসিদা থোরম অমা তৌরগে, মহাকপু ল ুথ্রাদগী কাইথোকপিরগে হনুবদা লেপশিনবিরগে। অসিগী মরক্তা মরনমখৈ ঐনা তেংদমননা লৌথরগে। মাইকৈ অসোমদা খরা য়েংবাত্তারে। লৌশিংনা তানবা নত্তনা পাঙ্গলতনা তান্দুনা ইনাক খুনবা তাংঙি, অতুনা বুদ্ধি তৌবা থোকই। (হাইরপ য়েংবা) এ-এ থোরককে! (রাখন তৌতুনা লৈবা )　( পূর্ণ প ুনশি থোরকপা )

পূর্ণ : খুডা ইবুংঙো। হাকনা তোইনা চিঠি চিবাং পিব্বক্কনুকো, মীগী মমাংদা ইকাই, ঐনা খংনা তৌজবক্কনি। হয়েংদি অযুক ঙন্তা পুং তবেং তাবা মতমদা চৎখ্রগনি। অদুনা উনবা অমুক ঙম্মবোই—জয-জয। ঐ চৎচবগে (খুকন্দা—ছত্রদনা) ইবুংঙো ঐদি অদুক——

ছ : ফনি ফনি।

পু . ইবুংঙো। ইবুংঙো। না যেক্কনুকো—( পূর্ণ চৎখিবা ) ছত্রসিং কবি খল্লি?

ছ : খুডাইবুংঙোগী মৰমদা খল্লি।

পু : ঐগী। ঐগী কবি খল্লিবা?

ছ . নবুক ফৈদো—নবল লৈদো—খবদবু পংই অসিগী খল্লমই।

পু . কবমনা। কবমনা। ইবো।

ছ . সে—সে—স্নুম হাযবনি, মী হাযবসে শিগদবা ঙাক্কনি। হয়েংশিনি পাউজেনদে, হোবেন শিনি পাউতাকতে শোইদনা শিগনি হাযবদি মখংই। মাসিদা নবন নথুম মযাম অসিদা যেংদুনা মযাই কাদুনা নুংঙাইবনা কবিমতা খনদনা লৈথোকলে। খুডাইবুংঙোনা শিবগা নবন নথুম অসিনা কনাদা শিন্নবমগদবা। অদুগা মী অমদা লুপা খুজোক-খুজোক পুথোকপবু মিযাদ চহি অংম মবি থানবা অসিগী খল্লুবদা ঐ মমথ্রে—।

পু : চুমই ইবো। অদুমনদি ওইববদা কবি তৌনিংঙাই লৈত্তবনিনা লাইনা তম্বা লাক্কনি হাযদুনা লৈথোকলবনিনে ইপা। নংস্তু মরূপনিদো কবম তৌবগা ফগদগে অদ ক খল্লুদনা।

ছ . ঐনা হাযবব ইল্লবদি রাফম লৈতে হেক্তা ফগদবনি।

পু : কবম তৌসি হাযবগেনে ?

ছ . নুপী অমা থিসি।

পু . হা - - ।

ছ : নুপী থিসে।

পু : কবি তৌনবা ?

ছ . ইমুংগী থবকথনা অহো অবাং মেন্নগনিদনা।

পু . লুখোইবব্ মেনহনবা যাবোইদ্রা ?

ছ . তানিংদেদা লুখোইনা চাক থোংলগা চাবা যাব্রা ?

পু . পুজাবি বামোন মচা লৈবিবসিদি ?

ছ : রা পেৎথ্রে—নুপী থিগেবা থিবোইবা অসিদা হাযবিযু ?

পু : নত্তেনহাই—ঐবু হৌজিক নুপী থিবা খংখিদবা ?

ছ : কবি খংদনি, মবিংনা শাবা তাইরুক নামা হাংববনে ?

প : আই-আই শকসিবু যেংবা যাবিববনে ?

ছ : ফজবি-ফজবি সুকরাৎ রাৎতবি। অদগা নিপাদি শক্কা চৎনদ্দে গুম্না চৎনৈ। নিপান্নী মগুণ নুপীগী মশক হংগন্নু রা যামগন্নু থিগে থিবোই হেক্তা হাযবিযু।

প ু : হোইদা সংসার অসি ঐঙোন্দদি লীরে। মুপী অনৌবা অমা থিরগা অমুক নৌহৌবা য়াখিগদ্রা! পামলকইদা নংগী রা অসে।

ছ : পামগনি-পামগনি, ঐদি খুড়াইবুংঙোগী খন্দুনতা লৈরি-বনি। অদ ুদি থিরেদনকো?

প ু : থিসি-থিসি ফরে ইবো মতাচাবা অমত্তা য়েংগেরদো?

ছ : মতা চাবদ ু লৈরে।

প ু : ইয়া! ইয়া! অওইবরনহাই—?

ছ : ঐনবু খুড়াইবুংঙোগী কাদা মীনমগদরনে।

প ু : কনানিনা?

ছ : সাইখোম ওংবী গুণবতী।

প ু : ইঃ—মৌ! (মুগৎপা)

ছ : হোই মৌ।

প ু : মৌদি মাইবো।

ছ : মৌ নত্তবদি লৈশাবীদি লাম্বা চাদ্রেনে, য়েংবদা কয়া লূরোইনে।

প ু : উম্—চুমই—গুণ—ব—তী—

ছ : হোই।

প ু : মিংদাদি চিনি। ফনি ফনি—ঐদি মুপী অসে মপ ুক মপাও ফত্রবদি কয়া মপামদে হাই, সত্ত্য নংনা অদ ুম খন্দুনা য়েংঙ ু।

ছ : ঐনা খনবা শোইবা হৌনদে হয়েং ফত্রগা ঐঙোন্দা তাবিয়ু। মিংদা চিনি, খোন্দা খোইহি, শকনা চিত্রবট। অছুগনে—মচাগী লাইরিক লৈননবা লুপা কুনতদি—হান্না পিখো হায়রি।

পু : তৌরে—তৌরে—রাদি ফাওনত্রি শেনগী বাৎনা হান্না হেক্তা ফাওরকপা অসি—না—

ছ : রা লোইবা কুইরে, খুড়াইবুংঙোগী রাদা ঙাইহুনা লৈরিবনি। হৌজিক্কস্থ ঐখোয়দা লাকলমলিবনি।

পু : অওইবরনে ইবো?

ছ : সত্য শরিশো—লাকলমই।

পু : মুংঙাইরেদা ইবো! অছুনিদনা থবক তৌবা কৌবদে, মশক্তদি ঙসি হয়েং অসিদা অছুক——

ছ : ইহে—চামরক উহনগনিদা। অছুগা মরক ময়াদি নহা নত্রে মশা হেক্তা লৌবি। মচাগী তাঞ্জা অমত্তং য়েংলগা সিদা পুমলৈ লৈহনবি—

পু : পারি ছত্র! কোনগে (কোনবা) নরা তাবদা ইপা পেন্নে, রাভা মুংঙাইবগী সে—লুপাসিনা ঙা চারু (পিবা—লৌবা) হোৎনরুরো খুড়া চৎলে। ( চংখিবা )

ছ : লাইনা তম্বা উচি চাকহোল! অথাবীগী পোথম অকা অকুম চাগে। ( চৎখিবা )

---

# অহানবা মতাং।

## ৬ শুবা উৎপা

## অহিং—লম্বী

যুগোলনা চৈ থাওমৈ পাইড়না
লাকপা কুমারী ফিজি যানবকপা

যুগোল : থাদোকউ পাইগনুনে, নং লৈহৌ হায়বা যাববোইদ্রা ?

কুমারী : হনবিরকথোনে, ৱা অমত্তা হায়জখিগেনে।

যু : নংগী ৱা লক্ষারক তাবে অফবা অমত্তা যাওদে। ঙসিদি ঐ য়াররোইদবনি হেক ফংদ্রিবগী থৈ থিগদবনি।

কু : মরাইনা মহঞ্জবক্কনি কবি তৌবগে, ইচা অনি শুবা নত্তে —অম্মক যাম্না তাথিবসিবু কবি মতৌ কৌবগে।

যু : নং ঙসি য়েংঙু—অউবা নঙোন্দা তাইনরক্কনা তোক-কনি। নংগুম্বী মুপীনা কবি খংবগে নংগী নথৌ করি লৈবগে। লিচৈ অসিনা ননমতৎপা মথৈ ফুসিবরা।

কু : ইচাবু ফুবিরোই হায়রবদি ঐবু ফুগে হায়বামথৈ ফুবিয়ু করিমতা হায়জরোই। যুমদা হন্দা হল্লসি পাখং ফারকলবদা মমাম্নবগী মমাংদা ইচাবু করম্না য়ৈ চৈবা তৌগগে।

মাসিনা ভাংবসি তারগা শাওনিংবনা পৃপ্ পাখৎলে। চাওরকলে শাংওকলে হায়দুনা হুরানবা তমহনগদ্রা— হুরানবা হায়বসে মপা মমাদগী, ইমুং-মম্নুংদগী হৌবনি, অত্নুদগী কৈরোই-লৈকাইগী অচেৎ-অকোম য়েংঙকপনি। মী হাৎপা ভমগদৌরিনহাই নচাসে—হৌনৈনা নহা ওই-বগী লুপা অমা অনি অত্নক লৌ, চাকচা-হৈজ্জানা অত্নক তৌ, অত্নুদি নত্ত্রদুনা ভৌবোক ভৌনা লুপা য়াখিবু—অসি ভমলবা মানা ভমলোইদবা করি লৈবগে? ঐনা করি ব্রাংহনবগেনেহাই— চাবদা শেংপদা মমান্নবদগী করি পিদোনহনবগে। হি—রাদি ইখং খংদদুনা মানা তৌশিল্লকপনা অস্নক মহেল্লকইবা অসিদা, নুমিৎচুপ্পা ইচাবু-ইচাবু হায়দুনা করিস্নু খংদ্রবী নুপী নংনা য়ৈথৎ-পদা হোৎনদুনা অভাং অসি অম্নুপ নব্রাংখ্রবা নত্ত্রা?

অত্নবু হায়বা, মী তাখিনি হায়বনি। ইচাবু ফত্তে হায়দুনা উৎলগা কবি কান্নবগে। মচা ব্রারকপা ইমুংদা, মনাই ব্রারকপা চাখুমদা অস্নুম হায়নরিবনি। ইচানা কনাগীদা হুবাল্লুরবগে—ঐখোয়গী খব লৈবগী মতৌ-জবনি। হল্লকলগ থেম নৌদুনা হংসি, মপুক লোম-দবা ইচানি মরাইনা মতাকচরক্কনি। চৈ-রাং পায়দুনা থিবসে অমুক্তা তোকপিখো। মতোমদস্নু চংপা নত্তে কোইরেংস্নু য়াওখি মহাইরি।

মু : নংগী কোইরেং অহুম্ম অরোকপা মচারদো। খংব্রা নং-ইস্—মীনা তারক খোৎলকলগা শিবনা করবা, অসিগুম্বা হুরানবগী থবক তৌবকলবদা ঐনা মাবু ইচানি হাযখিগদ্রা — নংনা ফনা খামহুনম্ম য়াররোইদবনি। হুরানবা ফুবা লম্বীদা, মীহাৎপা য়ানবা কৈথেন্দা, খংব্রা—লাকে লাকচৌ লাকলোই তোকচৌ ঐদি গুসি তুমলোইদবনি, ফংদ্রিফাওবা থিগদবনি। হেক কংবা মফমদা মণ্ডক্তগী উবিক থৎকদবনি। মপানা ইম্মোকপা মচানি হাযনা লৈপাক্তা খংহনগদবনি। মপানা মচা ররকপদা নুপী নংগী নথো করি লৈ—( ইম্মোকতুনা চৎথিবা কুমারী লুকথহুনা হনথিবা )

---

# অনিশুবা মতাং।

## অহানবা উৎপা।

## স্কুল

ছাত্র ফম্বা ওঝা লাকপা

ছাত্রশিং : ( হৌগৎতুনা ) গুড মোর্নিং সাব।

বেদাম : গুড মোর্নিং গুডমোর্নিং সিট ডাউন সিট ডাউন।

( ছাত্রস্থ বেদামস্থ ফম্বা )

ইচাশা। ঙসিদি মুংঙাহব ঙসিং অমনি। নখোই পরিক্ষা ঙম্মকপসি মুংঙাইনা ?

ছাত্রশিং : মুংঙাই ওঝা।

বে : চন্দ্রসিং। কোহবে। ( অনিদু হৌগৎতুনা )

নখোয কযা পাংদে, সবজেক্ট অমমম ফেল ওই অতুবু নশা নহা নৎলক্রে হাযদুনা মাতুগী অযামবা যাম্না লুন খৈ। অতুগা ভাব অমাবোমদা হাযবগা চন্দ্রসিং নখোযসি ইনাকখুনবা মচানিদে, নখোযনা নিংথিনা তমলবদি বিএ, এমএ, লাযনা পিব ঙমগনি। করিনা খবচকীদমক নখোযদা কবিমতা রাফম লৈতে। মাতুস্থ খন্নতুনা হেড মাষ্টব বাবুনস্থ লৌখৎপনি। মাসি ইতং তত্তনা লৌখৎপদি যাবকওইদো, অতৈনা-পরিক্লা

ভাব মপুংদা লৈবদি খংদবনিনা, ইচা-মীচা যোংলৈ মেলৈ নাইরে হায়দুনা ওবজেক্সন তৌবক্কনিদো। ফম্মু-ফম্মু ( অনিচু ফম্বা ) মতুং অসিদদি কন্ন হোৎনৌ। লাইরিক হেবা হায়বসে নশাদগী কান্নবা নত্তে, অহন লমনগী সেবা অমদি ইবৈপাক্কী, হে—অচুক য়াম্না হাযকদ্রবম্রু যাম্না কান্নে হায়বসি মঙাইরে। শবৈ কন্না, মরৈমুন্না, চেকশিন্না নিংথিনা তম্মু। প্রতাপসিং।

প্রতাপ : ওঝা ( হৌগৎপ )

বে : নংগীদি লাইরিক শুবববা ?

প্র : অমনব খবদি ফংজরে খবা রাৎলি।

বে : ফৈ-ফৈ ঙসি মবি মঙানিগী মপুংদা শুননবা হোৎনৌ তমনবা লাইরিক শুদ্রবদি নংান্নবগী মীখা পোনগনি ফম্মু-ফম্মু ( ফম্বা ) খনবদা রাইদা—ওঝা ওইবা, তম্বিবা হায়বা অসিগী লম্বী অসে। ঈশ্বরনদি উবিবিনি নখোয় পুন্নমক অসিবু অমত্তমক ক্লাস মাষ্টরনা ফেল ওইহনবা নিংবা লৈবা হৌনদবনি। করিনা হায়ববু—ময়েকনা তাবা রানি, নখোয়না। অচুপকী মতিক ফবগা ঐনা অসুপকী মতিক মায পাকচরিবনি। অচুগা ওঝানা পুরুরাবু মুংশিবা হায়বা অসিদি করিদা প্রমাণ তৌগনি ওন্থোক্না তাংঙি। থরায় য়াওনা মহৈ তম্বা, শিষ্যবু ওঝানা মুংশিবদি—মহাভারত্তা দ্রোনার্জ্জুনবু প্রমাণ

পিজুনা ৺কাশিরামনা ইখ্রে। ওস্থোক্ল' মুংশিখরবনি, হায়জুনা কাম্নদে, নখোয়না হয়েং ওঝা ওইরকলগা খংগনি। শিত্রবদি য়ুমগীতা ওইরবস্থ ওঝা অময়মদি শোইদনা ওইগদবনি, নখোয় অপুম্বা। সে-সে লাইরিক তৌবসি পাবা লৌরগে ওসি করি বিষয়নো?

প্র : ( হৌগংতুনা ) বিজ্ঞাননি। ( ফম্বা )

বে : ( লাইবিক পাইখৎতুনা ) চন্দ্রসিং।

চ ( হৌগৎপা )

বে : পোৎ মথল কয়া শুই?

চ : পোৎ মথল অহুম শুই।

বে : কবি করিনো?

চ : অচংবা, অশিবা লৈহৌ। ( ফম্বা )

বে : হায়য়ু কোইরেং ( কোইরেং হৌগৎপা ) অচংবা পোৎ ফদাইবু কৌবগে?

কোইরেং : মফম অমদগী মফম অমা ফাওবা চৎথোক-চৎশিন তৌবা ওম্বা পোৎ অদুবু অচংবা পোৎ কৌই।

বে : খুদম?

কো : হরাগাড়ী, রেলগাড়ী।

বে : করম্না মুর্খ।

কো : হরাগাড়ীস্থ, রেলগাড়ীস্থ মফম অমদগী মফম অমা তান্না চৎথোক-চৎশিন তৌবা ওমই। নহানতা ঐখোয়

হয়া গাডীনা পুতুনা থোংঙাম- ( চন্দ্রসিংনা খুত্তিন শিকপা )—মোন্দুমদ চৎলুই। যুংদা হল্লকপস্তু হয়া গাডীনা পুবিবকপনি ( চন্দ্র মচিন পোম্বা )

বে : ষ্টৈন্দপ্! প্রতাপ নং হাযযু ( কোইবেং বেঞ্চমথক্তা প্রতাপনা লৈপাক্তা লেপ্পা )

প্র : ওঝা অচংবা পোৎ হাযবদি -মী, শা, উচেকনচিংবা

বে : যত্নু! ( প্রতাপ ফম্বা, যত্ন হৌগৎপা ) অশিবা পোৎ কদাহৃবু কৌই খুদমগা লোইননা তাকউ।

য : মফম অমদগী মফম অমা তান্না চৎথোক-চৎশিন তৌবা ঙ দব। অহৃবু অশিবা পোৎ কৌই। মাহুদি থ্রৈথোযগী হ্পুবোক।

বে : ( নোক্কুনা ) নকোক্তা, কবম্না পণ্ডিত?

য : ইপুবোক্তি মফম অমদগী অমা তাম্বা মীনা থাংত্রবদি চৎপা ঙমদে শেগাদা চপতুনা নিতিগী মীনা থাংজিবনি।

বে : ষ্টৈন্দপ্ ওন্দি বেঞ্চ, চন্দ্রসিং নং হায়যু। ( যত্নুনা বেঞ্চ মথক্তা চন্দ্রনা লৈপাক্তা হৌগৎপা )

চ : আ—আ—আ স্তু—স্তু স্তুবি। ( মকোক হোৎপা )

বে : ষ্টেন্দপ্ ওন্ দি বেঞ্চ্। প্রতাপ নং হায়যু। ( চন্দ্র বেঞ্চদ, প্রতাপ লৈপাক্তা হৌগৎপা )

প্র : বেঞ্চ, টেবল, মুকফু কলম অসিনচিংবা অসিবু অশিবা পোৎ কৌই।

বে : মধু! ( প্রতাপ ফম্বা মধু হৌগৎপা ) লৈহৌ কদাইবু কৌই ?

মধু : লৈপাক্কগী থিংগাইহ্নুনা খোরকপা পোৎ অহুব লৈপাক্কগী হৌবা পোৎ লৈহৌ কৌই ।

বে : উদাহরণ ?

ম : সবী, তিম্প্রোক অসিনচিংবা।

বে : ননসেন্স্! ষ্টেন্দপ্ ওন্দি বেঞ্চ। হায়য়ু মাঙ্গোঞ্জাও।
( মধুনা বেঞ্চদা – মাঙ্গোঞ্জাও হৌগৎপা )

মাঙ্গোঞ্জাও :(তপনা ১ হৌগৎতুনা ওঝানা লৈথোকখরিঙৈদা প্রতাপকী মকোক্তা কিম্না থিনতুনা তাকউ হায়না ইঙ্গিৎ তৌবা )

বে : ( উরতুনা ) ষ্টেন্দপ্। প্রতাপ নং হায়য়ু।
( মাঙ্গোঞ্জাও বেঞ্চদা প্রতাপ হৌগৎপা )

প্র : উ, রা নাপীনচিংবা। ( প্রতাপ ফম্বা )

বে : অঙাং নহা কোইজোম্বাশা! ইকাইদ্রা? কপলাক্তি কুরু কারবনিনা লেপ্পগী অরাবস্নু নাইদ্রে, ফম্মো। (ময়াম ফম্বা) বিজ্ঞান হান্নগী পারা অহুম্মক। রারেং পারেং পাগে তাও—

## "ঈশ্বর অরেপ্পা মরূপ"

পুথ্রি থন্না শাৎপা থম্বালনি ফজবনা তিল্লবা মতৌনি।
লৈশি লৈথোন খোইমু ঈশৈনা লৈকা তোংহুনা শকলরে।
খোইমু নিংজবা থুংজরে লৈহী পেন্না থকচরে।

নোকচবে থম্বালস্সু হবাঙজবে খোইমুস্সু।

লৈথনা যেংবদা পেন্নবে অমগা-অমগা চান্নবে।

থম্বাল লৈমন চল্লক্লে খোইমু লাকপা লৎখ্রে।

থম্বাল লৈহী কমলবদা লৈকা লৈবিক কেল্লবদা।

অমুক হন্না লাকলবোই লৈশি লৈথোল তৌববোই।

নুংঙাইবিরৈদা মরূপ যামই মপান ফবিরৈদা শাগৈ নমই।

বাববদা কনাস্সু উদে অমত্তনস্সু হন্না যেংঙদে।

মতম থাইদনা ঈশ্বরতনা অবেপ্পা মরূপনি লেংদনা।

তো কয়া নিংথিজববা রানো-দো-সে শোইবা হৌনদে।

ঈশ্বরনা মতম পুন্নমক্কা জীবগী মরূপ ওইবনি।

( শবিক খিংঙকপা ) পুং তাবে ছুটী।

ছাত্রশিং : ( হৌগৎতুনা। গুড্ ইভিনিং সাব।

বে : এস্ এস্ গুড ইভিনিং। ( ময়াম্মক চংখিবা )



# অনিশুবা মতাং।

## ২ শুবা উৎপা।

# লম্বী

চন্দ্রসিং কোইরেং।

কোইরেং : কবম তৌই ইতাও। য়েদ্রা ?

চন্দ্রশিং : ইঃ—লোইরে য়েদি য়েদে, হন্দকপুনে পবিঙ্কা ওস্মম-দ্রবদি ঐ মণিপুরদা লৈত্রে।

কো : ঐখোয়দস্ মহা যুম চংখিবদা পাজীনা লঙ্কা—ফুগে হায়তুনা হেক্তা ধমকা, ঐনা প্রৎ-প্রৎ লোনশিন্দুনা লাই খুবম্মুই হায়তুনা কোনবকম মিট মাট, উচিন্না চৈদি চাহৌদে। নখোয় ফাদবনা নংবু থিবম্বগী রা তাবদা ঐদি নং চৈ-চাবে, অসিদা খনখবে। কম-কম তৌই ?

চ . ঐগী ইহুওা ইমা চে চাই।

কো : করম্না ?

চ : ঐবু হাকন্নবদা।

কো : থ্যাঙ্কস্ ইওব মাদব্—অতুক তম্মু।

চ : ঐঙোন্দা পাজীনা লুপা লৌব্রা হংই, অতুদা ঐনা কান্নবরোই হায়তুনা লৌই হায়না শেংনা তাক-থোক্লবা। অতুদা রা ইঙাং ঙাংদনা ফুগে তৌবদা

ঐনা রা লৈরি হায়তুনা তোক্লে। পাইরক অতুদা মথং-মথং খরা শেম-শাতুনা পরিক্ষা ভমনবা লাই খুরম্বনি অসিদা খরা চংগ্রে লাইরিক চেনবগী এডভান্স খর পিখরে। অস্তুম্না ঐনা কাইবা হোৎনবদা উচিন-নাচিন লুপা লৌবা শাওদ্রে। লৌরমদাইদা করিগী তাক্কবগে অসিনিসে। মাতুদা ঐনা খুমফাল্লিভৈদা ইমানা মাংবু মাংহনদ্রবদি তাকপা তাক্কবা করিগী থিবগে'হায়রকদগী ঐবু থোক হুন্দোক্তুনা ইমাদা অতুম তাইনখ্রে। হৌজিক্তি ফবে শাওবদি কয়া কুইদে, ঙাইহাক্কংদি মৈচাংনি। ঙাইখো -মাসি তোকলসি, অক্তুনা ইতাও! ঙসিস্তু ঙাইহাক্কং চৎলুসিবা।

কো : দাই লৈতে, ঐঙোন্দা পল্লকমু-নংগী এঃ—ফনেক ফিবান কপলাকয়ৈ, মোল্লিদা লেংহুম নিপাশা ইমাইপেম্মা। অতুক তৌবা ঙম্বা মখোয় অতুবো।

চ : ঙাইহাক্ক, ইতাও ইবুংঙো! মুংশিবা!

কো : চন্দ্রসিং! ঐ হায়বিগে নং মাংলগদবনি। ঐদি দাই লৈতে চাকস্তু লামলে চৎকে হায়রগা নতোমতা চৎচৌ (চৎকে তৌবা)

চ : (কোইরেং মখুৎ পায়তুনা) ঙাইখোনে।

কো : (হাইদোক্তুনা) তৌমুদা ইতাও! (চৎখিবা)

চ : চচ্চখোদনা নংগুম্বনা শিন শুবা হৌনব্রা, লুকমনি—তস্—নংনা য়াদ্রগা তোকচৌ। (প্রস্থাপ লাকপা)

প্রতাপ ঃ কদাইদনো ওাইংঙো

চ ঃ নত্তৈম বজনীখোইদা ।　　　　( চংখিবা )

প্র ঃ ( শোননা ) ম কবিগীনা তাইরংঙো অসিনা তৌথ্রিবা অসিবো। ওঝানা হাযবগুমনা তুনা মখোযনা লাইবিক হৈবদি কান্নগনিদা -- ।　　　　( যুগোল লাকপা )

যুগোল ঃ প্রতাপ। নযাম্মা চন্দ্রসিং উত্রা ?

প্র ( খুকনা ) হৌজিক্তা ঙাইখি হৌ জিক্তা লাইবিক তম্মদগী হনমিন্নবকপনি। ঙাইথম বদনি খোইদা চংকনি হাযতুনা চংখিবা।

যু ঃ কবিগীনি হাযবগে ?

প্র খংজদে যেংঙোই খুড়াইবংঙে। নহানমুকসুনে — ঐব বজনীনা, মহাক্কী অবেপ্পা মরূপ্তা পিনবা চিঠি অমত্তং ইবিযু মবোনদি নুপা পিবকউ হাযবিযু হাযনেসে ঐনা ইবিগে হাযতুনা বজনীনা চিঠি চে লৈগনি হাযনা থোকখ্রগা লৈঙ্গু লৈকদে থুনা হনজিল্লকই। অতুগা- ওাইংঙো চন্দ্রসিংগা - ঙা কোইবেংগা লাকইনে, অতুদগী মখোযগী লুকমনি হাযবিতুগা, বজনীগা অনিতুনা ঐবু চংলো হাযদুনা তাল্লকপাদুদি ঙকখ্রে মহা — ওইখ্রে ফম্বকা যাখিদ্রে খুড়াইবংঙো। থিকনুদা মবাইনা লাকচনিদা। ঐনা খব থেংলবদি ইমানা অস্নুম্না হেক্তা থি কবিগীনো খুড়াইবুংঙো ?

য় : খিবা ঋৌনৈদনা। ( শোনবা ) অঙাং অসিগী রাঙাং অসি লুংশিদা—( ফোংনা ) প্রতাপ! মচাগীদমক মপা মমানা রাবা হায়বসি হায়নিংঙাই লৈতে। মাসিবু নখোয়গী লাইরিক তম্বদ্‌দা থক য়াওরাকত্রা?

প্র : য়াওই খুড়াইম্বুংঙো! দশরথ নিংথৌনা মচা রামচন্দ্রগী রাবনা শিখি-অদ্‌ককা পিক থল্লা য়াওই খুড়াইবুংঙো! ঐখোয়গী পাক্তী লৈববদি মাস্থু রাগত্রা?

য় : ( শোনবা ) আ—লুংশিখবেদা! মপানা পিশক পিকনা ভূনদোকলমদ্‌না, মপানা মচাবু করম লুংশিবা, কয়া লুনা তৌবা—মাদ্‌ মানা থংখিদ্রবোইবে। ( ফোংনা ) প্রতাপ! চৎসি খুড়া নয়ুমদা থিনবিরগে। নং খুড়াবু থক হঙ্গোই-গল্লকো—চাবা শেৎপা ননিং থুংদ্রগা খুড়াদা হেক হায়রো—খুড়ানা ওস্থা উপায় তৌগনি। লাকও-লাকও চৎসি।

( চৎমিল্লখিবা )

---

# অনিশুবা মতাং

## ৩শুবা উৎপা

## নুমিদাংবাই

### রজনীগী মুম

রজনী হায়মনি পায়রুনা ঈশৈ শরুপা

### ঈশৈ

রজনী : য়েংউনে য়েংকী খুৎতা বাঁশী পায়বা ব্রজবাসী।
চাননা মুবা নত্তে শংবস্থু নত্তে
লংলবা নিল কান্তমনি।
কোক্কী লৈতেং রাহোং চুড়া
ওক্তা ওাল্লি লৈগী পারেং
খ্বাংদা ফীগে নাপু থোল্লি —
খোংদা নপুর
থানদে নোংমতস্থু বাঁশী বেন্নু—
ললিতা চানবী।
মণজেনবুংদা নিতি চৎলি
পুক্লিং হুনা বাঁশী খোংই
লৈতরে থরায় অসে মতুং ইল্লি
মমিং শ্যাম রাসবিহারী—
বংশীধারী যশোদা মপারী।

( লুকমনি লাকপা )

লু ঃ রজনী ! লাকপরা ?

রজনী ঃ কনাবো ?

লু ঃ হোইদা হোইদা ।

র ঃ ইবেম্মা ! ফমদুম ফম্মু । ( লুকমনি ফম্মা )
সর্বানা মমা নোকনম্নুদা ।

লু ঃ ঙাইখোনহাই—
অতৈদি লাইবি নংগী কোইবেং হায়বদো রাগা মুংঙাই-
রগ্রদা মশকম্নু মফৈজে, ঙাথোরকপদা রাশিনা লৈম্বিবা,
ঈশৈনা শকলিবা ।

র ঃ হোইনহাই !
মাগী ঈশৈদা কদাই-কদাইনগীনো লাইমা ব্রাংখিনবেদা ।
চিংথক ফাঙবা হেক তোক্কে ।

লু ঃ শক্তি নাখোই অমদুনা ইচিক চিকইদহাই ।

র ঃ হী য়েংবা হৈখ্রেদা ।

লু ঃ অমসিদিনে হৈজো । এঃ লাকপু লাক্লে ঐ চংলে
( লুকমনি হৌগৎতুনা লাকপা চন্দ্রগা ওকনবা )

লু ঃ ইঃ লেংবিরকইবরা ?
লেংশিনরিয়ু-লেংশিনবিয়ু ! ( চৎখিবা )

চন্দ্র ঃ ফনি-ফনি ।

র ঃ থাজদনা লেংলকলেদা ! করি থবক্কী ওইরবানো ?

চ ঃ হেরা- হৌজিকপু ইনৌ-ন্নৌনা হংলিবসিবো । ঐনা
লাক্লবা মরিনিদা মঙাইরি অসিদা থুনা কাউবিরমলেদা

ব . ইবুংঙো। নোংমগা যুগ অমগা পাজৈয়ে, পুং অমগা চপ্পিগা লাকচেয়ে, মিক্কুপকা নোংমগা তমজৈয়ে। মবিনিসে যুগ মবিনি নিংজৈয়ে। নিপা হায়বসে খোংকাপ অমনিদা থাংদোকপিখিবগা তেংগা মকাউবিমাল্লে।

চ . ইবেম্মা। ওন্তোকপা থানি, রজনী নওনা, চন্দ্র এনা হিংগদবা কৈদনো। হায়গে তাও সংস্কৃত লানদা চন্দ্র হায়বদি থানি। রজনী হায়বনা অহিংনি, থানা নুংথিল মঙান লৈতে, অহিংতদা ঙানজবনি। রজনী অহিং নৈত্রবদি চন্দ্র থাগী মঙান লৈবোইদবনি। এগী চংজফম, তুংনফম রজনী কৌবী নহাকনি। নহাক্কা হকচাংনি এনা নমিনি। মতম লৈবা খিবিগা কাউজদবা এহাকনি, নাকপা নাত্তবা নাইদবা থরাই অসিনা ননাক্তদা লৈবিবনি। নিংদবা বোনদা শান্নজবা থরায় শজিন নংগী রাহৈ তেন্না কবির্গী কন্না থাবিবগে?

ব . ঙসিদা খংজবি নুংঙাইজখবেদা। তাকপিবা যাথং হোংডবা নত্তে। অহিংগী অমমবর ঙানহনবা থানি, অতুক য়ান্না খংজদে কোইনা ঙাংবা হৈজদে। য়াম্না রানা মমতুনা লৈজবব ইবুংঙো! নংতনা ঙানদবিবনি। শক উবগতা নুংঙাইজবিবনি, অদু নমি নোংমগা যুগকা পাজবা। হুন্দিকপু কবন্না পানা হাগদগে? ঙবাং নহানগী অকংবা হাগদ্রা। ঙসিগী অনৌবা হাগদ্রা? লৈবাং অকংবনা কৈদাক্তন্দোকপা, ঙসির্গী নাচোমনা নাপ কদোমদা· তাকপিরো —।

মাসিনা মবিনি ( পানা উৎল-উৎলদ্না ) অসিনা হুমনি, অমদ্না শুরাংগী অনৌবা শুসিগী হাগদবা হাবিম্ন, খোন-গদবা খোনবিম্ন ঐ খুদোং হান্নুখিগে। ( চংখিবা )

চ : ইস ! করি খুমগনি ইকাইখবেদা। মাদি ঐবু শুম্বোক্পা নিংঙমলেদা। ( হিদাক পুদ্না লাকপা )

র : ফাল্লো, ( পিবা, লৌবা ) থেংথ্রগনি লেংবা।

চ : চচ্চরোইদা - — হয়েং মখেদিনে নিতি কাংজররোই সত্য তান্দ্রিমখেম্নু হল্লোই।

র . অদ্নবু হায়বনি ঐনা নহাল হারজবদো।

চ . করিনো কাওবেনা ?

র . য়াম্না নিংবিদ্না ভৌবা মাল্লে থুনা কাউবিরমলেদা, হায়-জররোই।

চ : করিনো তান্নবা হৌনৈদনা -হায়রো—হায়রো।

( রজনী খুমদবা, লুকথবা )

হায়রো হায়রো হাযবা ইহে হায়রো হায়বনি। হায়রো হায়বা ইসে ! সেনে-সেনে কাউদনে নংনা হায়বা অমুক্তা তাখিগে ভৌবনিনে।

র : ( মোমোন নোকুনা ) কাউবিব্রবদি করিনোমা ?

চ : অদ্বু নং হান্না হায়খো হায়বা।

র : শিনিংলেদা সত্য থাজখিব্রেদা লাইমা।

চ : থরায় অসি ঐগী নত্তে নংগীনি, ঐবু থাজত্রবদি নংবু থাজদবা হায়বদ্নি। মুপী থাজমু হাযবাদো ভৌবক-লোদো — — ।

ব : কবি ইবুংঙো। নত্ত নত্তবা শাশিন্নবসে প্রান চাকথ্রে। অওইবা কৌবদা যাওখিত্রবা।

চ : কাউবা হায়বসে হৌনৈ ঐখোযনিদি রা তবা ঙাংনৈ। অহুনা মতৌবনি। সত্য, হে সত্য মতুং অসিদদি নংনা হেক হায়বা মখৈ কাউদবোই। অমুক্তদি হাযখো কবি বানোনে ?

ব : লেংথোক-লেংশিন তৌবসিগীদা — — —

চ. : কদৌবা ?

ব : মুংঙাইবিবনা – তৌবিবসে ?

চ : কবি ভৌ হাযবগে ?

ব : য়ুম মচা অমত্তদি — তোপনা শাবিয়ু হাযছুনা নত্তান্না করারক হায়জ্রথবা অহুবু করিমতা থৌশাবিদবা। তোইনে। শাসি, সত্য শানি।

ব : করম্বা য়ুম শাবিগদবা ?

চ : মচা হাযবনাইনে ?

ব : অহুবু মচা চায়ছুনম্ব য়ুম হায়বসে – তবাবক শাবা ঙম্বা নত্তেদো।

চ : করম তৌবা য়ুমশানোনে ?

ব : ঈশিং চাওবদা পোৎ চৈনা থুম্মিবা মাংখ্রিবা —

চ . ঈশিং চাউবদা কবম তায়না মাংডিবা ?

ব : ই-ংগঙাখোযগীদি থৃমদবা।

চ . হেবা হাযবোবা লুপা কযামুক চংগদবা ?

ব . শাবিঙৈদা দ্বিতলা মচা ভুইনা নিংথিনা—ওনান-তনান পিকতকনা ডিজ্য খজিক্কনা কুপ্পা।

চ . লুপাবু কযানোনে ?

ব লুপাস্তু থোইনা চংদ্রোই হাযদা —।

চ . কনানা। হাযবা ?

ব মখোয যুমশাবাশিং— তা – তাদা — এংখোম অংঙোপ্পা খোযনা হাযবা।

চ : লুপা কযামক্কম '

ব কা অনিদা শাববদি লুপা চনিদনস্থু ওক্নি হাযায।

চ . উম ঐ হন্দক্তি ইথৃনা শেল কযা পাইদ্রি। মঙানি ভবানিদা ডাক্টখা। যুমশাবা মী ডাংনকাবা, মাত্রা গুন্নবা ঋেংঙ্বো ঐ চৎলগেদনা ?

ব : থৃদোং অমুক্তদি—গুনজখিগেবা ?

চ ঐ স্কুলদগীনি যুম যৌকদ্রিবা।

ব . যনি লে'বা হাযদু মঙাই—ঝেদনা।

চ হেবা — হয়েংস্ত লাকনিবা। . . ( চৎখিবা )

ব . কদাযদা লিৎকনি, মপাগী মবন ইখুন্ডী। ( চংখিবা )

# অনিশুবা মতাং।

## ৪ শুবা উংপা।

## গুণবতীগী লম্বী।

গুণবতী　ঃ　হা—কৃষ্ণ! ওন্থোকপনি!
তৌরক্রিবা শিনবু
ঙসিদগী হৌজবা তারে।
মীগী থোংজিল চংতুনা
লুপা পুরুবা তারে।
ইবুংঙো! তাইবংগী মপু!
চংজখিবা মফমদা
মাই পাকচবা পিনবিয়ু।
নংনা লেপনা কৃপা তৌবিয়ু
ইপুরোইবগী মিংচৎ
থিহনবিগনুকো ইবুংঙো!　( ছত্র লাকপা )

ছত্র　ঃ　ইবেম্মা গুণবতী! চৎলসি-চৎলসি নংবু হৌবা লাক-লবনি ইবুং।

গু　ঃ　ঐস্নু থোকচরকলবনি। তাদবু দলিনগী মরোনদি করমনা ইগদগে?

ছ　ঃ　ইবেম্মা! হোরেল ঐনা তৌবক্তুদা ময়েংবিয়ু' রা য়াম্না ঙাংবিনু। মা-সে মিত্তা অমনি রা পেৎপা য়াদে,

মাহ্ন খংনা তৌবিন্নু ইবুংঙো, হায়বতা ইল্লু। মী মীগী মোৎ হায়বসে লুখ্রেদা—ইবেম্মা লৈরক অমা রাঙাং অমা শৈদা অমা—মীশক অমা পুকচেল অমা রাখল অমা অসিনিদো। অহুনা ইবুংগী য়াকা য়াম্মা য়েংবিয়ু নহাকী শোইদনবা তৌগনি, মাসিদিনে হান্ননা মখুত্তগী লুপা লৌথোকলগা লোইবে।

গু : ফগনি।

ছ : চৎলসি অহুদি—রা য়াম্মা ঙাংলকনুকো— ( চৎমিন্নখিবা )

---

## অনিশুবা মতাং।

### অশুবা উৎপা।

## পুনশিগী য়ুম।

পুনশি : হো—লুখোই! কৈদা চৎখরে হো—লুখোইবা!

( লুখোই থোরকপা )

লু : করি—হায়বগে?

পু : মিংশেল অচৌবহ্ন পুরকউ। ( লুখোই চৎখিবা, মিংশেল পুরকপা )

পু : (তম্বিশেল য়েংবা মোয়োন-মোমোন নোকপা)
কময়োই লুখাইরা! ঐগী শক্তু খরা থোকপ্রা ?

লু : করিগী ওইরবনো ঙসিগী ফিজোনসিবু ?

পু : হেন্না—ঐনা হংবদা খুম্মুবা।

লু : ফুরিংপুদি ফজেনে।

পু : শক্তি—?

লু : পোকনে, কোইনে ফনা মরেম্মি।

পু : থিদা অছু নত্তে নহাই—নহা ম্যাজিকা হায়বনি ?

লু : ই:— ই:— ই: খঙদতুনা ভোবনি। (খুৎ লোম্নবা)
কেবল চহি তবা— তবা— তবেৎ। ঐ মীনম্বা হৈজদে।

পু : হো:—অহুম হায়যুদনা দিন মুংঙাইদো। ইবো নংঙোন্দা
তাক্তে হায়নিহাই, ঐ মুপী থিবা তাবে ঙসি মখৈ।

লু : হৌজিকীতুবু অমুক্তগা ?

পু : ঐ মুপী থিগদৌরি হায়বা।

লু : রা অমত্তদি হায়জহোগেকো হনুবনা মুপী অঙাং থিবসে
কনাগুমবনা অমম্বদা থাওমৈ পাইবগুম্বনি।

পু : সে—ম্না—সেরা। করি করি লখোইবা ?

লু : অমম্বদা থাওমৈ পাইবসে অপাইববুদি মনাক চৎপনা
হেম্না মুংঙাইবনি।

পু : ম্যানিম্বদে—মাসিমা ঙাংবা শাবো। থাওমৈ অহু পাই-
রিবা অহুনা থাননিংবা মফমদা থাম্লগা অহুমঙাইদনা

লমজাওদা করি পু্থোকনি? লু্খুমদদা ইরাইনা থমজ-গনি। নথৌ করিসু লৈতে। য়ুম কৈতুম খরা নালহল্লু ছত্রশিংগা লোইনতুনা নন্দোন অনৌবী লাকলগনি।

লু : লাকপবু উরে। ( লু্থোই চংখিবা )

পু : হা—— ( তফিং-তফিং তৌবা )

( গুণবতী, ছত্র লাকপা )

ছত্র : ( খুরুমবা ) খুড়াইবুংঙো!

পু : অং-অং ইবুংঙো! ( গুণবতীদা য়েংবা )

অসিরা? ( মোমোন তৌবা )

ছ : মানি।

পু : ঙসি লুপা কয়া?

ছ : কুন।

পু : ফৈ-ফৈ লৌথোকউখিগে। ( চংখিবা )

গুণবতী : করিনো তাদ সিরা হায়ববো?

ছ : হে —এঃ অসি—নিমা লুপা পুবা মীদো সিরা হায়বনি।

গু : অহুবু তাদ! ঙসি কয়া হায়বহু করি ভাবনো?

ছ : ( খল্লপ তৌবা ) মাহুদি অসিনি ঐদি মহাকী লুপা পুথোক-পুশিন তৌবা মীনিদো অহুনা ঙসিগী নহাক-কীদসু নত্তনা অতৈ-অতৈসু লাকত্রা লুপানা কয়ানো অসি হায়বনি। ঙসি মুমিংকী অপুনবা হংবনি।

( পুনশি থোরকপা )

পু : সে – সে থিরো কুন গুরবনি।

( ছত্র থিহুনা লৌবা )

গু : দলিনদি কনানা ই——

( থুনা ছত্রনা খামবা পুনশি তঙক-তঙক যেংবা )

ছ : সে – ঙাইখো ইবেম্মা ! ঐগা তান্নরুসি, থবক পুন্নমক ঐগা তান্নরগা লোইরে। নত্রা থুডাইবুংঙো ?

পু : মানি-মানি। হোই-হোই ইবেম্মা ! ঐগীদি কবিস্থ লৈতে অস্থুমদোনি হাযবত্থু মঙাই ঐহাকী হায়ববু রা পুন্নমক ছত্রদা।

গু : ফনি-ফনি।

ছ : সে—ইবেম্মা ! লুপা অসি পাইশিল্লো। ( লুপা পিবা, লৌবা ) রা যান্না লৈবি ঐগা ঙাংনদবা। ঐখোয়দা চংলসি	( পুনশিদা লোল্লপনা )

খংঙত্রা ? থুডাইবুংঙো।

( গুণবতীদা )

চৎসি ইবেম্মা।

( ছত্র গুনবতী চৎথিবা )

পু : হো—হে—অহুমঙাই-অহুমঙাই। ( মত্তোমতা ) মশক চু মকৈ-মকৈ মশমস্থ মকৈ, মশাস্থ মনানশি অহুগা রাস্থ পোত্তদনা ! —যাই।	( চংথিবা )

# অনিশুবা মতাং।

## ৬ শুবা উৎপা

## লম্বী

গুণবতী ছত্র হন্ল্কপা

ছ : সে—সে স্নুম হায়বনি ইবেম্মা! মাসিদিনে রা পেৎ-খিত্রবা মীনি, মাগীদি ঐনা হায়রগা লোইরে অসিনা ধর্ম্ম নত্তবা ঐস্মু থক তৌনিংদ্রে; ঐগী প্রাণ অসি মাগী দমক থাগে লৈরিবনি। অদুনা রারোগনু—দলিনদি ইবুংগী নামাদা হেক্তা মইরসি মথোই মরাং য়াম্না পিকনা ইগনিদা তরাদ শিকিদগী হেললোই। অদুগা—মতুংদস্মু মঙোন্দদি রা থক ঙাংঙ্গনু, শিংবস্মু ইবুঙ্গা শিংপ্পদবনি, থোৌবস্মু ঐদনা থোৌগদবনি। মাদি নোংমতা লাকলোই, থৌস্মু থোৌররোই করি-মতস্মু হায়ররোই। ঙসাই রাতাদো তারেদনা থাজদবা তৌগনু মাবু নংনা তিন্নদদুনা তৌবনি তিন্নরগা খংলকনি।

গু : ফগনি, তাদনা ধর্ম্ম য়েংদুনা তে বিয়ু। করম্ তৌনা নচা অপিশক অসিদা লাইরিক তম্বা তোকহল্লোইদগে হায়দুনা তৌবনি।

ছ : মাদুনবু ইবুংনা অসি তৌনা ঐগী লৈজত্রবস্মু থিদুনা হোৎ-নজবনি। [illegible] কাইরোইদনা, হায়নবতা শোইগনু মতুংদস্মু তরারক লৈরি। অদুনা ঐথোয়দা ঙাইহাক্তংদদি—

গু : ফনি— (চৎথিন্নখিবা)

# অনিশুবা মতাং।

## ৭ শুবা উৎপা

## বেদামগী য়ুম।

বেদাম : আঃ — ওস্থোকপনিদা ! মণিপুর কোবী ইমাইবেম্মা ! লাইরিক হৈবা মীশিং য়ামলগা বি, এ, এম, এ য়াওরগা অপংবা জীবগী লুপনফম সমদ্র, লৌশিং হীনা খর লান্নগদ্রা নিংববু, ওঝা ওইবা ঐখোয়না পূকনিং ফত্ত-বনরা মতমগী মগুন্নরা থোক্তরে থোক্তরে। মীনা নিংবনা অনা লাইনা তম্বন অমা ওস্থোকনা ওন্নখরেদা। ইনাকখুনবা মচা আ — মথক ক্লাস ফাংবা তমবদা শেলগী ব্রারোইদবশিং য়ুগোলগী মচা চন্দ্রসিং, মখোয় অসিনা লাইরিক্তা য়াদ্রে, তমদ্রে - মথাদা লৈহোরে। খর্চা হুনবদা ওমগনি হায়বদা থাজদ্রবা লুখ্রাবী মচা প্রতাপনা জিরি-জিরি লিখৎতুনা পিশক পিকনা লাই-রিক্তদি আ য়োৌরকলে। অঙকপনি ! অঙকপনি ! ইমা ! নংগী চায়োক অসে।

### ঈশৈ ঃ

ফজৈদা ইমা ! মৈতৈ লৈমা !
মাইকৈ শলাই খুদিংদা।
নচা চানবী ওইবনা

মীরক তিনজুরবী ইমা ইবেম্মা !
অশংবা মণি চিংনা থল্লি
লুপাগী তারা মাল্লবা
তুরেম্না কোইনা চেল্লিবসিবু
করম্বা লৈপাক্তা লৈরিগবা
করম্বা লৈপাক্ত লৈরিগবা ।
অনৌবা ফোনা অশংবা ফিজিনা
তপনা হুম্বা মাগংবনা
ঈথক হৌবগুম তৌরিববু
করম্বা লৈপাক্তা লৈরিগবা
করম্বা লৈপাক্তা লৈরিগব ।
পিক্তক লাক্তক অশংব লম্মাং
থল্লাই য়াঙনা কচ্চবা লাইশং
শিংজেল মান্নবা লাইর খাংপোকশং
করম্বা লৈপাক্তা লৈরিগবা
করম্বা লৈপাক্তা লৈরিগবা ।
ওক্তশিংদা নচাশিংবু
উনা–উনা ঙাংদববু
নংগুম্বী পুকচেল ফজবীবু
করম্বা লৈপাক্তা লৈরিগবা
করম্বা লৈপাক্তা লৈরিগবা ।

# অহুমগুবা মতাং ।

## অহানবা উৎপা

## লম্বী ।

চন্দ্রসিং ভাংল-ভাংলদুনা লাকপা

চন্দ্রসিং : লাকখিসনু ঙসি মহাক্ত ফুবগা লোইরে। কল্লিস্ন য়াত্রে ঐগী করিমতা গতি লৈত্রে। পাবুংদগী পৈশা অমত্তা লোবা য়াত্রে। অঙাংমচা অপিশক মাগুঅবনা মথৌ করি লৈদুনা পাওতমবা, করি মশিল লৈদুনা ঐগী থবক থুদিংদা য়েংলিবা। রজনীখোইদসু মমাংঙৈদা করিগী ফমলমব, থবক থুদিংঅক্তা মহাক্তনা য়েংলিবনি। থ্বাইনদি মাবু অঙাং ওচনা উবনি, ঐ.ভান্দদি মহা বৈরিনি। মচিন্দগী মী মাংহনবা -ফুরগা লোইরে। ( চেপনা য়েংবা ) আ দা লাকপা উরে। মানি-মানি শোইত্রে লাকসন্নু ঙসি--- ( প্রতাপ লাকপা ) প্রতাপ নংবু ভাইরমলিবনি।

প্রতাপ : করিগী তাইবুংঙো ?

চ : রা হংগে ইবো ! ঙসিদি নচিন চুম্মু অহু নত্রবদি থংঙু ননম তংকদবনি।

প্র : ই তাইবুংঙো ! করি রানো ?

চ : ই: –আ: তৌসন্নবু অঙাং! নংনা ঐগী মরমদা পাক্সিদা করি-করি তম্মুই!

প্র : তাইবুংঙো! ঐ করি থোইদোকপা তমদেনা।

চ : নচিন থিন্নুনহাই—উব্রা। খুবাকসে।

প্র : এঃ— তাইবুংঙো! সুমদোই—নোংমা তাইবুংঙোগা ঐগা ঐখোয় অনি লাইরিক তম্বা হল্লকপদগী উনবা, ঙাই-থেমদা চৎকনি হায়না তাইবুংঙোনা চৎখিবা মুমিৎত্তো মাত্নগী মুমিত্তা তাইবুংঙোখোইগী খুড়াইবুংঙো ওকনৈ। মাহুদা খুড়াইবুংঙোনা তাইবুংঙোবু উব্রা হংঙিনে অহুদা ঐনা ঙাইথেম রজনীখোইদা চৎখি হায়না খুম্মি। অহুগা নোংমক্সু ঐনা রজনীখোইদা লৈরিবৈদা তাইবুংঙোগা তাকোইরেংগা অনি লাকই হায়খি। অসিদনিবো তাই-বুংঙো!

চ : নথৌ করি লৈহুনা হায়রুরি?

প্র : হংঙকপগী, অউববু খুম্বনিনে তাইবুংঙো! কদোবগে অসিবু?

চ : মতোইনরা নং?

প্র : তৌবিন্নু তাইবুংঙো! তাইবুংঙোদা করি কাইবগে হায়বা খংজদহুনা তৌবনি, মতুংদা থক হায়জররোই।

চ : করি কাইবগে—মতুং হায়জররোই ককা তৌবা শারিয়ে চিঙ্খিবা অঙাং মীওমবা, নমা লুখ্রাবী উহনগে খংব্রা? (ফুবা) তৌখিব্রা—হায়খিব্রা?

প্র : ( অফু খুদিংদা ইস্-ইস্ হ.য়বা ) তৌবিন্নুবা তাইবুংঙো ! কনা লৈজদ্রবা মচানি তাইবুংঙোবু ইয়াম্বমকনি হায়না নিংজরিবনি ।

চ : ময়াম্বনা মনাওবু য়ারকপ হৌনবনি, ( ফুবা ) তৌখিদ্রা ? হ.য়খিদ্র ?

প্র : ( কপ্পা ) তৌজররোই, হায়জররোই, তাইবুংঙো তোক-পিরো হায়বনি -তৌজররোই—নে ( কপ্পা )

চ : খুৎ পেন্দ্রিনে চিঙ্খিবা পিতৎ-পাতৎপা লৌয়াইমচা খংব্রা ? অঙাং মীওমবা ( ফুবা )

প্র : অয়ো—ইমা ! হো—ইমা ! তো—ইমা ! ( কপ্পা )

( অহম তাম্না লাক্পা )

অহন : ( ফি'না ) ইবুংঙো ! ইবুংঙো ! ( খাম্বা ) হৌনদে—ওকলে কবিনে অতুক যাম্না ফুবিবা হৌনবরা ?

( প্রতাপ হিক্না কপ্পুনা লেপ্পা )

চ : ( অহন্দা ) নথৌ কবি লৈ ? নশিন করি লৈ ? করি—থোকয়ে হায়তুনা ঙাংজরবা শাগ্নিবনো ?

অ : অচা-চা ! করম্বা মীনো হায়—নগাম্নব্রা অসে ?

চ : অঙাংনা যুম মৈ থাবা চাক্রুনে ?

অ : থিদা — নহা অসিগী খোন্দাদে লাইমা ফজদেদা ।

( প্রতাপ লাইরিক চাইবা খুনবা )

চ · চন্দ্রসিং ঐমা মীফু দা ম' কনানা করি তৌজরগনি কনাপী কৃষ্ণি মথৌ নৈ অমুকস্নু ———
( প্রতাপকী মকোক্তা কম্না ফুরগা থুন চৎখিবা মকোক কায়হুনা প্রতাপ তুবা )

অ'— হাই — করিগী চেল্লি ? অঙাং মকোক থুগাইরগা নংমা চেন্দুনবু হিংগত্রা ( ফমহুনা লাইকম্লবা )
আঃ ——— খিনা শোকল্লেদা ! করি তৌকবনানোকে'। মপা নৈত্রবা মচানি কনা নৈজত্রবা অঙাংনি, মাগী হম্না য়েংবদা মমাতা মঙাইজববনি। ওস্থোকপনি ——মমাম্লবস্নু নত্তবলিবু' অস্লক' খিনা ফুবকো ইনাক থক্ক খুল্লগা মঙক্ক ইহাই হাইগৎপা, শোইরোক্ক' নহাসে লাইন্ন রাবকলক-খিগনি। মমানা উরগা করি থোকওপ্পবা, অমুকতোইন্না লাইরত্রবী করিস্নু নৈজত্রবী ৲মানি; মরিমতানা মচাবু মহৈ তমহল্লিবিনী। হাঃ কৃষ্ণ ! খনবদা রাইদা ! ওস্থোকপা মতৌবু ঙসি করি মুংগী উরুরবা। ( গুণবতী কৈথেল কুম্মকপা ) হা— ইবেম্ম' ! গুণবতী ! তুরিবসি নচানি থর শোকলে।

গুণবতী : হা !—অদা ?

অ : প্রতাপনি ইবেম্মা।

গু : কবিনো তৌরিবসিদি মাংলেদনা ইচা দে।

( মচা নানবা শিৎপা )

মকোক্তা ঈ থোকলেনা মকোক কাইরেদকো' ইচাদে তা — ইবুংঙা প্রতাপ ! করি তৌরবগে ইমাদা তম্মুনে ( কপনা-কপনা ) ইমা নৈরিনহাই ইচাবু কনানা লাকচবগেনে ? রা ঙাংবা ঙমত্রবোইনা নংদে ?

অ : অমা- য়েংহৈখিদ্রেব্দা।

প্র : ঐনা কৈথেল কারুমদাইদা লাইরিক তম্না চৎকনি হায়ত্না হল্লাও-হল্লাও চাক চাক্কহৌবা ইচানি। কনাদা করি লাল্লুত্না ইচাবো, তাদবু উবিহৌত্রা খংবিহৌত্রা ?

অ : অহানবা খংনবা হৌখিবদি ঐসু উহৌদ্রে ইবেম্মা ! ঐনা অম্মুম লাকপদা উবদা নংগী চিরোমমচা চন্দ্র হায়রে করি হায়য়ে, অসিনা নচাসিবু পংফুদা ফুরম্মী। ঐনা খামই থোইদোকনা থিনা হাইরুবসু নত্তে নমান্নবা নত্তেদা হাই-রুবদা, ঐবুসু মানা য়াম্না থিনা হায়রমলগা ; অডাং অসিনা কপ্পমবদগী তোকতুনা লাইরিকশিংসি লৈপাক্তগী খুনজরিডৈদা মকোক থুগাইরমতুনা চেনখ্রে ইবেম্মা ! অসিগী মখৈ খংহৌই ইবুং।

প্র : রাখরেদা ! মপা লৈজদবা মচা ! মীনা অম্মুক লাকচবা হৌনমাল্লকো। অম্মুক কুইরবসি মপা হায়মা ইচিন্দা অমুক্তা পনজদ্রিবনি। অত্তবু—হাঃ ইবুংঙো ! অমুক্তা য়েংঙোগবা নচা অপিশক অসিনা ঈন্না ঈঙাং ঙাংনা ইমাংদা তায়িবসে চউমদ্রিঙৈদা হুনদোকপিরম্বা নচাদো অসিন্নিদো। মশাক খংবিনবতুনা নুংশিবিদ্রবরা ইবুংঙো। প্রতাপ ! — ইমা লাকলে ইমানা, কৌবা তাদ্রবরা নংবো।

প্র : ( তপনা মকোক থাক্কৎতুনা ) ইমা ! নং কৈথেল কুম-লকলবরা ?

প্র : ইমাগী ইবুংঙো, ইমা কুমলকলে।

প্র : নং কপলব্রা ? ইমা ! ঐ করিস্নু শোক্তে করিগী কপলি ? কপকন্নুবা ইমা ইবেম্মা ! রারুগন্নুনে মানা অস্নুম কন্নুনা লৈগদ্রা ? ঐস্নু চাওরকখিগনি ঐস্নু কল্লকখিগনিনে ইমা নং য়ুমদা — ঐ লাইরিক তম্মুগে। ( ফুক হৌগৎপা তুগে তৌবা অহন্না ঙাকতুনা ফমথবা )

গু : ইবুংঙো ঙসিদি লাইরিক তম্বা চৎলগন্নু য়ুমদা হল্লসি।

প্র : হা ! ইমা ! অত্তুবু নং কপকন্নুকো মীনা উখরগা কনা লৈদ লৈজদবা অতাকনগনি।

অ : ইবেম্মা ! মুংঙাইত্রে ইবুং - অত্তুনা কোর্ট অমদা চৎসি নচাসি পুত্থনা লাওরুসি। ঐনা হেক উবা মখৈ করি অমতা চিংথদনা হায়গে। মা - কৈদা লিংখিগনি চৎসি।

প্র : হায়বিগন্নু। খুড়া, ইমাবু করমনা কোর্টতা কাহনসিগে ? ঐগী মৈচেন্নবদা ইমাস্নু কারগনি। রারৌবিগন্নু খুড়া-ইবুংঙো ! ঐবু ঙসি খুড়ানা কনবিবনি, ইমানা চোপ-কদবস্নু খুড়ানা কনবিয়ু।

গু : রাগীমখৈ মপা মমাদা হাইজরুরগে তাদবু ! ঐদি লাই-রবনিদো হৌজিক ঐনা কৈরোই-লৈকাইদা রাথোক রাহৌ তৌরগা ঐবু মীনা মুংশিবিরোইদ্রা ?

অ : ফজেদা ! ফরে ফরে চৎসি। ( অহন্না প্রতাপ শমন্থনা অহুম্মক চৎখিবা )

---

# অহুমশুবা মতাং

## ২ শুবা উৎপা

# যুগোলগী য়ূম ।

গুণবতী লাকপা ।

গুণবতী : ইচে ইবেম্মবু লৈব্রা ? ( কুমাবী থোবকপা )

কুমাবী : হা ইবেম্মা করিনো ?

গু : ইচে ইবেম্মা ! নচা অপিশক প্রতাপতো, ইবুংঙো চন্দ্রসিংনা ফুবিরমাল্লে মকোকস্থ খব শোল্লে ঈ থোক্লে । মাদি অঙাংস্থ অঙাংনিদো ইবুংঙো চন্দ্রসিংদি মপাঙ্গলস্থ চাউবেদো ; খব হায়বিযু মতুং তোহনবিগন্নুকো ।

কু : ইবেম্মা গুণবতী ! ইচেম হায়গে, অহুগা খনবতদি খল্লু হৌজিক কালগী অঙাংসে নচাতবুস্থ নত্তে ইচাস্থ অহুমঙাই । লম খর হেল্লি মথক্কী অহন্দা মচোং মপাক নাইদে মাদ্না মতৌরমগনি ।

গু : হোই, ইচে ইবেম্মা ! অমা-অমা থিবিগন্নু মীগুম্মা গুইবদি রাথোক রায়াম তৌদ্না ইচিন—ইনাও ন্নুংঙাইনবোইদবনি ঐ মদ্ তৌগে হায়জদে ।

কু : হেরা——ইবেম্মা ! রা পেৎকন্নু । ইচাতবু অবানবা শিগন্নু নচানা লানবস্থ লৈরমখিগনি ।

গু : অতুবু ইচে ইবেম্মা অমাম্বকদি নত্তেদো।

কু : অঙাং লকনবা চোপ্পা, অহল লকনবা কপ্পা, মশিম্নিনে মাসে।

গু : কৈনোদা রাতাসে, ইচে ইবেম্মা কুমারী! মাসি ইচে খোইগী য়ুমনি মাতু খংনা লাকচরিবনি। খজিক খরাক্তা য়ৈরমলবদি ঐ কদৌঙৈদসু লাকলোইদবনি। মানা মথক্কী অহল লকনতুনা লানবসু ওইরসমু ইচে ইবেম্মা! — খজিক্তং হকনা মকোক কাইরতুনা মমা কৌবনিনা য়েংবা ঙমদ্রেদো। অদ্না রাগী মখৈভদি হায়জগে হায়দ্না লাকচবনি। ফর ফত্রবসু ইবুংঙো চন্দ্রসিংদি পাখং ফারেদো, মপাঙ্গল চাওরেদো, ইন্দকীদি ইন্দক ওইদ্রে অতুংদদি কনা লৈজদ্রবা মচানি তৌহনফিগনু হায়জগে অঙ্গিভনি।

কু : রা ফংনবা নত্রা? য়ুমদা লাকইবাসিবো?

গু : শাওবিগনু ইচে ইবেম্মা! হৌনবনি কৈরোই লৈকাই হায়বসি খংনদবসু ঙমবা নত্তে। কমাশাথিমা খংনদ্নসু রাঙাং অমা নুংঙাইনরগা হেক্তা মঙোকনবনি।

কু : অদ্না ওইরে ইবেম্মা! অঙাং খংনরগা ইচাতবু অরানবা শিররিবা?

গু : ওন্থোকপনিদা —।

কু : ওন্থোকপা নত্তে ইবেম্মা! হৌনবনি মাসে, ইচেমখোইসু খংজে। মচাবু ফত্তবা থোকলগা নুংঙাইতবা হৌনবনি। নচা মকোক কাইখদ্রী মনুংঙাইতবনা ইচা পাখং মিংচৎ

থিহনগে তৌবা রাঙাং খোন্দা অদো ইচেমম্মু চাক চখোম অমা চারিবনিনা উজৈদো মাদ্না মতৌবনি।

গু : ইসে—অমতদা মখনবিগ্রবোইরে।

কু : তরা থোকনা খনজরিবনি!

গু : ফরে-ফবে হৌজিক্তি ঙমলিদো।

কু : ইবেম্মা! রা য়ামবিগম্নু। তৌগদবা হেক্তা।

গু : সত্য তৌজরোই নোংথক্তা অমা লৈরিদো।

( চৎখিবা )

কু : মচা মচিন থিবদি খনগ্রহ্না ঐগী ইচা করিস্নু খংজদবা অসিতবু, পাখং ফাবে হায়দ্না অবানবা শিগদবগী হেক্তা। মী হায়বা জাৎ অসি। ( চৎখিবা )

---

# অহুমশুবা মতাং।

### ৩ শুবা উৎপা

## লক্ষ্মী।

মধু কোইরেং যদ্ মাঙ্গোঙ্গাও লাকপা

মধু : ইতাও কোইরেং। নত্তে নখোই ঐখোয়না চাওথোক চাওরগা লাইরিকতদি তৌরিবসি করিনো? পারাসি ফাখিক্রেদকো।

কোইরেং : ঐদি করিগী ফাদনি ?

যদু : পারা ফাবা দুনরা পরীক্ষা ঙমদবসে ?

কো : মাদুদি রা লৈরিবা ?

মাঙ্গোঙ্গাও : করিরা ?

কো : ইকাইবা রা ।

ম : চুম্মিনে ইকাইনে।

য : তানিংদেদা – মরক্তা হেক খংলদুনা পরীক্ষা পাস ওইরগা ইকাইব্রা, ওইদ্রগা ইকাইব্রা, মরমদি ইথং-খংদনা ইকাইবা রা হায়না ডিয়ার কোইরেংনা হায়রগা ; মিষ্টরনা ভাব ইতা তাদনা হেক্তা ময়াউশিনবা।

ম : পরিক্ষা ঙমদববু ইকাই হায়বনি। মাসিবু চুমদ্রবনে ?

কো : চুমদে ।

য : তো কদোরে ? কোইরেং বাবুগী রাওাংদি মহৌশানা থোংয়াইদা লেপ্পা।

ম . শোইরে-শোইরে !

মা : মাইডিয়ার কোইরেং বাবু ! করিনো দুদে ?

কো : পরীক্ষা ঙমদুনা — — মথক ক্লাস কাগদবা ইকাইনে।

ময়াম : আ – – হা – হা – হা – নুংঙাইদা। করমনা মাইডিয়ার ?

কো : চাওরবসিননে পরীক্ষা ঙমলবদি চোপ্পা তারে।

মা : ( শোনবা ) করিনো হায়রিবসিবো ! ঙকথ্রেদা ! মানা হায়দোক্তুবদি খংগদবা লৈত্রে। ( ফোংনা ) এস ডিয়ার ফ্রেণ্ড করিগী ইকাইবনো হায়দোকলোবা ?

কো : ইসে - পংগ্রেদকো নখোয়সে। নখোয় ঐখোয় তৌমিন্নবনি পাখং ঙমনা ফানরে। অদ্গা পরীক্ষা ঙমদবসু অক্মানি। মথক কাখ্রিবাশিং অসি অঙাংমচা অপিশক ঙাকনি উরিদনা নখোয়সু। খ্বাইগী মকোক থংগ্রিবা সাইখোম মচা প্রতাপ, কয়াদা নহানোদো খ্বাইদগী মানা মপিকলবনি। অদ্গী মথং ক্লাস অনি আইট নাইন অসিসু ঐখোয়গী ইখা অঙাং ঙাকনিদো, মখোয় অসিগা মান্নবা থবক তৌমিন্নবা ইকাইনে! অঙাংগা মান্নবা পামদে। মখোয়না সভেন ক্লাসগা চান্নরি থাদোকপা ঙমনত্রিদো। প্রতাপখোইদি এণট্রেস থাবা চৎখিগদৌরে। চৎকে চৎসন্নু চৎলোই তোকসন্নু। ঐদি নখোয়গী নরক্তগী থাদোক্তুনা অঙাং মরক্তা তমদ্না লৈবা, মখোয়গা প্রেং-প্রেং তান্নদ্না থবক তৌবা হায়বসে ইকাইদো। অদ্গা ঐনা পরিক্ষা থোক ঙমথোক্তুনা মথক ক্লাস কাথোকলো; নখোয়নদি অমতা তৌদা কয়া লুপ্রবনো। মমান্নবনা তৌনদবা থবক তৌবা তারেদো ইফদ ফজত্রে, ইকাইফমগী ইকাইফম ঙাক্তা অসিনা ঐনা ইকাই হায়বনি। সভেন ক্লাস হায়বসিদি অহন পোথাফম ক্লাসনি। চহি মতাং চান্দনা লাইরিক তম্মকপনা মৈতৈ মচা অয়াম্বা, ক্লাস সভেন অসি হেক য়োৎকপদা হরিবোল লাউবা মহৌশানি। মহৌশাগী শাজৎ অসিবু করম্মা থুগাইসিগে ঐন্না। অদগা লাইরিক তম্বা হায়বসিমক্তবু চেং থৈবনি।

স্বরসতী মাতানা, বিত্ত্যা য়াংকোক পাইবনি ! নহা অঙাং চদোম্না মাংদা শবৎ-শরৎ পৌরেপ তৌবা চেং পাথংনা য়াইদা ফোমান অহম্না শোঋহৌবা মশিম্নি অসিনা ইকাইয়ে।

ম : চুমই চুমই।

য : অঙাংনা চেনববু অহম্না তানবা হৌনব্রা ? চেনজপ্রসম্নু। কান্নরোই নখোয় ঐখোয়দি গৃহস্থ তৌরসি। ইচাগী ওঝা ওইবা হায়বতু মঙাইরে। কুমশিগী এক্সেস পরীক্ষা পিবা প্রতাপ মতোমতা চৎকদৌরি মাতুগী কুম্মে ভাবোক হঙবা কাবসি।

ময়াম : অলরাইট ! মাতুনা ফরে। ( চৎখিবা গুণবতী প্রতাপ লাকপা প্রতাপনা লংফে ফিজেৎ )

গুণবতী : ইমাগী ইবুংঙো। ইমানা মুপীনিনা নতুং ইনবস্নু ঙমদেদো, নপাং অমস্তু য়াওদ্রেদো। মীরৈপাক্তা নহৈ ভম্বা চহি চুপনা লৈরুবা, খল্লুবদা ইমা মাইকৈ থংদ্রে, ইমাবু করম লৈহৌশিগে ! লূপা শংবা য়াম্না লৈজহুনা মী অমা নেকতুনা চৎহনবস্নু ঙমদা, চৎহনদসি অসি য়োৱবদা ইচাবু করম্না লমথাংদা মাংবা হা প্রতাপ ইমা রাপ্রেদা !

প্রতাপ : ইমা ! রাবিগম্নুবা — ঐ ইতোমদা চৎপা নত্তে, নংম্নু নতোমদা লৈহৌবা নত্তে। মরূপ অমগা চৎক-দৌবি নংম্নু মাগা লৈহৌগদৌরি থর্ক রাবিজ্নু। নংনা

অহুম রানা লৈহৌরবদি ঐ খোং থাংবা ঙম্মরোই। পরীক্ষা ঙমনবা বোরহুম পিবিয়ু।

ঙ : ইমাগী প্রতাপ! ইচানা হায়বা চুমই, ইমা রাররোই ইমাগী বোরদগী নহাক লেপনা পরীক্ষা ঙমজোকো। ইমানা রানা য়োকপগী লম্মন শিংজোকো, মীরক তিনছনা নপা ইবুংঙোগী সেবা ফংজোকো। ঙসিমথৈ ইমা রাররোই। (শোনবা) হাঃ—কৃষ্ণ! নহানমথৈ ইনাক্তা নংনা থম্বিবা প্রতাপ, ঙসিমথৈ নঙোন্দা শিন্নজববনি। লংফৈ অবাপ্পা মীরৈপাক্তা মাগী কনা লৈত্রবা মফমদা মপাঙ্গল চাউত্রিবা অঙাং অপিশক অসে ইবুংঙো নহাক্না মমা মপাগুম্না ওইবিয়ুকো। অনা অয়েক লৈহনবিগনু। অরা অনং মতমদা য়েংবিয়ু, অরাম খোরাংদা পিজবিয়ু। ঐগী কবি হায়জফম লৈত্রে ইবুংঙো! নঙোন্দা শিন্নজ-রবনি। (ফোংনা) ইমাগী প্রতাপনিং! মীবৈপাক্তা মীগা থংনগনুকো মীনা চৈন্বা খুম্মুগনুকো। লৈরম্বা নংগী ওঝানা হায়বা ইল্লুকো ইমাগী রাসে থক কাউগনুকো।

প্র : ইমামা হায়বা পুম্নমক ইকোকথক্তা হাপচবে। ইমাগী বোর ফীগাওদা য়োমজরে। চংপা মতম ওইরকলে, ইমা! ঐ চংলুথিগে নংগী বোবদগী পরীক্ষা ঙমজগেকো ইমা! (খুফ্না)

(নানবা) লেপনা ঙমজবা ওইয়ু। (বেদাম লাকপা) নংগী ওঝা লেংলকলে ইবুংঙো! (প্রতাপ ওঝা খুরুম্বা)

বেদান্ত : প্রতাপ ! রাজকুমার। চহি অমা হায়বসে হৌখিবা খংহৌ-রোষ্ট। নথরাই য়াওনা হোৎনৌকো ওঝাগী মায় পাক-হল্লুকো।

প্র : ওঝাগী কৃপানি।

বে : খেংলে-খেংলে, গাড়ীগী মতম য়োবকলে চৎলো-চৎলো।

প্র : ( অনিমক্তা থুরুম্বা ) ওঝা ! ননাই ইমাসে কনাম্ব লৈহৌ-ত্রেদো ওঝানা মবক মরক্তা য়েংবিয়ু। ঐ মরক মরক্তা চিঠি ইজরকনি। ( কুম্বতুনা ) ওঝাগী, ইমাগী পদধুলি খিত্ত পিনবিয়ু। ( মকোক্তা হাপতুনা ) জয় কৃষ্ণ !—
( চৎখিবা )

গু : ইমাগী ইবুংঙো ! ইমা অসুম লৈহৌরগেকো। ( মক্লুংদা প্রতাপ ) ইমা !

বে : ইতৈমা ! শেনথুমদি করম-করম তৌখিবগে ?

গু : ইবুংঙো ! করি হায়নি, ইস্কম বন্ধান থমতুনা তাদ ছত্রনা লুপা চনিদং পুবি মাতুনা হোৎনজখি। তাদ ছত্র অসিনা য়াম্না কৃপা তৌবি, মহাকীমক লৈজরবসু কোইখি খিতুনা হোৎনবী। নহান—মমাংঙৈদসু লুপা কুন অমুক থংখি, মাতুদি উচিন্না শিংজগ্রে। অনংবা হায়বসিগী উপায় পংনা লৈজদে, তাদা অসিনদি য়াম্না মচা অপিশক অসিগী মরমদা মথরাই য়াওনা নিংবি। অমদং য়াওজ-রিকসে—মাগী কৃপাননি ইবুংঙো !

যে : ঈশ্বরগী কৃপানি। পরীক্ষাস্তু ওম্মকনি চংখিবা লোল মাংলোই। আ—নুংঙাইদা ইতৈমা! নংগুম্বী মৈতৈ মমাবু য়াম্না পোকহল্লিংইদা। নুংঙাইরে হল্লসি।

( অনিমক চংখিবা )

---

## অহুমশুবা মতাং

### ৪ শুবা উৎপা

## রজনীগী য়ুম।

## ইশৈ।

রজনী : ( ঙসি ) ঐগী পুক্লিং অসিনা পামজৈ
নংগী মিস্না থম্বাল অদো।
লুরবা ফজবা পুক্লিং হুরবা।
য়েংজবদা পেনবা লৈজদরি
নংগী মিস্না থম্বাল অদো।
ফুগাইনা শাংলবা থম্বালবু ওমজবা
হাইফেং মিচিগী তেন্দ থম্মোয় লাইয়ুমকাই
লৈজবা লৈতরে হে নুংশি হৈতব।
করিস্তু লৈতরে ঐগী ——
নংগী মিস্না থম্বাল অদো।

( নবদ্বীপ লোন্না চংঙকতুনা রজনীগী মমিং খুবা )

রজনী : (খংহুনা) হাইনা ! মাইদা ! (নোকপা)

নবদ্বীপ : অদুক থিনা খংবা ?

র : অদুক লোল্লা লেংশিল্লকলবদবুদি।

ন : ঐদি মহৌশানা লোনজরি, চন্দ্রদোনা ফোংজবা শুমজ-দবনা ইবেম্মনা লোল্লা থমবিরি। অয়োনবা মফমদা লোল্লা চৎপা মীগী মহৌশানি।

র : কৈম্ লোনজদেদা — অদুমককা খনবিগনু ; ঐগী থম্মোয় লৈকোন্দা নিত্তিগী শাৎলিবা নবদ্বীপ লৈরাংনি।

ন : ইবেম্মা ! ঐগীনা প্রেম — মাগীনা লন — মাছু করম খাংগনি ? সংসার অসিদা মিংচৎ থিনিংবা কনাস্ু য়াওবা লৈতে। নবদ্বীপকী থরাই রজনীগী মশাদা সত্য — তুমিং ফাওবা তোংহনজনিংদে। মাসিদা ইবেম্মনদি লাইজ থনবা পাৎয়াইদা শাৎপা থরো ওইবিগ্রবা অসিদা, করম্না ঐহাক্না মুংঙাইগনি, করম্না হরাওগনি ; করম্না ঐহাক্না মিংদা ফজবা ফংগনি। মাসি পুম্নমকসি খনবিহুনা ঐগী ফজনা শেমজবা লৈকোন্দা শাৎলিবা, হৌরিবা চন্দ্র কেতুগী পাম্বী মরূ মরা ফুকনবা কাংখুন ফাওবা মুৎনবা ঙসিদগী লৌশিংগী খুৎলাই লাংবিয়ু।

র : ওম্বোকপনি ইবুংঙো ! লৌনম খুৎলাই অকনবা হাল্লা উৎলবদি ওইজবদা ফংদে মতুনা মতৌজবনি। তপনা অত্তংপা লৈতনা লাকশিল্লগা সংসার অসিদা ওইজবা

ঙাক্তনি। কেতুকী ফুকনবা খুৎলাইদি — থাক্তগ্রে ওসি নিনি শুরে। মাতুগীদমক চিংনবিগস্থু কদৌঙৈদস্থু চক্রনা লাকনি হায়বা নিংবিরগন্থু।

ন : করম্না ইবেম্মা ?

র : মানা লুপা চনি পিতুনা য়ুম মচা অসিমা শারে য়ুমদা থিল্লগা মী হিংবা য়াদেদো তদুনা ফিরোল ফিরি তৌজগে লুপা চনিদগা শিবিখো হায়খ্রে। মাত পুরকমি হায়বা নিংগ্রে, মথোয়গী মপানা মঙোন্দদি করিগুম্বা অমত্ত পিগ্রে হায়না তাজরে।

ন : লৌশিংগী খুৎসাইদি রাত্তেদা — চনিত্থু পুরকলবদি ?

র : চনি-চনি চামরি পুল্লপনা অমুক্তদা তানজগনি। লাক-কম্থু চংঙকম্থু হায়বদি ফজদেদো অত্থুনা শেনদা য়ৈরগা হেক্তা লোইরে।

ন : ননাক্তা লাকপদা মুংঙাইতবা মুমিৎ থক থোকখিগ্রি, অতুগুম্বা গুণ চেনবী ওইবনা অম্মুশ কুইবসি নয়াথং ইন্দুনা অরোনবা লম্বীগী মপু ওইজরিদো। ইবেম্মা নংনা নিংবদা তৌবিয়ু, নংনা মুংঙাইবতা ঐগী মুংঙাইজবনি ঐ চচ্চরগেকো।

র : য়াম্না ফগনি। ( নবদ্বীপ চৎথিবা )

# অহুমশুবা মতাং।

### ৩শুবা উৎপা

## লম্বী ।

চন্দ্রসিং লাকপা

চন্দ্রসিং : ( মুংশামপী হোনবা ) চনি- চনি—চনি। চনি নত্রবদি চংবা য়াত্রবা, রজনী। রজনী ! নং অসি ঐবু মুংশিরিত্রা ! হুম——মা, সি ঐবু মুংশিদমাক্লে। মানা ঐবু মুংশিরবদি করিগী ঐবু অসুপ নংহল্লিবনো ! লুপা চনি নিহুনা করিগী অসুপ হ্রাহল্লিবনো ? কয়া হ্রারে, কয়া নংলে, মুংশিরবী মাগী চেংলৌ উদরে, পাবুংগী হুইসিয়ারনা লুপাসু ফংদরে, নহানমুক উচিন্না চনিমা পিখ্রে মাহুদা কয়া অমুক হ্রাখিবা হৌজিক অমুক কয়া নংলবা। ( খনবা ) থাঙ্গেশেংনা মহাক অসিনা ঐবু মুংশিহুনা মতৌরিত্রা ! অং———লাল্লে ঐগী হ্রাখল, রজনীনা ঐবু মুংশিগে মুংশিসমু, মুংশিরোই তোকসমু ঐনা মাবু মুংশিরি মুংশিবা হায়বা লন অহু ঐনা মঙোম্দগী ফংলি মাসি ঐগী মুংঙাইবা অমনি। মীনা ফনা মুংশিদনবু মীহুবু ঐনা মুংশিত্রবদি মুংশিবা হায়বা লল অহু ঐনা কদাইদগী ফংগনি। অহুগা মানসু ঐবু করিগী মুংশিরোই। শোইদনা মুংশিগদবনি।

সুংশিত্রবদি—ঐঙোন্দা অসুক ৱানা থোকলিবা লুপা চনিগী ৱাখল, মঙোন্দা পকলম্বা অৱাবা অসি ঐঙোন্দা কদাইদগী হায়গদগে ? সুংঙাইখৱেদা ! ঐনা ৱারবা খবক অসি মঙোন্দগী লৌথোকপা অসুক সুংঙাইবা সংসারদা লৈত্রে । হায় ! হায় ! চনি—চনি—চনি ।
( চৎখিবা )

# অহুমশুবা মতাং ।

### ৬শুবা উৎপা

## পুনসিগী য়ুম ।

পুনসি : লাকত্রেদা ! ছত্রনবু তাৎ তৌরৱা কবিনো ? লৌখিবা লুপাদি কুন অমসু অদুগা হন্দক্তা অমুক চনিমগা।— হে মচিৎ-মচিৎ ছত্রনা ফনা লৌথ্রি। লৌজসনু লুপাবুদি—ছত্রনা মচা চৎখ্রগা হায়বত্থু মচাসু চংথ্রে । মানবু লৈগে হায়রবদি লৈবা কাল য়ৌরে। ছত্রনবু ঙংলিবরা, মানবু থাংজিবরা পুনসি ঐদি নংলেদা । গুণবতী গুণ হাপকে হোৎনবসিদি পুনসি ঐগী পুনসি হৌখিগদৌরে। (চেপনা য়েংবা) আই—আই, আ- দা লাকইবসি ফনা মাল্লি, মানি, মানি—মানি মীন নিংলবদা থুংদবা লৈতে। (গুণবতী লাকপা) ই—ই ইবেম্মা !

গুণবতী : খুড়া ইবুংঙো ঐবু কৌবিবা করিগীনো ?

পু : এঃ ( শুগৎপা, শোনবা ) হৌহৈ-হৌনৈ—মাগা ঐগা থক ব্রা ফংনদ্রি অচুনা খুড়া কৌজবা শারিবনি। (লাওনা) নত্তে—লুপা ফংলব্রা ?

গু : হোই ফংজৈ লুপা চনিচু।

পু : হান্নগী কুনগদি কয়ানো ?

গু : হান্নগী কুনদি শিংখ্রে।

পু : করি ?

গু : শিংজখ্রে।

পু : কনাদা ?

গু : তাদা ছত্রদা।

পু : করিগী ?

গু : দলিল মমিংদা ইনবা অদনা।

পু : হায়——খ্'দানবু দলিন ইনবরা ?

গু : ই:—করি ? কনাদা কনানা ?

পু : নত্তেদা গুণবতী ! ব্রা অনি মরিদা হেক্তা -ইবেম্মা ! ফন কুইরে নংনা ওৎলিবা।

গু : খুরা ইবুংঙো ঐনা করি ওৎলিবগে ?

পু : হো অচুম মতেনসি হৌজিক্তি নচাম্নু চৎখ্রে মাগী অরাৎপা থর্চ্চ স্নু ঐন। মপুরগনি। অচুগা নংনা কদৌতৈমথে ঐথোয়দা লৈগে হায়ব্রিবগে ?

গু : ঐদি পাট্টা বন্ধোক থমজে, মীনাইদি নত্তেনা।

পু : মীনাইদবু ঐন ইবেম্মা কৌগদয়নে ?

গু : করি রানে খুড়া ইবুংঙো !

পু : করি রা নত্তেনে শাওম্লদা ইবেম্মা ! সংসারগী হৌন-বনিদা ইবেম্মা।

গু : খুড়া ইবুংঙো ! খনবিগনু ঐহাক লুখ্রানি।

পু : ঐস্নু পথ্রানি পেম্মা !

গু : ঐ চচ্চরগে।

পু : অরোইবা রা ?

গু : শিংজগনি থানবা মুমিৎ শুত্রি।

পু : ইয়া—য়া রা কোইগদ। রাত হাইরৌ তৌনু—পেম্মা ভসি শুরে।

গু : হৌজিকমক্তি শিংনিংঙাই লৈত্রি।

পু : ই - হে - হে অমুকস্নু, শেমবু ওইরগদবনি করিগী শিংগ-দগেনে।

গু : খুৎ লোম্নহুন হায়জরি খুড়া ইবুংঙো ——

পু : খুৎলাম তোইনা কৌজরি ইবেম্মা ! রা পেৎতুনা কাম্নত্রে নং ভসিমখৈ চৎখিবা য়াত্রে।

গু : করি—হম্নবা !

পু : ইয়া—য়া মাহুবু হায়মুনে নংদি অহুম্মককো ? কাময়োই পেমতোন ! লৈপাক খুনাইগী অহানবা মুমিত্তদি খোনদা ফজে চরণামৃত মক লৌনৈ। কদাই——নংগীদি অসিয়া ?

গু : ঐ মৈতৈ মুনীমচানিনে খুড়া ইবুংঙো। বা অমু হেনবি-রগমু ঐ চংলে। ( চংকে তৌবা পুনসিন্না থংপা )

পু : কৈদা-কৈদা লম লাল্লে য়ুম অসিনি ইমুং চংঙু কৈল্লু হাঙ্গোইমু চংজু-চংঙু ইমুংলোমদা।

গু : হায়——ধর্ম্ম লৈতবা ! চথোকউ চংকে থোংপাকনা ——চংথোকউ। ( কাউথুরগা চংখিবা )

পু : ( তুবা ) অয়ো -য়ো—য়ো—য়ো—( রানা হৌগংপা ) আ—চা-চা—চা- লাকচৈদা, য়োং লুখ্রাবী ! লৌরাই লুপী মীওংপী ; সি য়ে ছত্র মচিনথি—ছত্র মচিনথি তৌগে কুম্মৈ, হাংকে মী, অসুক চোপনা তৌরবদবু কৈদা হনবা। হো—লুখোই ! হো—লুখোইবা। (লুখোই ফিংনা থোরকপা)

লু : কল্লি ?

পু : হংগমু। ছত্র চিস্থিবা কৌরু থুনা কৌরু থুনা-থুনা থিল্লেন হায়——

লু : লৈরমসন্থু মকোক থুগাইরুগে। ( চংখিবা )

---

# অহুমশুবা মতাং।

## ৭ শুবা উংপা

## ছত্রগী য়ুম।

### ঙীশৈ ঃ

ছত্র    পাঙ্গন্না তানবা লনবুদি
লৌশিংনা তানবনা হেল্লি।
অপংবগী মরূনবু
অশিংবনা লৌবসে মরেকনা তাবনি।
লৈরিবা মরূন পুনশিন্নী
তারনি থুত্তা ঐহাকী।
লুশবতী কৌবীহু ———
ওইরগনি ঐহাকী কদাইদা লিথকনি
সনানা থাংজেল-থাংজেল—
লুপানা উপু-উপু—অউনপোং শোইদে।

সুপীনবু কয়া কুইনা থাংগ্নানি পুনশিল্লী মরূন উবদা মরাইনা মকোক ঙাওজগনি। অতুদগী মানা, মাঙ্কীদা লৈরবা তুম্না ঐনা নিত্তিগী ব'হৈ অমমম্ অনিনি হেক কাপশিনগনি,

হন্নুবা কয়া কুইখিগনি মরুনগা। লোইননা গুণবতী ঐগী। হা—গোবিন্দজী! মণিপুরদা কুইনা পানবিখোকো ননাই গুণবতীবু য়াংহন্নগা ফিরাল ছত্র, ছত্রনা কচ্চগনি। (ফিংনা গুণবতী লাকপা)

গুণবতী : তাদা!

ছ : (থংপেক খংবা) হাইমা—ইবেম্মা! কমদোরে চৎলুরবরা?

গু : তাদা—পাট্টা পিবিরো কদাই অতে অমদা থমজরুগে অতুগা তাদগী লুপা অদো হৌজিক.ক শিংজগনি থব্রাই অসি য়াম্না মুংঙাইখিদ্রে।

ছ : ঙাইখো —— কদোরবগেনে?

গু : হংগম্মু তাদ! পিদ পিরো। হা কৈ- ই তৌবা ঙমখ্রেদা।

ছ : (শোনবা) মং কাইরে (ফোংনা) ইবেম্মা! ইবুংনা ফননবা অমসু-অমসু কাইদনবা তৌগনি; কবিসু অতে অতে থল্লুগম্মু ইবুংনা হায়রবা ইম্মু, অতুক নোংমা নিনি মরৈদুনা তাং তৌরুগবা ইবেম্মা!

গু : করি? করি তাদা! নংবু নিপাম্না মৈতৈ মচাম্না নংবু? নিপানা চৎকদবা লমচৎপু অতুরা? ঐদি চৱা নামা হেঙ্গরিবীনি কীখরেদা তাদা ইবুংঙো! অতুনাওইরে "সিরা—ঙসি কয়।" হায়—রাকতুনা তৌনবদো। রা য়াম্বিগম্মু ঐগী পাট্টাতুদা।

ছ : ঙাইখোদা ইবেম্মা! ঙাইহাক্কা তপথখোদা! (ফিংনা লুখোই লাকপা)

লুখোই : ছত্র ভাই ! চংসি চংসি—খিঙ্গ চংসি।

ছ : করিনো ? করি তৌরবগে ?

লু : হংগন্নু হংগন্নু লোইরে।

ছ : ( শোনবা ) করিনো তৌরিবসিবো, কৈগা লাংগা পুরে করিনো।

লু : মুরুম-মুরুম, কান্নরোই হেক্তা চংসি ভাই। ( মখুং পাইছনা চিংবা )

ছ : ইবেম্মা ! ইবুং লাকখিগে। ( লুখোইনা চিংখিবা )

গু : তাদ ফত্তে হায়গন্নু। ( চংখিবা )

---

# অহুমশুবা মতাং।

## চশুবা ভংপা।

# পুনশিগী য়ুম।

পুনশি : মানা মরক্তা দোল্লালী চারিবা খংগনি লাকখিসন্নু।

( ছত্র লুখোই লাকপা )

লুখোই : তু—তু—(ছত্রনা খুরুম্বা, লুখোই চংখিবা )

পু : ছত্র ! য়োং লৌরাই ! অহুম হৌনব্রা ?

ছত্র : করি তৌম্নবনো ?

পু হংবু হংবা শাষ্টিয়ে

ছ ( নিকপা ) হংভিবসে--অতৈ নত্তে। ঐনা হেন্না শাওনিং-শ্রবনি, প্রাণ অসি চাকশ্রবনি। লাইরিকনা মুপী থাজগন্নু হায়বা চুমপ্রেদা, শোইবা হৌনদে—। ঐদি ইঙক ঙকখ্রে। হৌজিক লুখোইম্নু উরিবনি নহানমখৈ করিম্নু হায়দনা ইফ হেক ফন মরৈবা, ঙসিদা চংহাৎ ———ই—ই—ই—( কপ্পা ) খুড়াইবুংঙো ! লোইরে! ঐগী প্রাণ অসি চাকখ্রে।

পু : নতাৎ তৌগন্নু, নংগা দলিন ইনৈ হায়নে।

ছ : মাহ্নু তৌরমদ্রবদি ঐদি চংসি! হৌজিকমক পুজরকনি। হৌজিক অমা হায় হোবেল অমা হায়—শিকএ! ছত্র! ছত্র! নংনা খর খনজহৌবা নরাইবক ফৈদা।

পু : ( শোনবা ) চুম্মী।, ঐগী ছত্রনা ঐগী ফত্তনবা তৌখিবা লৈতে। হিংচাবী অন্থনা লোওনবা ওইরেদনা। (ফোংনা ছত্র ইপাদি শিরবনিনে, মখোংনা কাওথুরমলেদো ইবো।

ছ : ইঃ——মখোং মকনা?

পু : ইয়া—ঐনবু মানম্বা হায়গদ্রা? অতৈদি লাইরহ্নুনা—লুখোইগী মমাংদা শিরবনিনে ঐদে। শিরগে ইবো খুড়া লৈররোই, ঐখোয়দবু লংনবা হৌরবদি মুপী করি নিপা করি ? হে সত্য মাসিগী লম্মনবু পুনশিগী পুনশিদা শিংদনা তোকপা, লুপা চংগে হায়বা মখৈ চংসন্নু য়ুম মৈ

থাগে। চুমনতা থারোই থোং মনিং মমাং লোনগে মথায় মণ্ডা লোগে, শিঙম নাঙমদনা চংনা হাৎকে। পুনশিগী মথুক্তগী মাবু কনানা কনবা য়েংগে। ছত্রসিং! নমাই লৈরগন্নু নংবুস্নু মৈন্নুংদা হুনজিল্লম্বনিদো, অত্থুনা—নংমকনা হেক মথারো অনংবস্নু কোকচহোৌরো সত্য হৌজিমক লুপা চনি ঙৌরোক ঙৌনা পিরগে।

ছ : ভুপথবিখো—মী তাবা য়াবা রারদো—ইংথনা তৌগনি। ঐমকনা নত্রবস্নু থাবা ঙম্বা মী লৈ, থবক পুন্নমক ঐনা শোইদনবা তৌজগনি।

পু : থিনগন্নু—থুনা থিরু।

ছ : ঙসি হয়েং অসিদা শোইরোই!

পু : শোইগন্নুকো —— ছত্র! (চংখিবা)

ছ : মংলাকনরে করমনো (চংখিবা)



# অহুমগুবা মতাং।

## ৯শুবা উৎপা

## লম্বী।

### চন্দ্রশিং ছত্র লাকপা

চন্দ্র : খুড়া ! লুপা চনিদদি পিখোবা ঐ য়াম্না চিন্নহনা লাক-লবনি মথোই অস্নম হৌনৈ হায়বদো কাজগে। ঐনা পুরিবসি ইমা থংই কবিমতা নুংশা থিবিগনু।

ছত্র : নংগী পাবুংদদি কদৌবে ?

চ : উং চুমই পুফম থোকতবনি পাজিগী খুত্তা হৌজিক লুপা চাম্না ফানা লৈত্রে। থ্না, হৈ, ললোনপোং ঙাক্তা ললোনবীদম্নু খন্না পুখরি অতুনা তৌবনি।

ছ : ( শোনবা ) করিনো হন্দকতি থবকসি তান চাগ্রেদা। ইচেনদা ইয়োইবা মপা থুংদে কনানা হায়বিবনো মাসিবো ঐঙোন্দদি প্রমান অসি চংদে। থবক খুদিংমক্তা ইরুজ-নিংবগা থোং তেকপগা হেক্তা ( ফোংনা ) ইবুংঙো। চন্দ্রসিং ! নন্না চুম্মু লুপা চনি লেমনা পিগে।

চ : হাঃ——! খুড়া ! করি ন্না ?

ছত্র : ঐনা অস্নম-স্নম তাববু রজনীদা কোইবি হায়না তাই চুমত্রা ?

চ : হে——কদাইদগীনোদা খুড়া !

ছ : এ—থুপকনু ; মখিল ভেউ, নখিল কৌ—ঐনা হায়বা ইঙ্গু—সভ্য লুপা চনি লেৰমা পিগে।

চ : চুম্মী খুড়া।

ছ : মথাক থমলগদু—মাদুদা খর চিনবা নত্রনে ?

চ : খুড়া ! নং অসি ইপাকতবনি, নং হায় হায়তুনা শাওবিগনু ভাব অমরোমলকো—। সেঃ—ইকাই ইকি হুন্দোক্তুনা শেংনা হেক্তা হায়কমগে। থাজৈশেংনা লুপা চনি অসে মত্তোমনা পিনবনি, মচু লৈতবনা য়াম্বিকনি মখোইদা চংবা তমজিৎকনি।

ছ : থবক অমা ভৌ মাসি ওমলবদি অরেম্বদা চংথিগদবা লুপা চনি অরেম্বদগী কপেনি।

চ : করি থবকমোনে ?

ছ : ইকুম্ভো ! য়ুম নৈ থাওনে।

চ : ই:—কিক্রু ! কিক্রু !

ছ : মাই লোকাসুদা—মাগী দমক্তনি হেক্তা থাও।

চ : খুড়া ! ওম্বোকপা রাম্মিদা—মাডুমক্তি হায়কিঙ্গেইদবনিকো।

ছ : চন্দ্রসিং ! নংদি সুংশিবা হায়বা অদু থংজিদনা ? সুংশিনবা য়োৎজিদনা ? সুংশিনবদু য়োরবদি মাসিদি করিসু লৈতবা থবকনি। মৈতৈ নিপাদা সুপীবু ন্ংশিবসে খুড়াসু মৈতৈ নিপানি মুদ্রা থংই—তাং ভাক্তনি। নিপানা মাকোম্দা খোংগ্রাই—সুপীনা কৈথেলদা লোকমাই, নত্রদো? চেকশিনলা থক নৌদে। সুপীনা থাজদুনা নিপা

মুংশিবদি মতাং নত্তে শম হেক্তা থেংবনি। হায়জিন্নবা নত্তে মুন্না তাও হায়গে— মপুরোইবা চোপহল্লিংদবদগী মরম্নাই খমন্নুং মাংশোক তানখিবি গনকী মাইম্নু পেমচা! অমা। উসমান মিয়াগী নুংশি লাংদা থুখিবি শক্তি অমোম, শগোলসেম থম্বাল, লেপপ্রবা পুকচেল হোংদবিনিদো। তো মৈতৈ চনুদি অসি ভাকলিদো। রজনীনা নংবু নিংভমগদবনু হৌপ্রিবি মুপীশিং অসি মভাইদো। হৌজিক নংনা মাবু করিগুম্বা মুংশিরম, মানম্নু নংবু লোনা মুংশিরম অতু ওইরবদি -- থাইনবা মৈনা নখোয় অনিমক চাক্লনি। মী অসে অরাবা সমুদ্রদা আগনিদো, মাতু করি কান্নে? মাতুগী শরুকপুদি ক্ষেত্রিমচাগী ধর্ম্ম য়েংউনা।

চ মীগী মম্নুম লোন্না মৈ থাবব্ ক্ষেত্রি মচাগী ধর্ম্মরনে?

ছ ইহে: -নত্তবদি—অতুম্নু তোকলো, মানি নুত্তে থিরুন্। নংবু হৌজিক রজনীগীদা চংদবা ভমলগদ্রনে?

চ মতুগী দমক খুড়াদা লুপা থর পুগে হায়জরিবনি।

ছ য়া শাংতুনা কান্নদে মী অনি মাংগদবগী শরুক্তি অমা মাংবনা ফৈ। পুবগী মহুত্তা লেম্বনা ফংবনা ফৈ। থাও চন্দ্রসিং!

চ : মথা—করম—থা—গনি?

ছ : শোনবা ওইনা তোগনু হেক্তা থাগে হাইম্নু!

চ : খুড়া! ঐ লুপা চনি থনবদা চলিং জারে নংনা তৌ হায়বদা তৌরগে! লুপাদদি হান্না পিরিশিল্লিদনা?

ছ : মাত্নগীদি চিংনগম্‌ক্ খুত্না থোন্না ফীগাওদা লুপা।

চ : খুড়া ! ঐগীদি অথুবনিদো।

ছ : ঐগীস্থ—মৈখেৎনি।

চ : কনাগী য়ুম ?

ছ : গুণবতী লুখ্রাবীগী।

চ : কদৌঙৈ ?

ছ : হোরেল নুমিদাং।

চ : —ফরে, মখাদি ?

ছ . মাত্নদি ঐনা মুন্না তাক্কনি, সে মী অতৈ লৈতেদনকো মাগীদা অত্নুনা থক কীরুন্, থোং মনিং মমাং পুনশিনগদবনি অত্নুগা যতন তৌনা থাও। শোইবা য়াবা থবক নত্তেকো মী খংহনবস্থ য়াদেদো। চৎপদা আ — ফাওবা ঐ য়াওগনি, চুবত্তবু নংনা চুজৈ হায়বনি অয়াস্বা থবক্তি ঐস্থ পাংগনি।

চ : শোইনদ্রবী। ( চৎখিবা )

ছ : আ—মুংঙাইদা ! মুংশিতেল থৌইদা। ঐনা অহলনি হায়তুনা ক্ষেত্রিধর্ম্মনিককা হায়বত্নদা তানা থিনবা থবকতু মঙাইরে, ঐগী মাই চোপতনবা কুবিরে। মা শোইদনা থারগনি। ( চৎখিবা )

# মমিগুকা মতাং।

## অহানবা উৎপা

## নুমিদাং

### গুণবতীগী য়ুম।

গুণবতী : নহান খংনরুবদগী হৌত্রনা শুসি নোংমা নিনিসি ঐবু ওস্থোকপনি। ফত্তবা খুদম, মিৎ, না চোংবা মং, হা চোইবা তোইখরেদা ইচাবু কয়রম তৌরিগবা। হা কৃষ্ণ। ইচাদা ফত্তবা পিবিগনু, ইচানা রাগদবা অপ্ স্বা ঐঙোন্দা পিবিয়ু। ননাই ঐহাক্তীদি অঙাবা হায়বসি মহৌশাগী মরূপনি। ঐঙোন্দা নৌনা রাবা হাপ্পদি চেকশিং থারিঙৈদা—মৈতাল হুনজিনবনি। শ্রীচরন্না ইচাতদি ঙাকপিয়ু। তাংলৌ থেংজিল্লকলে ইচাবু তুম্মরিগত্রা। (চংখিবা)

(ছত্র, চন্দ্র মৈরা খুত্তা, লোম্না লোম্না ঙাংবা।)

ছত্র : লুপা শুরবরা ?

চন্দ্র : (থ্রক-থ্রক নিকপা) শুরে।

ছ : রা হায়গে মুন্না তাও ফিংগন্।

চ : ক—রি—নো ?

ছ : হৌজিক নোংয়াই য়োরে মী শুমনা তুমনখরে। হোরেল নংনা থোং মনিং মমাং প্ লুগা মৈ চুবা হৌবদিমে টিংথৈ পাংবা শাইজিন্দগী চু, কোম্থোং লম্বি শম্বমি। অচুপা

য়ুম থারগা তুমিন্না লাকপা নয়ুম চাকপনি, মাতুমদি খুড়া শেংন তাকপিগে লাওরম্মু। লাওরমত্রবদি তৌহৈদবগী মথক্তা য়াম্না তৌহৈদবনি।

চ : ফনি—ফনি।

ছ : ( নিকতক-নিকতক ) নিক্কনু তপথো কৌগনু।

চ : ফ— নি।

ছ : থিনবা য়াদে—থুনা—লাকউ ঐদি—অসিরাই—দা ঙাইগে।

চ : ফ নি ( মৈরা পাইদুনা চংখিবা )

ছ : ( চেপনা-চেপনা য়েংবা অকিংবগী ফিবম, ঙাইবগী মতৌ উৎপ, অঙকপা মতৌসু উৎপা ) শোই— ( ঙকতক তৌবা )

চ : ( ছত্রগা মান্নন ঙকতক তৌবা )

ছ : শোই -দ্রে। ( চেনখিবা )

চ : ( ঝিংনা চেল্লকপা ) হো—যুম মৈ চাকলে য়ুম মৈ চাকলে ( চেনখিবা শেখরসিং লাকপা )

শেখরশিং : হা কনাগীনো ( চেনশিনখিবা ) ( মনুংদগী—থাই-খোমগীনে ) ( ময়াম নিনবা ) ঈশিং ! ঈশিং ! হো— ঈশিং !

নিপামচা : মাংলে—মাংলে—কনাস্নু লৈজত্রবী লুখ্রাবীগী য়ুমনিবা। ( চেনশিনবা ) ( মনুংদা ) লৈপাকমচাশা ! করমনো ?

কনবা য়ারোইদৌরে য়ুম থংনবা য়ুমথক্তা ঈশিং হৈয়ু।
ফকলেন লৈব্রা ? লফু য়াল্লু। ——

নিপাখরা : ( ঈশিং পুত্থনা চেনবা ) (মন্নুংদা) ·াকপাক অমা হান্না শিও, ই চাইখাইনো — । লৈপাক মচাশা ফক-লাং শিয়ো ফিংগন্নু। ( য়ান্না লাংবা ) হাইমা—য়ুম থোং লোল্লি মনিং মমাং মকনে। লৈপাক মচাশা ! ইমুংদা মী লৈখ্রে। ইমুংদা মী লৈখ্রে। হা—করমনো ? থোং য়াম্থকউ। ( নুপী খরা নুপা খরা লাকপা )।

নুপীশিং : ই: কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! মৈরিসিদি !

নুপীঅমা : মন্নুংদা গুণবতী লৈখ্রে হায়য়ে।

নিপাশিং : চৎসি লৈপাক মচাশা ! জীব কল্লুসি। (নিপা চেনখিবা) ( মন্নুংদা লাংবা ) হো—ফকলাং মথা থংবসে অমুক্তা পাইবিয়ু। কদৌগে ইবুংঙোখোই—ভাবোক ওই-বিন্নুবা। য়ুম মৈচাকপদা ঈশিং শোকপা লৌতান-বিগন্নু ইমুংদা মী লৈখ্রিয়ে।

নুপীশিং : ( থবাক য়ৈগা ) গুণবতী ! ইমাইপেম্মা মৈন্নুংদা কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! ( চেনশিনবা )

(মন্নুংদা) হো—চিংথোকপিরে । মফী চাকলে, মুখৎ-পিয়ো লঙ্কাংদা লঙ্কাংদা ( নিপা খরনা চিংবগুম থাং-বগুম গুণবতী পুথোরকপা )

## ( লম্যাং )

( য়ুম কনবগী পোষাক মীয়াম গুণবতী লৈপাক্তা তুষা )

১বা নিপা : করম্বনো লৈপাক মচাশ'। থানা তাকখিবচু লাকলবরা ?

২বা নিপা : লাকত্রি।

৩বা নিপা : এ আ—দা লাকপা উরে।

( দারোগা, কোং ২গা নিপা অমগা লাকপা )

দারোগা : য়ুমদি কল্লববা ?

১বা নিপা : নাকপাক অমদি কল্লি বাবু, অতৈদি ওমহৌত্রে।

দা : য়ুম অসি করম তৌবদগী চাকপনো ?

৩বা নিপা : খংজদে।

স্নবোলসিং কো : খংদবা য়ারকওইদ।

দা : অত্তুদি কনানা হান্না উবগে ?

২বা নিপা : উবাসিদি -লমজাওদা নিপা অমনা লাওরকতুনা ঐনা ইহান হান্না চেম্থোকচৈ, ঐনা হান্না উজৈ।

দা : ( নোটবুক্তা নোট তৌবা ) মিং করি কৌবগে ?

২বা নিপা : শেখরসিং কৌজৈ।

দা : লমজাওদা লাওরকপা নিপাদু মশক খংবরা ?

২বা নিপা খংজদে ——।

দা : মখোনদি ?

২বা নিপা : বাবু ইবুংঙো ! ফিংবনা মুম্না খংজহৌত্রে।

দা নুপীসিদি কবিগীনো মহাক্না তুরিবসে ?

৩বা নিপা য়ুম অসি চুমনা চাক্তে বাবু ! থোং মনিং মমাং পুল্লম্মী থোং থুদেকতুনা নুপী অসি ঐখোয়না ইমুংদগী চিংথোকপনি। ইমুংদা জ্ঞান লৈতনা কোইরাও লাওরম্মি চিংথোকহনগদি তুমিন লৈখ্রে সিদা পুরক-লগা তুখ্রিবসিনি।

কালা কোং : লৈপাক মচাশা ! দারোগা মিংদা থিহনগনু ব্রাসে পংচেন চেনগনু অওহ-অওইব ।

সুবোলসিং কোং অহানবদ কেকু মমৈদা ফোং-ফোং মহৌশানি। মীসে নানতা হায়রিবৈদা যাবা হৌনদে, পোৎমা ফারগা মপোৎ ফাগদবনি মাত্তুদ। — ।

দা : সুবলসিং সে- ( শ্লিপ অ' পিবা ) ডাক্তুরদা। কালাসিং ! সিদা লৈবা মী পুম্নমক অমত্তা চৎ-থোকহনগনু নং শংঙম্মু। ঐহাক য়ুম মৈ চাকপা, মকন য়েংগে। ( সুবল- দাবোগ' তোপনা ২ চৎখিবা )

কালা কোং : নুপীসি মমিং কবি কৌই ?

১বা নিপা : গুণবতী — ।

কা : করি শুহ্নবা চাবগে ?

১বা নিপা : ফীরোল, ফিবি।

কা : মাদি কনা-কনা লৈমিবৈ ?

৩বা নিপা : হৌজিক্তি মতোমদা।

কা : হান্নদি ?

৩বা : মচা নিপা অমগা ।

কা : মচাদি কদাইদা চৎখ্রে ?

২বা নিপা : আ —মন্নুংলোমদা লাইরিক তম্বা চংখ্রি ।

কা : কয়া কুইবে ?

২বা নিপা : চহি ফাগদোরে ।

কা : মুপী – সে ওরাং নহান কন-বনা থৎন-চৈনবগে ?

নিপাশিং : ( অমগ -অমগা কিক কিরু য়েংনরগা ) থংজদে, উজদে, তাজদে । ( সুবল ডাক্তর লাকপা )

ডাক্তর : কদাই ?

সুবল কোং : তুরিবসিনি ( ডাক্তর পরীক্ষা তৌথুনা য়েংবা, দারোগা লাকপা )

দা : গুড মর্নিং ডাক্তর বাবু ।

ডাক্তর : গুড মর্নিং বাবু হাউ লোং আর ইউ হিয়ার ?

দা : আই হেড সেণ্ট ইউ এ শ্লিপ, এজ সুন এজ আই এরাইভ্‌ হিয়ার ।

ডাক্তর : প্লীজ সেণ্ড দি লেডি ইন দি হোসপিতাল, লেট মি গো ।

দা : ওয়েট এ লিটল।

ডাক্তর : হোয়াট ফোর ?

দা : হেড ইউ অন্দর ষ্টুড এভেরি থিং ?

ডাক্তর : এস্ আই সি গুড মরনিং

দা : গুড মর্নিং। ( ডাক্তর চৎখিবা )

দা : কালা! সুবল! কাননবা ঐ চৎলে ( চৎখিবা )

কা সু : ( সলাম তৌবা ) তৌজররকনি।

কা : পুরো-পুরো দোলাই অমা থিরো। গুপীসিনা ডাক্তরদা, অতৈনা থানাদা। পোথাকসি, রূপগী ফমুংদা থুবাকী মোন খাংনবগদবনি।

( লম্বী শিল থাদবা )

---

# মরিগুবা মতাং।

## ২ শুবা উৎপা

# লম্বী।

### অহুক

বকুলসিং তোমালসিং ওকনবা।

বকুল : তোমাল! নং কদাই চৎলুই?

তোমাল : কদৌগে?

ব : এঃ — শাওইদা।

তো : শাওদবদে!

ব : নত্তে নংগী কীভমসিবো করিনো—নয়ুমদা খৎন-চৈন তৌবরনে?

তো : ঐগী ফিভম কবি তৌবা ?

ব : ফীজেৎ-লাকচেৎ তৌরিবা অতুগ' নমিৎ ননা ভাংজিবসিবু হায়বনি।

তো : ঙাইখো, ন'বু কদাই চৎলুই অয়ুক্তা কেরিবসিবো কবিগিনো ?

ব : মুমিদাং থবক অমা চৎলুবদগী হল্লকপা ঙমত্রহুনা অযুক লাকইবসিনি। ঐগীদি লাইরি, নংবু কদৌরবগে হায়বনি ?

তো : ( শোনবা ) মাসি ঙসি কুম্মৈ তৌগে। ( ফোংনা ) ঙরাং মুমিদাং যুম্মৈ চাকতুনা লৈকাই অসি শাবং ঙাবং শাবে নংদি হৌজিক্তা কনাগী কুপ্পদগীনে ?

ব : হা———কনাগী যুম ?

তো . শাইখোমগী।

হ : ইঃ——কমদৌনা চাকপা ?

তো : ফিংখিমু, ফিংসন্নহুনা কান্নরোই অহল লমন্না মুশুক-মুশুক যুম অসি নংনা থাবনি হায়নৈনে।

ব : ইমাইপেম্মা ! কনা-কনানা ?

তো : কনা-কনা হংগমু, লৈকাই অসিগী মী অমত্তা চিথদে। চনম মামা চাউবা, খুড়া সেথর অহল লমন ফাওবা অমত্তা রাত্তে খালী—নংদা উদবা। দারোগানা যুম চাক-ইবা খুত্তা অতু উরগা লৈকাইগী অরাংপা মীকোক চান্নবহুদি মহা প্রলয়নি।

ব : অতুদগী কমদোনখ্রবা ?

তো : ঙাইখো লোইনা তমখিগেনে বকুল ! থকৎখিন্নুনে চেন্দুনা হিংবা পোৎ নত্তেনে, নংদোনা ফিংবদগী ঙরাং ঐ শা শাখ্রে।

ব : নংবো ?

তো : হোইনে।

ব : কমদোন ?

তো : সে—মকোক্কুগী হৌনা তমগে তাও। ওরাং নোংয়াই মতুংদা সুংঙাইন তুমখুন হুন্নরকলবা কান্দা মথোং মরাং ইখং—খংদনা হা কদোমদনে হা কনাগিনে থংলো ফারো - চাকলে মুৎলে অমুক্কোইনা পুমনিন। অতুদা ঐনা হিপ্প'দ লপলেন কাগী ফমজাওদা, পাজীনা ফমাংগী হিদানদা। লাওনরকপা তাবদা এনা খংপেক খংন ফমুংদগী লোংনা অমুক্কুং চোংববু কনাগী পাজীগী ফমুংককা লান্দুনা ফুংগা রাংমদা বোপ। মমাংথোং লোমদা ঙরুং চেন্দুনা মপাল থোক্কুনা তাববু মতমতুদ মৈঙালম্মু থোইনা উত্রি লাওনবা মরাওনা অতুনদি হুন্নানবগী রা কন্নিগীনো মথোং মরাং খংল্রে। থুংলাই য়াওদনা চৎপদি ফত্রে হায়তুনা ফিংনা ইমুংদা চৈ থিগে হায়তুনা হোংচিল্লুবদা পাজী হৌগৎতুনা মৈ থাংগৎলমক্কে। পাজীন ঐঙে'ন্দ, য়েংঙহুনানে হে—তমনিংল্রেরেবা।

ব : কদোঞ্বগেনে

তো : হেরা—ঐদি অহু ফাওবা জ্ঞান সুকতা তাক্রিবনিনে।

ব : করি জ্ঞান তাক্রিবা?

তো : মাসি লাইমা পংঞ্রেদা ! পাক্তীনা কোয়েৎ হুল্লকপা। চুমতা হুল্লকপদা নত্তেনে শোল্লপনা মুরুম-মুরুম হৌজিক কালগী অঙাংশিংসিগী ফিজেৎ লাকচেৎসিদি লাইমা মুংশি-দেদা সিনি। অহুদা কোকচাউবী ফুং থিল্লমত্রে কী তাপ লাকতুনা অহুদগী হোৎলকপহুদি কনাগী মীগী য়েনথা লুখা, খোংবান লুকলাং য়ুমথক্তা কাদে লোইরে। শাইখোম য়োরকপদা মৈন্ং চংগদবা শমদা লিংলি। হে—মতৌ থিগ্রে, শেৎলিবসে পাক্তীগী কোকয়েৎনিনে।

ব : অহুদগী কমদোরবা ?

তো : ঙাইখোনে, নংগী রা লাকলনিনে। মহুদগী য়ুম কল্লেদো, থানা ডাক্তর ফাউরকলেদো থানানা য়ুম অসি মতোমতা চাকপা নত্তে সিনিসে—অহল লমম্না মীকোক য়েরকপদা নং রাৎপা—মখা হংঙন্। নং কদাই চৎলুই ?

ব : তোমাল ঐ ঙরাং মাইবম লুকমনিখোইদা — অহুদগী অদ্মক হল্লকপা ঙমদ্রবা। ন্ংশা থিবেবো—কনা-কনা কমদোনগ্রবগে ?

তো : অদ্ননিদনা চনম মামা চাউবনা নংবুদি শুকপন পন্দনা হাকল্লদ্না, লাওরম্বদ্ — হা অদ্নি আদানি পংজ্রো তৌরিবদে। অদনা মা লৈহৌরি থানাদা।

ব : ঐখোয় খুড়াত্তোনবো ?

তো : হোই—। নখোয় খুড়া নুংঙাইহৌদৌরি।

ব : ঐনা কোইবসে খুড়া থংবা তারে হুয়ানবগী ভয়ানি মপুংগী নোংমা ঐ লোইরেদো। তোমাল ! ঐ থানাদা চৎতুনা তাং মস্তেক অমতং তৌরুখিগে অদু নত্রবদি খুড়াত্তোনা মহা ওইবা তারে।

তো : চৎলু—চৎলু রসরাজ! হৌজিকমক্তি পনহৌত্রি ঐনা ঙসাই-মথৈ নতৌ য়েংবনি। নংসে লৈকোক লৈকাইগী থবক্তা নশক থক উগন্দে। শির-নায় চংনদবী মরুপ্তা নথরায় য়াওগল্লি। অদুনা য়েংনিংদদুনা হায়জিন্নবনি নশক উয়গা থংনিং নিংশিংদুনা য়ুমমৈ থাবা নঙোন্দা মতাজয়নি চৎলু।

ব : এঃ——অদুদি—।

তো : অদুদি নত্তে হল্লসিনে নয়ুম চৎলোনে ঐস্থু অমমম জবান লৌহৌবদুদা ঙাইবা ঙমদ্রদুনা চেল্লকলবনি। নংনা অমুক ঐগা উনৈ হায়রুরবদি ঐস্থু—নংস্থু—ইম্মাঃ—চৎসি লাও। ( চৎমিন্নখিবা )

# মরিশুবা মতাং।

## ওশুবা উৎপা

# রজনীগী য়ূম।

রজনী অমসুং চন্দ্রসিং লাকপা।

চন্দ্রসিং : রজনী ঐদি নাদ্ ননে—পাও ই-চেনকনসু লৈত—নংঙ্ রেদা ——।

রজনী : হোইনে ঐসু মনিংত্তি খিৎ কুইনা লেংঙকমনখিত্রবা।

চ : ( লূপা পিবা রজনীনা লৌবা ) ইবেম্মা! মাসিতনসু লোইত্রি অসিনা পাংনা শানবা হোংনখোকো।

র : ইবুংঙো! ঐঙোন্দা পিবি-পিবিদে অমানি অসিগীদি ঐদি করিসু খজবা লৈতে। নশক কুইনা উহনবিদদ্ না ঐবু য়াহনবিবসে মাসিতদি তৌবিরগনু।

চ : নশক উদরগা ঐনা য়ারিবসিদি———

র : থাজদে ঐখোয়না হেনজৈ।

চ : থবাক শেগাইহুনা লক্ষ্মণগী মাংদা রাম সীতাগী মূর্ত্তি উৎপা হনুমান ওইজরবদি—ঐনা থম্মোয়মুংদা চাকলিবসি নঙোন্দা উৎকদবনি। মাহুতদা নংনা থংগনি।

র : ইবুংঙোনা লেংঙকত্রিঙৈদা ঐনা য়ানা থাংজবদি অশোক বনগী ইবেম্মা সীতা কৈদৌনি। ইমাখোইনা ঐবু চান্না ঙাওরে হায়নপ্রবনি।

চ : রজনী ! রজনী ! করম্বা মতমদা নংবু করম্না মুংঙাইনা থমসিবা মাসিতপী থনবদা ঐদি ঙাওরবনি ইবেম্মা ! মতম লৈবা খিবিক্তা নিংনরিম্বসি কাউনমুসিকো ।

র : চুরূট অহাওবা লৈজরুখিগে । ( থোকখিবা )

চ : পুকচেল তিংলবী, লৈরাং থারিকথা তোমশাংনবী, চন্দ্র ঐগী দমক্তা রারবী ; মহাক্কী দমক্তা মী হাংপা, ইস্ — ( মশা নিকপা ) মৈ থাবা করিস্নু খল্লুফম লৈতে ( শোর মপী হোনবা ) ( রজনী ফিংনা চংঙকপা )

র : ইবুংঙো ! ইবুংঙো !

চ : ( ফিংনা ) করিনো ?

র : চুরূট লৈরক্রে, লৈবা য়াদ্রে ।

চ : করিগী ?

র : হৃকান মচা ফম্বা মাইমোম গোকুলসিংদা কোয়েৎ অঙাংবা য়েৎপা দারোগা অমনা ইবুংঙোবু উত্রা হংই । গোকুলসিংনা সিদা লৈ হায়হৌরে । ঐদি কিমনথহুনা চেল্লকলবনি ।

চ : ইবেম্মা ! মুম অসিদা ঐবু লোংফম লৈগদ্রা ?

র : করিগীনো ইবুংঙো ?

চ : উননিংদহুনা তৌবনি ।

র : অহুবু ইবুংঙো ! নংগা ঐগা অহল লমন থংনা ফোংনম্নদি নত্রিবনিনা ফজরোইদমাল্লেনে ।

চ　: চুম্মী ইবেম্মা। নোংমা মিনিসি ঐবু থিবিগনু ঐ চৎলগে।
( চৎকে তৌবা দাঃ কোং চংওকপা )

দারোগা : চন্দ্রসিং ——।

চ　: এঃ - বাবু ! ক—রি।

দা　: করি—ঙাইখো ! থানাদা কোন্না। সুবল কদৌরি।

সুবল : ঐঙ্গা। ( চন্দ্রবু হাত কড়া চনবা )

চ　: ঙাইবিখো, রা অমত্তা হায়জখিগে। ( রজনী থোংজিনদা নিকতুনা লৈবা )

সু　: হেরা—ঙাইবিখো করা তৌরি—এ, নং চোপনিংব্রা ?
( চন্দ্রসিং মরূ লূকথবা )

কালা : নুপীসিদি ?

দাঃবাবু : হৌজিক দরকার লৈত্রি। ইবেম্মা ! ঐখোয় চৎলগে
( ময়াম চংখিবা )

র　: ফনি—( থবাক য়ৈবা ) ইমা ! ইমা ! করিনো তৌরিব-সিবো !　( ইমুংদা চংখিবা )



# মরিগুবা মতাং।

## ৪ শুবা উৎপা

## লম্বী।

যদু, মধু, মাজোলজাও রারী শারকপা।

যদু : তারব্রা ?

মধু : করিবো ?

য : চন্দ্রসিংগী রা।

মাজোলজাও : উম হাইফেৎ হাইফেৎতি তাই, থাজৈগেংবা রায়োনদি খংদ্রি।

ম : মাবু দারোগানা তানৈ হায়বছ্রনে ?

য : তাম্নবদা নত্তে কাগ্রবনিনে।

ম : কদৌঙৈ ?

য : ওরাং মুমিদাংরাই।

মা : কদাইদগী কাথি ?

য : ঙাইথেম রজনীগী য়ুমদগী।

ম : ইস! সিবনা করেদকো—কোইরিবা মুপীগী মমাংদগী।

মা : হাই! হাই! লমহেনবা কত্তেদা!

ম : হৌজিক্তি করম তৌরবা ?

য : ওয়াং মুমিদাংদি পুলিশ সাহেব কংনদ্রে হায়রুনা মহাক উপুদা অত্থমক লৈহৌরে হায়। ওসি পুং তম্না তাবদা খংগনি।

মা : মহাকপুদা নত্তমাগ্লে হন্দক তান্নরিবসে?

য : নত্তে ছত্রবুস্নি।

ম : মহাকপুদি করিগী?

য : নহান শাইখোমগী মুম মৈ চাকপা মুমিত্তা শেখরবু, থানানা য়াম্না চপনবদো—অত্থদা লাওরমবা নিপা অত্থগী খোঞ্জেল, ইতাও চন্দ্র মাল্লি হায়খিবা। অত্থগা চনম খুড়া চাওবনস্থু করি—করিনো য়াম্না হায়খিবা— ছত্রনা মাং থাদ্না মখোয় অনি চেনমিন্নখিককা হায়খিবা অদ্নিদনা।

মা : মতুং অসিদা পুনশিবু য়াওরিমাগ্লেনে?

য : মাবুদি থাজৈশেংবা কনাস্থু পল্লদ্রি

মা : আ—ইতাও চন্দ্রসিং মুংশিদা! মী ওইবগী পুনসি ওস্থোকনা ওকইদা।

ম মহাকমক্কা মতৌরমগজ্রা মাসিবো?

য কনানা খংগনি শউন্না খুম্বা পুক, কনাবু কনানা থাজগনি চৎসি ঐখোয়, মাসিগী রা ঙাংনবস্থু ফত্তে দারোগান মৈচ্রাং পাইরি

ম- মা : চুম্মী—! ( চৎখিবা ছত্র লাকপা )

চন্দ্র : লৈরকুস্মু দারোগা, খোংবান্দস্মু দারোগা ( কিরু-কিরু য়েংবা) য়েনখাদস্মু দারোগা—চাকখুম, ফম্মুং, পুশ্নি, তুরেন, দারোগাগী দারোগা ঙাক কোয়েং অঙাংবনা পুমথল খোইরেন মশা খল্লছু মঙাইরে। লৈবা য়াদ্রে লোংপদা শিগদোরে চাদবনা চী থুংলে, থক্নবনা ঙৌরে। ঙরাং চন্দ্র ফাখরে, ঙসি ঐবু থিবা ডবল থারে, লৈবা য়াগত্রা নিংববু য়াদরে। লৈহুনস্মু করি তৌরগনি গুণবতীস্মু অশি অচং খংদরে, অনা শংদা হিদাকনা চিঙাক, কম্পাউণ্ডরনা শদ্রি। ঙসি পঙ্কজরবদি মমৈদা ঐবুস্মু য়োংহনিং। অসিনা ফত্তবা থবক্কী মহৈ মহৌশানা মীরৈবাকী ঈশিং থক্পা জয়—কৃষ্ণ! ( চংখিবা )

# মরিগুবা মতাং।

## শুবা উৎপা

### এজলাস।

দাঃ বাবু এজলাস মনুংদা লেপ্পা
সুবল কোংনা চন্দ্রসিং হাতকড়া পাইহনা
লেপ্পা কালা কোংস্মু লেপ্পা।
ঙাইহাক লৈরগা পুলিশ সাহেব চংঙকপা
ময়াম সলাম তৌবা সাহেবনা ওকপা।

দারোগা বাবু : গুড মোর্নিং সার!

সাহেব : গুড মোর্নিং বাবু! ( তুপী মেজদা থম্বা চৌকিদা ফম্বা ) ইজ দিয়ার এনিথিং টু—ডে।

দাবাবু : এস সার, এ বর্ণিং কেশ। আই এম্ জষ্ট পুটিং অপ্।

সা : হয়াট! এ বর্ণিং কেশ!

দাবাবু : এস সার।

সা : এস, গো ওন প্লিজ।

দাবাবু : ( পাবা ) পোলিশ কেশ নম্বর টু হন্ড্রেট্ আইটি কেশ ডাইরি নম্বর ওয়ান। ফরিয়াদি মণিপুর ষ্টেট। নম্বর ওয়ান আসামী শ্রীচিরোম চন্দ্রসিং পীং যুগোলসিং সাং য়াইস্কুল। নম্বর টু আসামী শ্রীসোরাম ছত্রসিং পীং মৃত্ত নবসিং সাং নম্বুল য়াংমা। বিষয় গুণবতীগী য়ুম মৈ থাবা অন্দর সেক্সন্ ফোর হন্ড্রেট থারটি নাইন আই, পি, সি, ঘটনা স্থলদগী ফংবা ফল। য়ুম চাকপা অদি নোংয়াই মতুংদনি। য়ুম পুমলোই লোইনা চাকখিবে; মফিংকাগী অয়াং থংবা নাকপাক থর কলহৌই। মনিং-থোংনা, লিহিং থোরি অমনা উতোংমচা অমগী ময়াইদা কীরগা থোংগী উপাক ভাইনবা মরকী অহোবদা উতোং মচা অহু মস্থংলোমদা কৈহল্লগা মপাললোমদা থোং মপাদা হোবা হৈক্রেং পাম্বী অমদা কাম্ব কিশিন্দুনা কারম্মী। মমাংথোংদি থোংবাগা লোইননা উপনা ভারম্মি পুনাম্ন পালম্মী। নম্বর টু—আসামী ছত্রনা ইনশিন্দুনা-

থাবনি নিংই। একজামিনেশন ওফ উইথনেস, সাক্ষী শ্রীচনম চাউবা সিংহদগী খংবদি—য়ুম চাকপা মুম্রিত্তা চদ্রনা মৈরা পাইরগা ছত্রগা মখোয় অনি চিবোন-চিবোন তৌদুনা চৎমিন্নথিবা মাসি চনম চাউবনা উহৌবা। অতুগা ভাইহাক লৈরগা ছত্রনা মাং থাদুনা মখোয় অনি অমুক হন্দুনা চেল্লকপা উই হায়রি। শ্রীশেখরসিংদগী খংবদি— মৈ চাকখৎলকপা মতমদা লমজাওদা য়ুম মৈ চাকলে হায়না লাওবসি থাদৈশেংনা চন্দ্রসিংনি হায়রি। ছত্র থিবা কংগ্রি চন্দ্রদি ফাজরে। মরম অসিগী পুটাপ্ তৌজে।

সা : আই উইশ তু রিলিজ হিম ওন বেল হয়াট ইজ ইয়োর ওপিনিয়ন?

দাঃ : এস সার ওন বেল।

সা : দেন রিলিজ হিম ওন বেল ওফ ফাইভ থাউজণ্ড।

দাবাবু : এস সার! সুবল! চন্দ্রগী মী কারকপরা হংউ।

সুবল : ভারিত্রা? মপান্দা ময়াম ফমলিবসিবো চিরোম চন্দ্রগী জামিন য়াবা ওমবা মী কারকপরা?

(মতুংদা) : য়াওজৈ, য়াওজরি ইবুংঙো।

সু : লাও কনানো? (ফিংনা যুগোল চংওকপা সলাম তৌবা)

দাবাবু : কনানো?

যুগোল : ইবুংঙো ঐ চন্দ্রগী মপানি।

দাবাবু : নচাগী জামিন য়াগত্রা ?

যু : য়াজগনি ইবুংঙো।

দাবাবু : হয়েং পুরকউ হায়বা থুমিত্তা শোইরবদি লুপা লিশিং মঙা জরি ওমগত্রা ?

যু : ইবুংঙো ? ইচানিনা হুন্দোকউবা য়াদে তংঙাই ফদেদনা !

দাবাবু : (জামিন পত্র ইবা) তাও পাগে :— লিখিতঃ শ্রীচিরোম যুগোলসিং পীং মৃতু শীতল সাং য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই। ঐনা ইচা চন্দ্রসিংগী জামিন য়াজরি, সদর থানানা যাহা কোর্ট অমদা হাজির ওইহল্লু হায়বা মতমদা হাজির ওইহনজগনি। শোইরগা রাজ সরকারদা লুপা লিশিং মঙা জরি পিজগনি। জরি অসি উসনগী মরমদা ঐগী লৈজরিবা সম্পত্তি, য়ুম কৈ, মানচাং, লৌরি ইখোল, যল শগোল স্থাবর অস্থাবর পুম্নমক জামিন পত্র অসিদা সিকিউরিটিগী মশক ওইনা পনজরি। মথক্তা হায়রিবা রার। পুম্নমকসি ইশা নাদ য়েক্কনা সজ্ঞান ওইনা য়াজরতুনা জামিন পত্রদা সহি তৌজরবনি। ইতি তারিখতি ঙসিগী তারববা ?

যু : তাজরে ইবুংঙো বাবু !

দাবাবু : কলম ওমত্রা ? সই তৌ।

যু : ওমজদে—ইবুংঙো ! খুবি নমজগে। ( খুবি ওই তিংথোকপা )

দাবাবু : ( যুগোলগী খুবী পাইহুদা নম্বা রকলম ইবা )
সুবল ! চন্দ্রসিং থাদোকপিয়ো । (সুবোলনা থাদোকপা)
যু : চন্দ্রসিং ! ইপানা অসি থোকনি হায়দুনা কয়ানোদো !
আ— ইপাদি অস্সুম খক তৌরকত্রিদো, ইপা ইপু
হাক্তকতগী কোর্ট কারক্রিদো । করম্বা দশানো !
লাকও-লাকও চৎসি ।

---

## মরিগুবা মতাং ।

### ৬শুবা উৎপা

## লম্বী ।

পুনশি, লুখোই লাকপা ।

পুনশি : ইবো ! করম-করম তৌবা ? মুন্না তম্মুনহাই——
থরায় অসি নিক-নিক লাওরবদা ।
লুখোই : চন্দ্র মপানা জামিন ইমাংমক্তদা থাখ্রবনি । মথোয়
সিফাইশিংনা কানাকানি ঙাংনহৌবসি ছত্রবু ফংননবা
থিথিগনি হায়হৌই ।
পু : নংনা ছত্র থিরুবদি উনরক্রে ?
লু : উনদে— ।

পু : কৈদা চংখি হায়বা ?
লু : কনাদা হংঙ্নি ?
পু : ইবো য়ুম লোম্নবদা হংবা য়াদ্রা ?
লু : মতুম্সু লৈতবা, মচাস্সু লৈতবা মহাকপু কনানা খিবা ফংগনি। অদুগা পংবিন্নু, ইশৈ লাংবিন্নু, মনিন মহা নাইবিন্নু, মকা ফোংবিন্নু অম-অমদা পংহং-হংবা য়াদে। ঐখোয়না হায়বসি খন্না-খবা লৌবিয়ু। ঐনা অস্তুম য়েংজবদনে– তন্নানিমুকসে ফিবম কাইনা উই। মহৌশাগী শাজং কাইবিন্নু অদুগা ছত্রদি—ফংদবতা লাই নিংবিয়ু। মা ফংলবদি জুগোৎ চারোই।
পু : লুখোইতোন। ইপাবু ফিবম কাইব্রা ?
লু : কাই, কাই।
পু : চুম্মী ইবো ! চাই হাওত্রে, তুম্মি য়াদ্রে, ঐ—করি মুংগীনো হায়বদো য়ৌরে। চন্দ্র ফাখি হায়বা তাবদা য়ুমদা ফম্বদা মৈমুক শারে। অদুনা নংবু ইপানা থানাদা ঈ-পাও তাননবা থারিবনিদে।। ছত্র পুমফং ফংদ্রবদি কৈ, তাপ ফারক্তুনা কবিগুম্বা খুৎসি খুৎনানগব্রা হায়বগী খিনবনি। অমুক হল্লু ইপাদা, রাগম্নু—হং—খোৎলুত্রবস্থ —নাশোল মুম্না, খংঙব্রা ? চেকশিল্লকলগা নং নত্তনা ইপাগী কনা লৈ।                ( লুখোই চংখিবা )
শেঙ্গাওদগী শেম্না রা হৌবা লুদেদা—অন্নাববু ইরম্না লৈরুবা—হেক মাংঙিদা।                ( চংখিবা )

---

# মরিশুবা মতাং।

## ৭শুবা উৎপা।

## রজনীগী য়ুম।

রজনী : ( শোনবা ) চন্দ্রনা থানাদা ঐবু পল্লিত্রা? পনচুনবু করি তৌজরগনি। মানা ঐঙোন্দা লুপা পিবদা স্বাক্ষী লৈত্রা! লুপাবু অমগীনি হায়বা মশক নাইত্রা? রজনীদা অরাবা চংদে মুংঙাইবদা ইথোদাংনি। ( নবদ্বীপ লাকপা )

নবদ্বীপ : য়াম্না মুংঙাইবিরমলেদা—।

র : ইঃ—লেংশিনবিরকউ। ( তগুপ তরাং তৌবা ) মী হায়বসে হিংলিভৈদা খর মমুংঙাইবনা চুমমাল্লেনে হৌজিক্তি ইবুং-ঙোবু মুংঙাইত্রিবরা?

ন : ঐদি করম্না?

র : কেতুকী মপান ফুকচয়েদনা।

ন : ইবেম্মা! তম্বা ঙমত্রিদা——মৈতালনা রাথৈত্রিমথৈদি খংবা ঙমদে।

র : পানাচুম হাও, ( পানা পিবা লৌবা চাবা ) মাবু ঐনা করিস্মু মুংশিবা নৎচদে; মাদি লাকচৈ হায়বচু মঙাই—সত্য ঐথোয়দি ওস্তোকনা শেংনা লৈজরিবনি। মীনস্মু খরা কল্লকতুনা থোকচিনবিবনস্মু অয়াম্বা। ইবুংঙোতবু মুংশিজমনখ্রচুনা ঐগী থরায় মকনি হায়না নিংজবা।

( চন্দ্র লোম্না চঙকতুনা য়েংবা শাওনা চৎথিবা )

অসিনা ঐখোয়দি তরা থোকনা ইবুংঙোগী সেখা ঙমনবা মচুত্তা থনজরিবনি।

ন : ইবেম্মা ! সুংশিবা হায়বদো বিধাতানা রজনী ওইনা শারম্মবনি। নংগী মুক্তা য়াতা, শজি মিত্তা, মাইথোং পূর্ণিমা, ঐগী থম্মোয় অতিয়াগী লৈতেংনি। নহাক্না চৎলিবা শাজৎ, নহাক্না ঙাংলিবা রাঙাং ঐঙোন্দা অপেনবা ঙাক্তনি, পুক্নিংদা চিংনবা করিমতা লৈতে।

র : ইবুংঙোগী পুক্নিংদা চিংনবা অমদি লৈদো ?

ন : করিনিনা ?

র : হয়ে, পক্ষিরমদাইদা ইবেম্মা লৈরাং লৈশক অমত্তদি ওরথিদা হায়জগনখ্রে নিপা হায়বা জাৎ অসে।

ন : করিবো—করিবো অমুক্তগা।

র : সে—ঐ মৌনিনে।

ন : হী—ই—ই—লৈশারক্রুবরনে ?

র : ইবুংঙোদি ফর ফত্রবস্থু মুপী থিগ্রিদো।

ন : কনা অমুক থিরুথিগনি ? ঐগী থরায়দা কনাবু নিংঙু-থিগনি ?

র : ইবুংঙো ! ফনা হায়দুনস্থু য়ারকলোইদা —।

ন : মাচুঙম্বা রা অদো মথা তান্নরগনুসি ঐগীদি লোইরবনিনে।

র : ঐ মাচুগী— করিমতা, পনজরোই— হায়জরোই হয়েং সুহোংঙমদাইদা তাকপদদি তাকলম্মুকো।

( চন্দ্র হয়ি ফুমহুনা লাকপা )

ন. : হেরা – ই: ( চেনখিবা )

চন্দ্র : চেনগনু-চেনগনু কাম্নরোই অহান অকোনতনি।

র. : ( অদ্বদগী ফুক ছোগৎতুনা ) হেরা—ককা ভোবা শারিক্লে নবদ্বীপ হায়্রে করি হায়রে লৌরাই অসে।

চ : ( থক-থক নিকপা ) রজনী।

র : ( নিকপা ) করি ওইরবনো ?

চ : করি—হেরা ?

র : নবদ্বীপ হায়ব্রা করি হায়রে লৌরাই অসিনা, ইবুংঙো হো-হো লাকলগা ইহং হংগোইদনা মীগী ফম্মুংদা ফমলবা শারিরে। পাম্বে তৌদুনা ফনস্থ হায় অদুবু মশানা সুকখং খংদবা। কাম্নব্রদুনা ফোংনা হায়রগদি হেরা ককা হায়দুনা ওকখ্রে—ওকচখ্রে।

চ : রজনী নং ঐবু খংব্রা ?

র : করিনোনে ! ইবুংঙো !

চ : ঙাইখো নিংথিনা খুম্মু ঐবু খংব্রা ?

র : করি য়ানো ইবুংঙো। ইনৌ-নৌনা হংধিরিবসিবো ?

চ : ঙসিদি ঐ অসে মহোশাগী চন্দ্রসিংদো নত্রে। মহাক্কি লাকলরোই নংস্থ মাবু কাওরো, মহাক্কি নংনা শুম্মাংপা ওম্বনি, হৌজিক নমাংদা লৈপলিবা চিরোম চন্দ্রসিং ঐসে— মা—দু নত্রে ঐনা হংবা শেংনা খুম্মু।

র : করিনো খুমজগে—ফিংবিগনুবা।

চ : ঐ করিমজা— ফিংদে মৈরক্তস্থ ফিংওক্রবা মীনি খক ফিংজোই ফিংঙোই—য়েংঙু, রজনী ! নং ঐবু ছুংশিবরা ?

র : করি অমুক হাইরুগনি।

চ : নুংশিদনকো ?

র : পান্দমনিংঙাই লৈজদে।

চ : ঐগীদমক নং শিবা ঙমগনিকো ?

ব : ঙমগনি ।

চ : ফবে ঐনা নিংবা থুংলে, ঐগী থরায় ওইবিবী নহাক অসে, সংসাব অসিদা নংগী প্রাণ তোপনা থমলবোই ইথুৎমক্লা লৌশিল্লগে। (বজনীগী মখুৎপাইবা ছুরি মাবা)

র : ইবুংঙো ! মাহুদি তৌবিগনু। ইতোমদা নত্তে ইবুংঙোম্ন অরাবা তাগনি।

চ : তাসনু। ঐগী কবিমতা খল্লুগনু। .

ব : ইবুংঙো। কবি রানো তৌবিগনু ঐ কবিমতা লান্দে।

চ : লান্দে - লু - পা পামব্রা , থাং পামত্রা ? কবি পামই ? খংব্রা ? ( থাংনা থিনবা তুবা, চন্দ্র চৎখিবা )

র : ( ফর-ফর ওনবা ) ঐ - য়ো ইমা ! ( লৈকাই নিপাশিং চেল্লক্পা )।

১বা নি : কবিনো তৌরিবসিদে ?

২বা নি : রজনী ! বজনী ! কবি তৌববগে ?

র : ( য়াম্না লোননা ) চিবোম চন্দ্রনা ।

১বা নি : চিরোম চন্দ্রনা, ইবুংঙো ! থানাদা - লৈকাই রাথোক ওইবা তাবে। ( ২বা নিপা চেনখিবা )

# মরিশুবা মতাং।

## ৮শুবা উৎপা

## লম্বী।

### যুগোল লাকপা।

যুগোল : কবম তৌনি হৌজিক। রাকম অমত্তা ঙাইরিবৈদদি লাইবম্মি আঃ—– চন্দ্রশিং! লোইরেদো ইপাদে। ফাবকলে নথরাই মাংবা, ফাত্রে ঐনা তুমবা! কবি নুংগীনো—রাখরেদা। হন্দকতি ওম্ভোকপা দশানিদা নুংঙাইবা লৈখিদ্রেদা। ইমাংদা ইচাবু করমনস্থ অরাবা তাহনসিবা—থানানা কৌরিবা অসিদা হৌজিক ঐনা করি খুমগবা। ( চৎখিবা, লুখোই লাকপা )

লুখোই : ঙরাংস্থু নহানস্থ নিতি খুদিং ছত্র থিবদা শিং শিংলে। অতুগা মাদি ময়াংদা শোৎ—কয়া কোমথ্রে। সংসারদা নুংঙাইবসি মাগী কনাস্থ লৈত্রবা, মানা মথেংলে। হেক নিংঙকপদা থং - য়োনিংবদা—গোং, চানিংবদা - কোক, থকনিংবদা—কুৎ শমথ্রে। মশা চৎথ্রবদা লৌরি যুঙ্কমস্থু লৈতে মতু মচাস্থু লৈতে মাঙোন্দা করি তৌরনি। মাস্থু রাই শংজবা, হন্নুবস্থু কোমজবা, ঐস্থু পোথাজরবা মীনাই ওইবা রাইদা, হন্দক্কা থংঙিদা। ঐনা মীনাই ওইবা অসি কর্ম্ম তোইবা শ্রাদ্ধ

চাওবদগীনি। ইম্মা ইপানা ইতোমদা পোকপনি ঐনা চহি কুনহুমদোই শুবদা ইমাগা ইপাগা চপ মান্ননা হেক নাবকই। অহুগী লাইয়েংনবদা লৌ তনয়োন ইমানা হান্না শি, শ্রাদ্ধদা যুম্ফম চংগ্রে। কুমণ্ডন যৌত্রিভৈদা পাবুং ফংখি—শ্রাদ্ধদা ঐনা মীনাই ওইজে। মতিক মপা নত্তনা থবক তৌবা আ— - কান্নদে হায়ছুনা। মীনাই ওইববুদি মপু ওইবনা পামলে ছত্র থিবদা শিগদৌবে। (চংখিবা সুবল কোং লাকপা)

সুবল : ( নোটিশ অমা থেংলমলগা চংখিবা ) ( কোইরেং লাকপা )

কোইরেং : যুমদা ফমনিংগ্রে- হিপ্পা চাবা য়াদ্রে, চন্দ্রগী খন্নুবদা পুক্লিং অসি মণ্ডল-মণ্ডল কৈনো - অমুক তোইনা মত্তা-মোই তৌগ্রে। অহুগা মাগা উনরুমু, ঙাংনকমু হায়ব-সিগী পাজীখোইনা— প্রোক-প্রোক চানব চফু চৌবন অসিনা কনাস্থু-কনাস্থু উনদনা লমজাওদা ঙাহৌ-ঙাহৌ অসিতনা পোথাজবে। ( নোটিশ উবা পাবা )

## নোটিশ।

মহা মহিম শ্রীল শ্রীযুক্ত পুলিশ সুপারিটেণ্ডেণ্ট সাহেব বাহাদুরগী মায়কং, মণিপুর প্রজা পুম্নমক্তা খংহল্লি। পুলিশ কেশ নম্বর টু হান্ড্রেট আইটি ফরিয়াদি মণিপুর ষ্টেট নম্বর ওয়ান আসামী

শ্রীচিরোম চন্দ্রসিংহ পীং যুগোলসিংহ সাং য়াইস্কুল। নম্বর টু আসামী শ্রীসোরাম ছত্রসিং পীং মৃতু নবসিং সাং নম্বুল রাংবা। বিষয়দি য়ুম মৈ থাবগী মরমদা ছত্র চেনখ্রে চন্দ্র লোৎখ্রে। চন্দ্রদি মপানা লুপা লিংশিং মঙাগী জামিন য়াথ্রবনি। অদুবু চন্দ্রগী মথক্তদি অনৌবা কেশ অমসু লাকই। বজনী কৌবী মৌ মচা অমা থাংনা য়ানবগী মরমদা। ফরিয়াদি পঙ্কনা চন্দ্রননি হায়রি। চন্দ্রনু মপা জামিন্না হাজির ওইহনবা ঙমদ্রে। মহাক্কী মথক্তদি— কমবাইন্ অন্দর্ সেকসন্ থ্রি হান্দ্রেট টু এণ্ড ফোর হন্দ্রেট—থারটি সভেন - আই, পি, সি, মতুংইন্না বিচার তৌগদবনি। ছত্রগীনা অন্দর সেকসন হন্দ্রেট নাইন, ছত্রগীদি সম্পাত্তিসু থিবা ফংদে। চন্দ্র, ছত্র অনিমক অসি ঙসিদগী থা অমগী মমুংদা মশা থোরক্কদবনি হায়না ফৌ, কা, বি সাতাশি আট্টাশি ধারা মতুং ইন্না নোটিশসু তৌরে মখোয় অনিমক থোরকত্রে। অদুনা, জামিন্না জামিন পত্রদা ইরম্বা লুপা লিশিং মঙা আদায়গীদমক মালা মাল অপুম্বা নিলাম তৌরগনি। লৈগে লৈগে হায়বামখৈ ইং —তাং অসিদা পুং তরাদা যুগোলগী ময়ুমদা লাকউ। ইতি ( মখুৎ মশা থেক্তুনা পাবা )

ইঃ— ঙসিনিনা। নোটিশ অসি চন্দ্রসিং পাজখোৎচররিব্রা ? পারবদি রাগনি পাদবনা ফৈ। ইঃ— ফাওরকলেনা করমনো ? ( শককম হঙ্গিনবা চন্দ্র লাকপা ) ইতাও ! কদাইদা চৎলুই ?

চন্দ্র ইতাও ইবুংঙো ! চান্নথোইবা কদাইদগী লাকপনো, কদাইদা চৎকদবনো ঐ খংদ্রে। ঐবু লৈকম লৈত্রে য়ুমদা চংলমু

য়াদ্রে চরা হেনবনা মশিংস্তু নাইদ্রে নোংমা নিনিদদি ঐবু নংগীদা থম্বিয়ুগবা।

কো : ইতাও! অসি থোকনি হায়তুনা ঐনা নঙোন্দা কয়ানো —নংনা ময়াখিদেদো। হৌজিক্তি ঐ চেননরগস্থু নংনা চাবা থকপগী পাম্মুবা নত্তে য়াদবননি ইতাও।

চ : কদৌবগে ইতাও কোইরেং! চরাহেনবা ঙসি মঙানি শুরেনে ঐবো, তরানি কুননি মমাংদদি ইমানা লোম্না থুপনা ঐবু পিজরম্মি, থম্বিরম্মি - হৌজিক্তি দারোগাগী ভুইসিয়ারনা য়াবক্রুতুনা তৌবনি ইতাও! উপায় অমত্তদি তৌবিয়ুগবা চান্নথোইবা।

কো : ইতাও! রারোগস্থু তাঞ্জাননি ঐগী গতি লৈদ্রে। (চৎখিবা)

চ : ইমা! ইমা! - ইমা ইবেম্মা নচা ঐগী গতি লৈজদ্রে কনা হন্না য়েংবা উরক্রে। ইপাস্থু য়েক্লবা ইরূপ ইপাংস্থু য়েক্লবা, রজনী য়েক্লবী, সংসারনস্থু বৈরি হা — ইমা ইবেম্মা! ( চৎখিবা )

---

# মরিশুবা মতাং ।

## ৯শুবা উংপা

## যুগোলগী য়ূম ।

কুমাবী

কুমারী : ঐ ইচাদো — ! কদাইদা চারিগবা—কনাগীদা লৈরি-গবা রাখবেদা ! চাউজৈ হায়রবতনি জ্ঞান লৈত্রিবা অঙাংনি। ইচাগী মরা মপাও তাদবনা মাগী চাকম থকফম খংদবনা চাবা-থকপা, তুম্বা হিপ্পা করিমতা য়াখিদ্রে। ওস্তোকপনি বিধি পংথ্রবা ইচানিকো —ইচাগী খল্লুবদা মিংলু পি কংদ্রেদো ঐদে। মানা চারগদা ইপূক থনজবা, মানা হরাওরগা ঐনা মুংঙাইজবা, মফম কৈদনো ইচাবো -ঙসি মঙানি শুরে উদবা। মতোমদা পোকচবনিদো অহাওবদা মাগী তমজৈদো—অরবদা মাগী খাকচৈদো —লাকত্রে করি চাবিগবা ! করি থকলিগবা। হা ইবুংঙো ! -ইমাগী চন্দ্রসিং ! ( চন্দ্রসিং লাকপা )

চ : ইমা ! - ইমা—লামথ্রেদা ।— ( তুরবা—মমানা কোনবা)

কু : চন্দ্রসিং !— করিনো ইচাবো।

চ : ইমা ! প্রাণ অসে, পুবা য়াদ্রেনে ইমা !

কু : ইবুংঙো ! ইমাগী ইবুংঙো চন্দ্র ! মঙানিসিদি কৈদা লৈরুই ?

চ : ইমা ! রাক্করেদা ! অয়ুক মুংথিল নায়ক জক্কলদা অহিং অহিং মুমিদাং অথেংবদা কনাগী য়েনখাদা কনাগী মাঙ্গোদা, নোংমা কনাগী শঙ্গোন্দা ইমা ! ইমা ! ইমা ইবেম্মা ! রাখরে ! রাখরে ! চাকম লৈখিদরে, তুমকম লৈখিদরে। ঐনা ভৌজরুবা কর্ম্মনা ধর্ম্ম কাইনা চৎলু-বনা হা—ইমা ! চংজকম লৈখিদরে। চাক লামখরেদা - লৈত্রা ? ইমা চাক খজিক্তা চাগেগবা।

কু : ইমা থোংগে ইবুংঙো ! নবুক থন্না চাওকো। ইচাদি রারবোইনা চন্দ্রসিং। ইমা লৈরিনেহাই—ইমা শিত্রিনে, কপকম্লুনে চন্দ্রসিং ! নংনা অত্তুক কবিগী রাগদগেনে। নং মকম অতৈদা চৎখরগম্লু ইমাগী নাক্তগী থারগম্লু মীনা নংবু থিবা ফংদনবা কনানম্লু লৈ হায়বা খংদনবা ইচাবু ইমানা লোৎকনি। নশক উদবদা ইমা লৈবা ওমদেদদো ইমাগী চন্দ্রসিং ! অমুক চৎখরগম্লুকো।

( কপমিল্লবা )

লৈরম্মু ইমা চাক থোংবিগে। ( চংখিবা )

চ : হা—কৃষ্ণ ! রাখরেদা। পংবনা মীনা হায়বা ইল্লুহুনা ওস্থোকপনিদকো। ( কুমারী থুনা লাকপা )

কু : মাংলে-মাংলে চন্দ্রসিং। নপাবু পুহুনা কোয়েৎ অঙাংবা ঙাক্তা ফাওরকলে।

চ : ( য়াম্না ফিংনা ) ইমা ! ইমানা থোংবা চাকপু ইরাই-বক্লা চাবা তমত্রেদো। লুপা মঙাক্তদি পিম্লু অহুপা

ইমা ইবেম্মা ! নং রাগম্মুকো ঐ নোংমা নিনিতদি লংকৈ চৎলুখিগেকো। অস্মুম লৈত্তুনা ফাহল্লবদি ঐনা নিংথৌগী দণ্ডি ফংত্তুনা নমাংদা ফাদোক তাবা নংনা য়েংবা ঙমলোইদো।

কু : কদাইদা চৎপা ? ইমুংদা চংঙু ইমানা লোৎকে।

চ : ইমা ! য়াররোইনে অা—দা লাকপা উরে।

কু : ইমা লুপা পিগে। ( ইমুংদা চংখিবা )

চ : ইমা ! নংদরেদো— ঐ চৎলগেকো লৈবিহৌরো অপোকপী।

( ফিংনা চেনখিবা কুমারী থোবকপা )

কু : ওস্তোকপনিদকো হা বিধি ! করিনো তৌরিবসিবো।

( কোং ২, দারোগা, যুগোল চংঙকপা )

যুগোল : ( শোনবা ) চেনজখরসন্। য়েংবিয়ু বাবু। ঐনা লৈতে হায়জববু থাজবিদমাল্লে।

দারোগা : ইনদোল ! চন্দ্রদে ?

কু : লৈতে ইবুংঙো।

কাকোং : লৈদ লৈত্তেকো ?

কু : থিবিয়ু ইবুংঙো।

দাবাবু : থিউ কালা। ( কালা ইমুংদা চংবা )

সুবোল : মী কৌগদরা ?

দাবাবু : কৌ। ( সুবল চৎখিবা )

ঘু : ইবুংঙো বাবু ! ঐনা মীনম্না হায়জবা নত্তে কদৌঙৈদম্ক লৈরোইদবনি।

দাবাবু : এঃ—খুড়া ! ঐখোয়গীদি ইথৌনি আইনগী মতুংইন্না থবক তৌদবা যাদেদো অদুনা মতৌবনি ব্রারৌবিগ-মুকো। (কালা থোবকপা)

লৈব্রা—

কা : লৈতে।

দাবাবু : হৌনবা মফম শুনা যেংলেদনা ?

কা : থাকত্রে। ( সুবল, মীষাম, যদু, মধু, পুনসি, বেদাম চংঙকপা )

দাবাবু : লাকলব্রা ?

সু : লাকলে খবদি, অতৈম্ক লাকহৌবি।

দাবাবু : ফরে লৈত্রবনিনা সে—সে খুড়া ! মীয়ামম্ক তারো হুকুমগী মতুং ইন্না জাগিন খুড়াগী সম্পত্তি অপুম্বা নিলাম তৌবা তারে।

কু : করি ব্রানো সিদে।

সু : করি ব্রা নত্তে য়েংউ—নচা যুমমৈ থাবা হুরি থাংম্ক কবা পোকচবগী মপাল।

ঘু : বাবু ইবুংঙো ! মঙানি তরানি অসিগী মমুংদা অদুক খিজখিবা য়াররোইদব্রা ?

দাবাবু : হাকিম খিয়ে, হুকুম কিয়েনা। খুড়া! অসুম হায়না আইন্দা লৈখ্রে। বিচারপতি হোৎনা য়াই, মহাক্না তৌরম্বা হুকুমদি হোংবা য়াদে। য়াব্রোগমু খুড়া

কা : করি—করি ?

দাবাবু : য়ুম, কৈ, মানচাং ইখোল স্থাবর অস্থাবর সম্পতি পুম্নমক সরকারগী দাগ লুপা লিশিং তরা।

কা : ইখোল য়ুম কৈ অরৈবা মানচাং অপুম্বা সরকারগী দাগ লুপা লিশিং তরা—লিশিং তরা—লিশিং তরা।

যু : লি—( দা: বাবুনা থুনা খামবা )

দাবাবু : য়াদে, খুড়াগীদি ইমুং অসিদগী পাই অমগী মাল লৈত্রে। নরন্দি লৈত্রবদা করিনা ওকনি হোবেল য়া য়ামনগনি তুমিল লৈয়ু। ( যুপোল ফমথবা )

কা : লিশিংতরা।

বেদাম : লিশিং অমা।

কা : লিশিং অমা।

১বা অহল : লিশিং অমা চামা।

কা : লিশিং অমা চামা।

২বা অহল : চহুম।

কা : লিশিং অমা চহুম।

যু : লিশিং অনি। মরক য়য়া য়ুংঙাইস্তে।

মেমাম : ইস—। ( মক্ক লুকপা )

কা : লিশিং অনি, লিশিং অনি, লিশিং অনি এক চংখি-দৌয়ে হাপকৎলো-হাপকৎলো তরা হাপ্পস্থ য়াই, মঙা হাপ্পস্থ যাই করিস্থ চিংনগদ্ব হাপকৎলু লিশিং অনি।

১বা অহল : লিশিং অনি চহুম।

কা : অতুনিদনা, লিশিং অনি চহুম।

পুনশি : লিশিং মঙা।

কা . বস্-বস্ লিশিং ঙা।

ময়াম ঃ কাম্নরোই তাবো অতৈ কনা হুনবিগনি, হৌজিক কালদা পুনশিগা কমাগা মাযোক্সবা ঙমগনি।

কা : হাপকৎলো—হাপকৎলো চংখিদৌরে। লিশিংমঙা লিশিংমঙা। ( দা বাবুনা ইঙ্গিত পিবা ) লিশিংমঙা এক লিশিংমঙা দুই লিশিংমঙা তিন।

পুনশি : অতুনঙাইদনা।

দাবাবু : শেল থিবিরো।

পু : থিজনিদা—ঐনবো।

দাবাবু : হোইদা-হোইদা হয়েং অফিসদা থিরবস্থ য়াগনি। লাইরিক অসিদা ময়াম শোই তৌরে )। ( ময়াম শোই তৌবা )

পু : পুনশি ঐখোয়না হায়খ্রবব্ শোইবা হৌনব্রা। সত্য অওইবনিনে বাবু ! নখোই থ্বাইগী ননাই ওইবনা হায়বা। হৌজিকমক্তি লুপা লিশিং—মঙা অমা তরা

অমদি চেক্কেৎতদসু লৈরিবনি। দলিন পাট্টা মকনসু চে শিংতদা লিশিং মঙা—তরা মসুজরি হায়বনি।

দাবাবু : চুম্মীদা অদুনা ঐসু তুংিন্না লৈজরিদা ময়াম চৎপিবা য়ারগনি।

ময়াম : ফরে ফরে ইবুংঙো বাবু! ( ময়াম চৎখিবা )

পু : ঐসু চৎলগেনা?

দাবাবু : ফবে চৎপিরো হয়েং পুং তরাদা—

পু : ফগনি। ( চৎখিবা )

সু : লেংঙসিনা?

দাবাবু : ফরে। খুড়া! ইন্দোন নখোয় অনিদি মফম অসিদা লৈবা য়াদ্রে। লৈগদবা মফম অমদা থোকপা যের্দ্দা।

( কোংগা বাবুগা চৎখিবা )

বে : ইতৈমা! তাদা। অসি য়োৌববদি ব্রাহ্মণগনু ঈশ্বরনা তম্বা লাকনি খক খল্লুবগনু। অদুগা ছোৌজিক লৈফম লৈত্রিবসে লৈফম অমা অমা থিরবসু থিসি নোংমা নিনিসিদ্দি ঐগীদা লৈরুসি লাকও-লাকও চৎসি।

( চৎমিন্নখিবা )

---

# মরিশুবা মত্তাং।

## ১০শুবা উৎপা।

## ডুলিচান বাগান।

পূর্ণ—চন্দ্র

চন্দ্র হিসাব শুবা।

পূর্ণ : চন্দ্রসিং—

চন্দ্র : করি ওইরবনো ?

পূ : হিসাব মুন্না থম্মুকো ইবুংঙো ! নংনা হন্দক খুড়াগী মফম অসিদা লাকপসি খুড়া মুংঙাইখরে। এনা চহি মঙা তরা লৈরকপসে ওন্থোক্লা রানা লৈবকলবনি। করিনা হিসাব অমত্তা পুবিনবা শুবা ঙম্বা মৈতৈমচা অমত্তা লাকপা লৈতবন। মাসিদা হেক লাকইবসি জুরারদা খুং থারবা ডাকু তবাং অতুগা অপংবা লোইরম থবকশুবা অসিদগী খক হেন্দে। হৌজিক্তি খুড়ানা তরা থোক্লা চৎলগা নংনা য়ুমদা মোহবীগী থবক তৌতুনা লৈবসিদা খুড়া রাই শংজরেদো। অতুগা খুড়াখোইদিনে মতামনি ছায়— এগী নংগী মীগী মাগী অমুক খাইবা লৈজদবা এগী লৈজবা শেল নথুত্তা হিসাব নথুত্তা পুমশিন অসি মঙাইদো—নপুক ফৌ, নবিন শেংঙু, নংবু ইচাগা

চপ্ মাম্না থমগনি। মণিপুরু থাদোকপগী নপুক খোই-রাংগনু কুইরগা মফরকনি নিংথিনা লৈয়ু, সুংখিল তুমগনু শিবদা পোক হৌদবনি। হৌজিক থবকশুবা ময়াম য়েংঙুগে, মখোয়গী থবক মতা-মতা য়েংহুন, নিত্তিগী গুম নাপ তৌহুনা চেক্সেং কুলি থুদিংগী পিরকনি, মাহু য়েংহুনা ইরক-ইরকপা শেল অহু পিয়ু।

চ : ফনি।

পু : লুপা উপুগী শো সে। ( পিবা লৌবা ) উপুদা লুপা লিশিং অনি লৈফম থোকইদনকো ?

চ : থোকই।

পু : ইহে থোকই নত্তে শুরিবরনে ?

চ : শুরি হোই।

( চৎখিবা )

পু : খুড়া চৎলে।

চ : ( মথন্তা ) ঐনা লাকপা কুইবেদা! ঐবু পুর্ণ হায়বা ঠিকাদার অসিনা মচাহেক পোকপবুদি হেন্না লুনা থমবি —চাবা শেৎপা করি অমতা লাংহন্দে। থবকসু হিসাব লাইরিক শুবদগী হেনহনবিদে। ওস্থোকপনি অমুক মুংঙাইরবদা ওস্থোক্না মুংঙাইখিদরেদা। ইস্—ইমাদো ইমা! ইমা উদবা কুইরেদা। ইমা, করম তৌরিগবা দারোগান্দা ফুবিরিদরা সংসারদা ঐবু লুনা তৌবিবা ইমাগুন্বী অত্তে লৈরমখিগদ্রা। আ — মতম অসিদে

মণিপুর কোবাদো ফজপ্রবনিদা। মুস্কান মহরগী মাই-য়োক্তা কৈলাশ শকপা মমাই মাপল ক্লাংবা নোং-মাইজিং ফজবনিদা। নোংচুপ লোইজিং, অরাং কৌক্র, মথা লুসাইজিং চীংনা ইকোই কোইবা মযুং মফেল নাইবা পুখ্রি মানবা। মুনিদা'রাই মুমিৎনা চীংয়া খোনদোং লা'বদা মলয়া নুংশিৎনা তপ্পা তপ্পা শিৎপদো, মহৌশা শকয়োং নিংথিবী উনা রানা অশংবা চীংয়া তময়া অনৌবী নুংশিৎকী পূংলোন চানা জগোই শাবী আ—মণিপুর কোবী ! নংগী জগোই তালোইননা নচাশিং মিরবা খোঙ্গেন্না তাম্না কোকিল খোইমু-শিংনা মগুণ থাবা লৈশক্তো নুংশিবনিদা—ফজব-নিদকো ইম ! ইস্—রজনী। ( কুলী খর লাকপা )

১বা কু ইবুংঙো মোহয়ী ! ঐগী চে য়েংবিয়ো।

চ হা—( খংবা ) কদাই ? ( পিবা লৌবা )

সে সে- ( শেল পীবা লৌবা )

১বা কু হাইমা। ঐনা ফংগদবদি শিকি অহুমদা।

১বা কু ঐগী ( চে পিবা )

চ কদাই-কদাই— ( লৌবা শেল পিবা )

২বা কু বস্-বস্ মথুং চাওয়ে।

৩বা কু ঐগীসু।

চ ( চে লৌবা শেল পিবা )

৩বা কু বলিহারি। মথাই অনাগী মফমদা অমা মথাই

১বা কু : ঐগীদি শিকি অনাদা তরুক।

চ : কদাই—কদাই চেদা পংশিদা পিশিল্লো।

ময়াম : ( চে পিশিনবা হুন্না-হুন্না )

চ : নংগীসি নংগীসে, মণ্ডানগী মণ্ডা, কুলগী কুন। শেখগী শিকি অহুম, খোদোলগী মখাই সে-সে— লৌয়ো লৌরো। (পিবা ময়াম লৌবা) চৎলো-চৎলো কনাগীম্ভু রাস্ত্রে।

১বা কু : ঐগী তমুক রাংলি।

চ করিগী—·— ?

১ব কু: থ্বাইদি অনিংক থুংই।

চ কনাদা ?

ময়াম : মচিন থিরিবনি থৌ ওইনা তাবিন্নু।

২বা কু : মুংঙাইদা ! ওসিগী অসুম্না তোইরপ থেংনরবদি কোমগনিদা। পুনশিন্নুকো ইবুংঙো মোহরী। ( চৎখিবা )

৩বা কু : বলিহো প্রেমসেগো :—— নহাক্লমথৈ ঠিকাদারনা হাংপা, ওসিনা ঐখোয়না মনবা। অরাই অথুমতনি, খুবাক-খুনম, খুবাক-খুনম। ( চৎখিবা )

চ : ওসিগী হিসাবতি লোইরে, থবক্তীদি রাই শংথরেদা পুক্লিং হিসাবতি লোইবা মরৈখিদরে। ইমাদো ! করম চারিগবা করম লৈরিগবা রজ—— ইস্।

( পূর্ণ লাকপা )

পূর্ণ : ইবুংঙো—হিসাব লোইরবরা ?

চ : লোইজরে।

পূ : কদাই-কদাই—কম-কম তৌবা ?

চ : চে অসিনি। (চেজেংকা বহীগা পিবা)

পূ : নত্তে অতুক কুপ্পা ঙম্মোই নখুৎতা লুপা কয়া লৈবগে ?

চ : থিবিয়ু (খাও পিবা)

পূ : (থিবা) ইস্! করিনে। অসিদে লুপা য়াম্না হোরেনা।

চ : কবম্না ওইরবনো ?

পূ : পিগদবা লুপাদগী নিফু হেনজিনখরেনা ?

চ : মাত্থুদি ঐ খংজদে।

পূ : নত্তে মুন্না খল্লু কবিগুম্বা ননাইশিংদা হেনজিনখিব্রা ?

চ : মখোয় কৌতুনা হংবিয়ু।

পূ : করিরানো কুলিনা করম তাকলক্কনি ?

চ : তাক্রবদি কমদৌনি।

পূ : রা শেংঙ্ অতুম তৌনু।

চ : ঐ করিমতা তৌজদে।

পূ : হেরা—নুংঙাইতেদা।

চ : অওইবনি খুড়াবু।

পূ : ইসে ফজনা হায়নসিদা।

চ : ঐ করিমতা লানজদে।

পূ : ইবুংঙো ! পুক্লিং শেংলবদিনে খুড়াদি করিস্থু লৈতে। মুন্না খল্লু তৌস্থু ফজদে মাসে মীরৈবাকনিদো, করিগুম্বা

নংনা অপাম্বা পোৎ অমা লৈখ্রে, হা অহুমা চাখ্রে হেক্তা হাইয়ু খুড়া নুংঙাইগে অদু নত্রবদি কয়া ফজরোই।

চ : ঐ করিগুম্বা মাসিদা অরানবা, মীনম্বা, শোরিবা লৈরবদি খুড়াবু হাৎপা পাপ পুজগনি।

পূ : ইস—অঙাংসিদে— মাতুনা চৎনবা পোৎ নত্তেনে— শেংনা হাইয়ুনে।

চ : খুড়ানা মুন্না খনবিয়ু।

পূ : ইহে—য়াররোই হাইরবোইরে দফাদার লৈত্রা ?

মন্নুংদা : করি ওইরবনো ?

পূ : অমত্তা লাকউ।

দফাদার : করি ওইরবনো ?

পূ : সিদা ঙাইহাক লৈরম্মু। ঐ থানাদা চংকে মোহরী বাবুসি লেংহল্লমগনু। (চৎখিবা)

চ : ফনি ঐ করিমতা—ইহেঃ—( চুপ চিন চুপ্পা )

দফা : ইবুংঙো ! মোহরী ! করি তৌনরবগে ?

চ : মানা লুপা ৱাৎনা থমজরগা ঐঙোন্দা তাইনরিনে।

দ : অহুদি করিনো ফত্তেদা।

চ : তৌসনু মাগী মচেং চারি অতুনা চাওথোকপা শারি মফম অসিদা লৈত্রগা লোইরে।

দ : চুন্না লৈতবনদি য়ারকওইদা হোরেল।

চ : করি তৌনি ঐঙোন্দা ?

দ : তৌমুদা ইবুংঙো ! খামহৌসি অমস্থ-অমস্থ ফনবা তৌহৌসি ।

চ : দফা ! অচুগুম্বা রাদো অমুক পনগম্ম । ঐনা লাল্লু-বস্থ লৈতে থানা লাক্লগা ঐঙোন্দা করি তৌজরগনি মখোয়না ।

দ : —ফরে-ফরে য়ানদ্রবদি ঐগী ইথৌ লৈতে ।

( থানাবাবু কোং ২গা পূর্ণগা লাকপা )

দাবাবু : বেশী কবলৈ না লাগে, হিসাবর কিতাব বিলাগ, আরু কুলির টিকেটবর স্থর্য্যাসিং তুই লইজা স্থর্য্যাসিং ! তয় হেই মুহুরি বাবুক লগত লইজা । হাঁ পূর্ণবাবু । অপ কহতে থে কুল রূপয়া এক হাজার ছে সৌ ষাঠ হৈ— না ?

পূ : জী— ।

দাবাবু : তোএ রূপিয়া—অভি আপনে পাশ জমা রাখিয়ে জিস্ রকৎ কোর্টনে জরুরত হোগাতো কোর্টনে আপকু বলানেসে রূপিয়াকা সাথ হাজির হোনা হোগা সমঝেঁ ?

পূ : জী ( লুপা লৌশিনবা )

ভদ্রশিং : ( লাইরিক পাইখৎপা )

স্থর্য্যসিং : ( চন্দ্রবু হাতকড়া চনবা ) যাও—

চ : মৈ একবাত বলেঙ্গে।

দাবাবু : অভি নহি হোগা বাবু বেশী বাৎকা কাম নহি জিম্মা হিসাব হায়, কাগজমে হায়।

চ : আচ্ছা, চলিয়ে। ( ময়াম চৎখিবা )

---

## মণ্ডাশুবা মতাং।

### অহানবা উৎপা

### মণিপুর।

বেদামগী শঙ্গোই।

ফিজেৎ মোৎনা কুমারী হিপ্পা যুগোল ফম্বা।

কুমারী : ইমাগী ইবুংঙোদো হা—চন্দ্রসিং!

যুগোল : নচাগী রাখনদো খর থাদোকখো, নশাগী অনাবা ফনবা খর খনখো। চানিং-থকনিংঘস্থ খর মনিং-শিংঙ করি চাগগে হাইয়ু।

কুমারী : ঐ করিম—ত চাজ—নিং—দে ইচা—দা উরবদি—

যু : কুমারী! ওম্মোকপনি নংসি পংগ্রেদা! নশা নাত্থনা লৈরগা করম্না নচা মশক উগনি? মাদি মণিপুরদা

তাপ লাকলবোই– মাসি ঐগা নংগা তবারক ঙাংন-রবনি। ঐখোয় অনি চৎতুনা থিকসি ইচানা লৈবা মফমদা লৈকসি অস্থুপ চোপনা অস্থুপ নংনা মণিপুবদা লৈবগনুসি হায়নদ্রদো। লৈত্তবগী মবম্না শিং চন্দুনা পৈশা তানবদা, নোংম-নোংমগী রাৎশিল্লকপনা হেন-হুনা চৎননবা খচ্চ' ফংদহুনা লৈবিঙৈদা— নহাক্না নাশিল্লকইবা অসিনিদো। না য়েক্তিঙৈদদি খরা মফ-বমই, কদাই হৌজিক্তি— —অহুক খব চাও, খর থকউ নচাদা কৌহুনা লৈববদি কবম ফগনি। অনাবদি নোংম-নোংমগী হেনজিল্লকই— ( বেদাম চংঙকপা ) এ -ইবুংঙো চংবিবকউ।

বেদাম : করম তৌবনো ?

যুগোল : অহুগী অহুনঙাই ইবুংঙো ! অনাবসি থোইদোকনা পোত্থাফম খংদ্রি। অহুগা রা ঙাংনবর ইয়া যাশিল-লক্রে মচাতা কৌহুনা লৈখ্রে।

বে : ইতৈমা ! চন্দ্রগী মবমদা থোইদোকনা খল্লুগনু। মহাক্কী লৈফমগী মরমদম্থু ঐখোয়না তাবদো শোইদ্রে। মাগী মরূপ মপাং অঙাংশিংনা চিকনা হায়নরে শোইরবোই। ফোংবদি য়াদে সে–সে–আসাম হুলিচান বাগানদা লেংদনা লৌরে হায়না তারে। অহুনা মাগীদমক থোইনা খনবিকরগনু রাকরগনু। নারিবা অসিদা ফনবা

তৌখিসি ( অনাবদা য়েংবা ) করিনো—ইপং পংথবগুম তৌইদা —

যু : ইবুংঙো ! ঙসিদি লৈখোনবু মতা অমা ওইনা তৌই। মাগী ওঝানা হায়রিবসি তারিবরা ? নংনা চাক মরু অমত্তা চারক্তিবা ঙসি মরিনি গুরে। চরণামৃত খিত্তা সে—সে — ( পিথকপা রানা থকপা ) মথবাক খেবা অমুক য়াওরকলে।

বে : হোই – তাদবু ! ঙসিদি নিত্তিগা মান্নদে য়েংবা কয়া মুঙোইতে ঐস্লু থুনা কুমজরক্কে স্কুল ঙাইহাক্কদি কাজ-রুখিগে মাইবা অমত্তদি কৌহনজনিংই। ( চৎখিবা )

যু . ফগনি ইবুংঙো !

কু : চ - ন – দ রো ইমা – গী

যু : কনাগুম্বা অমত্তা মনাক্তা ঙাইহাক্তা শংবিনবা লৈখি-দরেদা ! ( কোইয়েং য়েংবা ) এ— চৎলিবসি ইচা কোইরেং মাল্লিদা ! মানি-মানি—হো ইবুংঙো কোই-রেং ! ঙাইহাক্তা চংঙকউগবা।

( কোইরেং লাইবিক য়েগুনা চংঙকপা )

কোইরেং : করি ওইরবনো ?

যু : নন্দোনগী মনাক্তা ঙাইহাক্তা লৈরম্মু ইবুংঙো ! খুড়া মাইবা অত্থক কৌরুগে করি হায়বগে ?

কো : ঐগী লাইরিক তম্বা থেংগ্রবসিনা—রারোৌবিগম্মু খুড়া ইবুংঙো। ( চৎখিবা )

যু : আ—মুংঙাইদা। কাল অমদা মাবু ইচামকনি হায়না খন্দুনা থনমবনি হৌজিক অসিদা কনা লৈখিদববদা মহাকমক্কসু যাদ্রেদো। হা—কৃষ্ণ। ওন্থোক্লা রাখবেদা —অরাবগী লম্বী ওন্থোরা শাংঙিদা——। চৎল চৎলগা অনৌ-অনৌবা ঙকল-ঙকলবা লমফৈ ফাংঙিদা —অনাবগী চাংদি ফৎশিল্লকত্রে, মাইবা থাবা কাল নৎলকত্রে, মাইবা কৌবিনবসু নৌখিদ্রে—হা—কৃষ্ণ। ( থোকখিবা )

---

# মঙাশুবা মতাং।

## ২শুবা উৎপা

# লম্বী।

দুর্গসিং মাইবা

দুর্গ হৌজিক কাল অসি মাইবা কান্নবকত্রে। পুক্কসু, শেনদি থাবোই—থৌবাং তৌবস্থ যাবোই। খুৎলিদা মাইবগী—হিদারা ডাক্তবগী অসিঙাক্তা মঙাইবে, শুবিবা অসিমকপু খব লৈববদি শোইদে তমাধি। হিদাক মনম মুংশিবা ডাক্তবগী, পানা অহাওবা ডাক্তবগী,

ফিদা ফজবা চৌকী ডাক্তরগী, ফজবা অরুবা পোৎ ডাক্তরগী— লেংঙকপদি মীকুপ অমত্তা— লুপানা মঙা-মঙা। অহিং লেকপা মাইবা, থৌরিফিদা ফম্বা মাইবা, শেল ফংদবা মাইবা মুংঙাইদা কাল আসে। শিরম-দাইদদি খাংপোক-খাংপোক—ডাক্তরনা মৈতৈ মাইবা মহাইবা, অমনসু-অমনসু হা— খব থুবিয়ু মহাইবা, অরাবমখৈ ঐখোয়না নুংঙাইবমখৈ মখোয়না করি পাপননো— মৈতৈ মাইবনা তৌবিবসে : শেক্তা চপলে নুং অনিগী মবক্তা হা ঙল্লে। অদুগা লৈকাইদা মাইবা শাবা, রাশাসু শাবা লাল্লুপসু কাবা ঙম্মরোই-ঙম্মবোই। চিরোমদা তরানি পৈশাদি খুবাকমই, ঙসিদি হাঙবমদবু চৎলগে—( চৎকে তৌবা যুগোল লাকপা )

যুগোল : ইবুংঙো লেংঙসি।

দূ : তাদবু ঙসিদি ঐবু—

যু : ইবুংঙো অনাবব ঙসিদি লৈখোন অমা তৌখ্রে, ঙাই-হাক্তা লেংসি।

দূ : হাঙবমগী অনাবসিদি ঐনদি ঙম্মোই হায়জে অদুবু করিনো—ফৌবু থিল্লকপনে, শেলবু পুরকপনে অসিদা ঐবু ইকাইশিল্লকলে য়োরুদ্রবদি য়াম্না নুংঙাইখিদবা তারে রারৌবিগনু। ঐ নুংথিল ওইনা মরাকচরগে।

যু : ইবুংঙো ! ইয়াম্বা য়াম্না খংজবা মীনি। নখোয় খ্বাইগী মরক্তা তিনজরকপনি। হৌজিক অসিদা গতি লৈমনখিত্রছুনা তৌবনি, নংনা ধর্ম্ম অমুক্তংদদি য়েংবিয়ুগবা। নতৈমা অসিবু ঙসিদি নিতিগী লৈখনা নত্রে, মাইবা য়াওদনা লৈবা য়াবা কাল থোকত্রে। মীগী মমাংদা মাইবা য়াওদনা শুমাং য়ৌখ্রে হায়বসিদি নহাক্না থোক· হনবিগন্নুনে। ধর্ম্ম য়েংবিয়ু—হৌজিক অসিদা এনা নঙোন্দা পিনিঙাই করিমতা লৈজখিত্রে, ইয়াম্বগী লৈজরিবা হাইবমক্তবু থবক থানা শুজবা চৎথোক খোত্তোকপদা ইনজবা ইনফী সে, অসিমত্তং নঙোন্দা কচ্চগে। অসিনা মতিক মপা নত্তেকো—ঙাইহাক্তংদদি লেংঙুসি।

দূ : ঐ লৌজরোই তাদবু! গৌড়িয়া মশেম্নি তাদনা অছু য়ৌরবদি—ঐ শোইদনা লাকচগনি লেংঙস্মো।

যু : ইবুংঙো ! তৌবিন্নু লৌবিয়ু। ইয়াম্বগী হৃদি অসি ওস্থোক্না শেংনা কচ্চরিবনি।

দূ : কৈদগী তাদবু — লৌরবস্তু হোরেল অনাবা য়েংলগা লৌজগে। লেংবিরমলো ঐ য়াম্না থুনা, ঐ হাওবমদা হাইফেংত্তা চংজরকখিগে হেক্তা চেঞ্জয়কলগনি। (চৎনখিবা)

---

# মঙাশুবা মতাং।

## ২শুবা উৎপা।

# কুমারী হিংপা।

### যুগোল ফম্বা

যুগোল : মতম। মতম! মতম কৌবা ওম্হোকপনি ঐহাকী পুক্সিগী মন্নুংদা চহি মঙা-তরাগী মমাংদা নং অসে—ওম্হোক্না চান্নরমইদা ঐহাক্না। নশক নতৌনা ফজরম-ইবা নরাহৈ রাঙাংনা লূরমইবা ঐগী মুংঙাইনবতা তৌরমবা নংনি। নোংমা নিপা ওই ঐগী চান্নরবা মরূপনি অচেৎ-অকোম অফ-ফত্তগী মস্ত্রিনি। ইচা চন্দ্রসিংনা মহৈ নিংথিনা তমথৎলকপা ঐনা লল্লোল-ইতিক্তা কান্নজরকপা অত্নুশুম্ব মতমদা নং অসে—হে মতম! নোংমা মুপী ওই—নিংথিজবা শকফম ওইবী —ফিজেৎ লূঃনা শেৎলম্বী—— অ—হ—হ—হ—দারুগানা ইচাবু তান্নরকলবদা হিংচাবগী মশক ওই-খিবা! আ—ঙসিনা অমুক করিনো! মতম! হা মতম। নংগী অরেপ্পা কৈদনো—নশক লেপ্তুবা, নওং নাইদবা, লৈকম খংদবা, লৈতে হায়বস্থ ঙমদবা—চৎপদি ইরেপ লেপ্তুবা অমগী বৈরি অমগী মরূপ নংবু করিনো! নোংমা নখোল মুংশি, মেংই, থোংলি তাবা মুংঙাই। নোংমনা কৈশুমই, মখোল য়াকই,

কল্লি, তাবা ওম্মকত্রে, য়েংবা ওম্মকত্রে, নখোল্লা মাইকৈ তবা হৌনা নিনখ্রে, নওং অহোংবা লৈতনা চাউখ্রে। ওসি নংগী নশক অসি করিনো! আ হা - হা—হা - কবি নখোঞ্জেননো -- করি মতৌনো—করি নওংনো ওন্থোকপা—যম কালগী মশক ওইখ্রে আ- পেল্লে -পেল্লে থংলে। সংসাব হায়বতু অসিরা—মতম নহাকপু সংসাররা—ওসি ইমা দা — হা — কুমারী হৌজিক্তা চন্দ্রসিং কৌরমলগা তুমিন্না লৈরিবা করিগীনো! ঐগী শুরাবগী মতম, ইচাম্থ উত্রবা—ইবল-ইরাল তাকলবা মীগী ময়ুমদস্থ তাংলবা কাল অসিদা কনা লৈজখিত্রবা মতম অসিদা নংস্থ ঐবু থাবগে নিংলবরা। পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ্তা য়াতাববরা! ফরে য়াম্না মুংওাইরে —নংনা নিংবা থুংলোকো—হা- চন্দ্রসিং! —চন্দ্রসিং! কৈদনো নহাকপো— তোল্লবা নপা ঐগী ওসিগী কুম্মৈ য়েংওরো—লৌবি ইম্খোল লৈতরে—ইচা ইশু উখিদরে —মীগী ময়ুম তাংলে, অসি য়োববা মতম অসিদা নংবুতবু নিংলবী- নংগীদমক্তা রাখরবী—নমাস্থ কৌবা থুমখিদরে— লোইবে— লোইরে— মুংওাইবগী কুম্মৈ লোইরে! ( বেদাম চংওকপা )

বেদাম মপানগী থোরাং লোইরে— তাদবু অসি য়োরবদি শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানি।

---

# মঙাশুবা মতাং।

## ৪শুবা উংপা

# গৌহাটী লম্বী।

### কোনষ্টেবল অনিনা চন্দ্রসিং পুন্দুনা পুবা

সূর্য্যসিং কোং : অরে মণিপুরিয়া কৈসে আদমী হো তুম ? ন ঘরমে খানেকো থা, নকোই পুষনে ওয়ালা থা — পরদেশমে পূর্ণবাবুনে অপনে জাতকে সমঝকর তুমকো কিত্না আরামসে রক্ষা হৈ আপনা মুন্সি বনাদিয়া ক্যা মঝেসে রহতে হো ফিরভি উসকে রূপয়ে চুরালিয়ে ?

চন্দ্রসিং : চুরায়া কাহা সাহাব ?

সূ : তো ক্যা ছিপাক উঠালিয়া ?

চ : নহি-নহি ওবি নহি।

ভদ্রশিং : ঝ কহতে হো জেলকি বেঁত পচান বগৈর সচ নহি নিকলগ ন ? ন চরানেসে ন ঝুঠ কহনেসে কভি কিসিমে জুরমানা দিয়াহৈ ? তুমতো সচ্চেহো — হকিম জজহি উল্টা কহতে হৈ ন ?

সূ : শুণতে৷ ভাইয়া ! অব তুমারি ক্যা গতি হোগি ?

চ : জুরমানা পঞ্চাশ রূপয়া ন দেনেসে ইনডিফোল্টমে দো মহিনাকি জেল, কৈসে দোগে ?

চ　: হমারি অকলমে তো কোই রাস্তা নজর নহি আতা।

ভ　: আনাভি নহি চাহিযে, অপনে উপকারিকো নপহচাননে রালে বেইমান জনরর কাঁহকে। তোমারি জিম্মেমে রখে হুযে রূপযে লেকে বড়ে হো•া চাহতে থে। তুমারে বচনেকা কোই র স্তা হোনা নহি চাহিয়ে! নিমক হারামকে বচ্চে।　　( প্রতাপ লাকপা )

প্রতাপ : ( চন্দ্রসিং য়েংহুনা ) হা•মা তাইবুংঙো! ( চন্দ্রসিং খু•দবা ) তাইবুংঙো চন্দ্রসিং নক্সনে? ( খু•দবা ) করিগী খুমন্রিবনো— কবি তৌরবগে? ঐহাক্না গৌহাটীদা লৈবা চহি অমা ফাবকলে, মতম অম্নুপ কুইবদি তাইবুংঙোবু নোংমতস্নু উদে; ওসি তৌরমলিবা অবস্থা অসিনা কবিনো! খুমবিযুনে তাইবুংঙো! ঐবু খংবিদরববা, ঐবু কাওবিরববা পিশক পিকডৈদগী নতুং ইন্দুনা লাইরিক ত•মজরকপা ননা•নিপা সাইখোম প্রতাপপু কাওবিরবরা?

চ　: কাওদে ইবুংঙো! ইয়াম্বা কাওদে। হৌজিক অসিদা ইয়াম্বদা নংনা হংলিবসি করি খুমগনি। ঐ অসে নহাক্কা খং•বা মী অমনি হাযবদা মতিক চাত্রবনি। ইপাপন থল্লবনি, হংলগন্নু ইবুংঙো ঐ খুমফম লৈত্রেনে।

প্র　: কার রানো তাইবুংঙো! ইচিল ইনাওদি চুম•তগী শক্কী মখৈদ খংনবস্নু নত্তে। শানরে নতুং ইনজরকপা চানরে নবক তিনজরকপা. স্কুল অমত্তদা তমিন্নরকপা

অচুগুম্বা ননাও ঐনি। হেক পোকমিন্নবা ইয়াম্ববু হেন্ন নিংজরবা নহাকপু, ইরৈবাকস্থু নত্রবা মীরৈবাক অসিদা মৈতৈ কনা উত্রবা কাল অসিদা, ইমাংদা পুনচুনা পুৰা উরগা কবিগী হংদনি ঙাইবুংঙো। কবিগী ইকাইবিরি? ঐগী ইফমদা করিগী থুপ্পিরি—থুপলগা কান্নবিগত্রা? হাইয়ু তাসি কবি তৌরবগেনে?

চ : প্রতাপ! প্রতাপ! ইযাম্বগী ইবুংঙো। ঐ অসে ইমা ইপানা হাযবা ইন্দ্রচুনা মণিপুরদগী লোন্না চেল্লকলবনি। ডুলিচান বাগানদা পূর্ণ ঠিকাদারগী মোহোরী ওইরুবে। অচুক্তা—নোংমা সুমিদাংরাই সুমিংকী ফজবা মতৌ উবদা, খংহৌদনা পুক্লিংদা মণিপুর নিংশিংলুরেনে ঐহাক্লা—ইমা উনিংবগী রাখন্না মমলুরে—মরূপ মপাং নিংশিংলুবদা ঙাই-হাক্রুং ঙাওকুরে। মতম অচুদা রোজগী পৈশা তানবা কুলিশিং লাকই, ইয়াম্বগী হখুৎনা শেল য়েল্লি। মাচুদা লুপা নিফুগী হিসাব হোরে—মাচু ঐনা উৎপা ঙমদরে, বিচারদা এগী জবি লুপা যাথ্থে তৌরে—ক্ষতি নিক্সু, সরকারগী তরা ঙসি খিত্রগা ইণ্ডিফোর্ন্ট জেল থা অনি মিয়াদ, অসিনি থিরবদি কোক্লনি। ইয়াম্বগী অরাবসি কদৌক্লনি তমচুনা—নংগী নপুকচেল, মহৌশান, ইয়াম্বনা থংই। নৌরবা পুকচেল্লি মীরৈপাক্তস্থু লৈরবা নংনি, নংবু তাহল্লগা সুংঙাইরোই হায়চুনা তৌবনি। ইয়াম্বগী-দংক করিস্থু খল্লুগন্নু—লৈহৌবোকো— ইয়াম্বা চৎলগে।

প্র : ভাইখো তাইবুংঙো ! ঐনিনে, ননাওনিনে লৈরিবসে — প্রতাপ লৈরিনে তাইবুংঙো ! লুপা য়াংখৈ জরিমানাগীদমকপু ননাও নিপা প্রতাপ ঐহাক্না ইমাংদা ইয়াম্ববু থা অনি ফাদোকতাবা অ —— করিল্লানো তাইবুংঙো ! ( মপামবোম তিংতুনা ) ইমাংদা নহাকপু পুন্দুনা পুখিবকো—পরিক্ষা পিদ্রে ইরাইবক, লাইরিক হৈত্রে ইরাইবক - ভাইবিখো তাইবুংঙো ( কোং অনিদা ) জনাব ! পঞ্চাশ রূপয়ে দাখিল করণে সে— মুন্সীবাবুকো ছুট জায়োগা ?

স্থ : হা——ছোড়দেঁগে ।

প্র : দাখিল কাহা হোগা ?

ভ : কচ্চরিমে ।

প্র : আচ্ছা তো—মৈ দেতা হুঁ চলিয়ে ।

ভ : বহুত আচ্ছা । ( চৎমিন্নখিবা পূর্ণ চংঙকপা )

পূর্ণ : ( মথন্তা ) কুলিশিংগী মমাংদা ইকাইদা ! আসামীয়া বাঙ্গালী, পঞ্জাবী, নেপালী, হিন্দিস্থাণী, মারওয়ারী লমশাং অসিদা লৈবা, লমশাং অসিদা লৈবা ভদ্রলোক পুম্নমক্না মমাংদা ইকাইদা ! মৈতৈ মিংদা থিনবা ওস্থোক্লা থিনা তোৗরমলেদা । মতৌদি ইমোন মোন তুমিন লৈবা হৌদোংগুম চন্দ্রসিং ! নং মৈতৈনিকো—( চৎখিবা চন্দ্র প্রতাপ লাকপা )

প্র : তাইবুংঙো। হৌজিক্তি অতৈ-অতৈদা চৎথ্রগনু ঐগী ইনাক্তা অমুম্মক লৈরে।। এম্মু ঃ মৈতৈমচা অমত্তা উদবা অসিদা যাম্না রানা লৈববনি অদুনা ঐবু থাদোকপিরগনু। চাবে চামিন্নগনি, হেল্লে হেমিননগনি। ঐগী পরিক্ষা হৌগদবসু নকলে হেক লোইবগা পু লং তৌরবসু ইচিন ইনাও মণিপুর পুল্লপনা থোকমিন্নবসি।

চ : অতৈদি লাইরি প্রতাপ নংনা ঙসি তৌরিবসি করিনো! ইযাম্বদা অদুবৈগী লমন শিংলিবব ?

প্র : কবি লম্মন ?

চ : ঐনা নকোক থুগাইখিবা অদুগী লমন শিংলিবরা ?

প্র : ওস্থোকইদ তাইবুংঙো! মাতুগুম্বা রাথনদো— খনবিকরনু। ঐদি মাতু কাংথিবা মতম কুইখরে। কৈরোই লৈকাই অমত্তদা লৈমিন্নবা পেংকমিন শাৎমিন্নব' হায়বদুদি তরা থোক্না খৎনবা ঙাক্তনি মীবৈপাক্তা মৈতৈমচা ইচিন ইনাংতা উনবগা মাতুগুম্বা ভাবতু তৌবিগনু। ঐগী কোক কাইখিনদো — তাইশিনখিব মুমিত্তো পুক্লিংদা কাইনা থল্লম্বা অদুসু অদুম্মক তাংশিনখ্রে।

চ : নংগী কোক্তি তাইশিনবা য়াই। ঐগী থম্মোই কোক্তা ঙসি নংনা লুপা য়াঙ্খে চৈনা হংগাইবসিদি, মপোক অসিমগী তাইশিল্লকদবা লৈত্রবনি ; ঐগী পুন্সি চুপ্পা কাইরগদবনি। হা- প্রতাপ! ঐনা তৌখিবা পাপ অদুগী

লমন মশিং অসে—ওন্থোক্লা থিনা কাইরেদা ইয়াম্বগী থম্মোয় অসে।

প্র : তোকপিরো—নত্ত নত্তবা খনবিরগন্নু, ঐগী ইনাক্তা লৈবিবো মণিপুর থোক্লবা তৌরসি।

চ : হায়রগন্নুবা ইবুংঙো। মণিপুর পলক্লগন্নু ইয়াম্বদা।

(দাফাদার লাকপা)

দাফাদার : ইবুংঙো মোহরী বাবু !

চ : করিনো তাদা ?

দ : মণিপুরদগী টেলিগ্রাম অমা ইবুংঙোদা থুংনবা পূর্ণ বাবুগী ঠিকানাদা লাকলে। মাসি অতুক ইবুংঙোদা পিক হায়না পূর্ণ বাবুনা থাবকতুনা পিগে লাকচরি। সে—সে—লৌবিয়ু। (টেলি পিবা)

চ : (লৌবা—ফাক্তোকতুনা পানবা হোৎনবা)

দ : ইবুংঙো ইয়াম্বা হল্লগে।

চ : ফনি (দাফাদার চৎখিবা)

(টেলিপাবা অওকপা অমস্তুং রাবা)

ইমা ! ইমা ! ইমা ইবেম্মা—ঐবু হুন্দোক্তুনা কৈদনো—হা— ইমা ! নংগী অরোইবা মুমিত্তা পূণ্যচেল্লবী নশকপু পাপাচল্লবা ইমিৎনা উজদরে। ইমাগী ক্রিয়াধার সেবা ফংজদরে—রারোবিগন্নুনো ইমা ইবেম্মা ! নহানমুক্কী—আজর্ম্মগী ফল, হন্দকমুক্কী কর্ম্মগী দোষ ফংজরে-ফংজরে ইমা ! নংগী অরোইবা মুমিত্তা সেবা ফংজদরে।

প্র : কবি ত্তৌববগে তাইবুংঙো ?

চ : ইবুংঙো —ইয়াম্বগী ইবংঙো প্রত্তাপ। মপোক-মপোক খুদিং নংগী লম্মন ত্তোল্লবা ঐনি— মপোক-মপোক খুদিং ঐগী মপু নহাকনি। হন্দকী জর্ম্মদদি নংগী লমন শিংবা ওম্মমদয়ে রাবৌগনুকো— ইয়াম্বা মণিপুব মাই ওল্লরোই— অমুক হুমবা তম্মবোই— মৈতৈ মশক উগদবা ওসি লোইবে। নংনা মণিপুর চংশ্রগা কনাদস্তু ঐগা উম্নে তম্মুনুকো—ঐবু পোকপা ইপাদস্থু হায়বিরুনু। ইয়াম্বগী থম্মোয় অসে—মহৌশা রাহৈ শম্বী, চুগম্বা পাওতম্বী টৈলী কৌবী পাপচেনবী অচ্চিং মুংথিল পোখ্খাদবী মহাক্লা পুবকপা মপাও ব্রজনা থাবে। ইয়াম্বা লৈফম খংদবে চাকলে- খাংফম লৈতবে। প্রত্তাপ! ফজেদা ইনাওদে—ওসি লোইরে ঐনা নংবু উগদবা অমুক্তা কোনগে ইয়াম্বা ( কোনবা ) চংলগেকো—ইয়াম্বগী ইবুংঙো চংলগেকো ( টৈলি ভুন্দোকপা ) হা — ইমা! হা — ইমা ইবেম্মা। নচা চন্দ্র তানজরকলে — মফম কৈদনো অপোকপী! ( চেনখিবা )

প্র : তাইবুংঙো! অমুক্তা হল্লকখো।

চ : ( মুচুংদা ) হা—প্রত্তাপ ইয়াম্বগী অরোইবা——

প্র : ( টৈলি খুন্দুনা পাবা ) চিরোম চন্দ্রসিং কিয়ার ওক্ সৌগাইজম পূর্ণ কন্ট্রাক্টব পি ও গৌহাটী আসাম

ফুলিচান বাগান। ইউ্ওব মাদাব কুমাবী ডাইদ এষ্টাবদে এট মাই হাউস্। ফ্রোম রাহেংবম বেদাম মণিপুব জন্‌ষ্টোন হাইস্কুল। ইম্ফাল কুমাবী। কবিনো হাইবি-সিবো—ওঝা বেদামগীদা লৈতবা। কবস্বা খুত্তানো—ঙকথ্রেদা। চন্দ্র চংথ্রে থামবা যাখিদবে মমা কুমাবীস্সু শিথ্রে, মখোযগীদি মখোই ওইথ্রে। হৌজিক ঐনা কবম তৌবা। পবিক্ষাগী ফিস্ পিনবা লুপা যাখ্রেদং পুন্‌বকপস্সু মবম অমগী কান্নখ্রে ইথুঙা লৈত্রে, মীবৈপাক্তা উপায অতৈস্সু উদ্রে, মশেম ফিস্ শোইববদি পবিক্ষা পিবস্সু যাবোই। হৌজিক অসিদা ঐগী মবূপ কনা লৈবিবা —( খনবা ) টেলিগ্রাম নত্রগা অথুবা চিঠি পিগদবসি কনাদনো—ইমাদি ইমানা পিবকপা ঙমগনি হায়বা থাজদ্রে, ঐগী চিঠিমখৈ মপাও অমত্তা হল্লকখিদ্রে কার্ড লৈনঙাই পৈশা লৈজদবমাল্লে—মাতুদা অমুক্কা চিঠি টেলি ইকববদি লাইবিক অতুনা বত্র ওইকবগনি। চন্দ্রগী মপাওস্সু মপাদা ইদবা যাদে—ঐবু কবমনো। ( চংখিবা )



# মঙাশুবা মতাং।

## ৫শুবা উৎপা

## দুলিচান বাগান।

প্রতাপ : ( রানা ) ইমা য়াদ্রে ইফম খংদ্রে কনাদনো ইগদবা! অহিং নোংশোইবা খনবদা খনফম থোক্রে। অচিকপা মফম থিরকপদা মিৎকী লমজিং তুংইনবদা মফম অসি য়ৌরকলে। অতুবু কলম! নচিনদা কনাগী মমিং পল্লিংবা! ( পূর্ণ থোরকপা )

পূর্ণ : ইবুংঙো! নংবু মৈতৈ মাল্লিদা?

প্র : ননাই ঐ মৈতৈনি।

পূ : মণিপুরদগীরা?

প্র : মানি।

পূ : করিগীনো নংনা অসিদা লাকইবদে?

প্র : ননাই ঐহাক মফম অসি য়ৌরকপসি--করম তৌনা য়ৌরকপনো হায়বা খংজহৌদ্রে। অচিকপা মফম থিরক-পদা মিৎকী মতুং খোংনা ইনখিবনি। মফম অসি করি কৌবগে হায়বসু খংজদে ঐ করিমতা মথোং খংজদে খুড়াবু!

পূ : অচিকপা মফম থিরকইবদি করিগীনো?

প্র : চিঠি নত্রগা টেলি অমতং ইগে খনজবনি। কনাদা ইগদগে হায়বা খনবদা মমথন্তুনা অসি য়োবকলিবনি।

পূ : ( মথন্তা ) কবিনো হায়বিবসিবু! ( ফোংনা ) ঙাইখো, ইবুংঙো। নংবু কবি থবক তৌবিবগে ?

প্র : লাইবিক তমজবি।

পূ : কয়া কুইবে ?

প্র : চহি ফাগদৌবে।

পূ : নমিং কবি কৌই ?

প্র : প্রতাপ কৌজে।

পূ : কযুমনো ?

প্র : সাইখোমনি।

পূ . করি লাইবিক তমলিবা ?

প্র : হংচিৎ এণ্ট্রেস পবীক্ষ. পিজগনি।

পূ : ইঃ—য়ায়া তমলেনা টেলিগ্রাফতি কবিগীনো ?

প্র : সুম তৌই খুড়াবু! চিবোম চন্দ্রসিং কৌবা ঐগী মরূপ অমা ঙবাং লম্বীদা উনৈ। মহাক অদো ফাটোক তায়ম্মে, মরমদি—জবিমানা লুপা যাঙ্খি থিদবগী। অদুদা ঐনা থিত্তুনা থাদোকখ্রে।

পূ : ঙরাং ?

প্র : ঙরাং। মাবু ঐগা লৈমিন্নসি মণিপুরস্তু থোকমিন্নসি হায়-রিঙৈ তাঞ্জা অদুদা মমা শিবগী টেলি লাক্তুনা মাখি ঐনা

খাম্বস্সু য়াদ্রে, মফম খংদনা অঙাওবশুম চৎখ্রে। মপাঙ অসি মাবু পোকপা চিয়োম যুগোলসিংদা চিঠি অমত্তুং ইখিগে অতুগা—( মক লুকপা

পূ : অতুগা হায়বগা লেপলবদি কদৌরে?

প্র : খুড়াবু ……

পূ : হাইয়ু তাসি।

প্র : চন্দ্রসিং কল্লখিবদা ঐগী পবিক্ষাদা পিননবা ফিস্ লৈজদ্রে —লুপা খরদং পিরকনবা টেলিগ্রাম অমতংগা ইগে—

পূ : হংচিং নংনবা টেলিগ্রাম কনাদা তৌগদৌবি।

প্র : ইপা লৈজদ্রে, ইচিল ইনাওস্সু অনি শুজদে। ঐনা অসি ফাওবা লাইবিক তমজবকপা অসিদা ইপানা থম্বিবম্বা লৌবি ইস্কোল ফাওবা য়োল্লবনি। মাসিগী খল্লুবদা মীশক কনাদা টেলি তৌগদগে হায়বা খনবদগী জ্ঞান মমপ্পতুনা মিৎনা চিংবা মতুং খোংনা ইল্লকতুনা মফম অসি য়ৌজবকইবনি। খংদ্রে খুড়াইবুঙো কলমনা কনা পুথোকরক্কবা!

পূ : চন্দ্রসিংদি নংগা কবি থোকনৈ?

প্র : কবি থোইদোকপা থোক্লদে।

পূ : অতুদি মাবু করিগী কল্লুবি।

প্র : খুড়া! মহাক মৈতৈ মচানিদো, কৈবোই লৈকাই মচানি, করম দৌনা লুপা য়াম্নেগী দমক্তদি ইমাংদা ফাটোক তাহনশিগদো খুড়া!

পূ অা—লুংঙাইদা । ( শোনবা ) লুংশিগ্রেদা । ( যেংনা ) প্রত্তাপ । ঐ মণিপুরদা পোকপা মৈতৈ মচানিনে। নংগী টেলিগ্রাম থুংঙবে ঙাইখো ( ইমুংদগী লুপা খাঙ পুথোকপা ) সে— মণিঅর্ডার তৌবকলে লুপা চনি সে—লৌবোকো— পরীক্ষাগী ফিশ পিনকবো , অবেম্বনা খরচ ওইদুনা মণিপুর থোকনৌ। চংলো ইবুংঙো।

প্র ইস্—লুংঙাইখবেদা খুড়া ইবংঙো। ঐ রাবনা মফম খংদদুনা লৈবমলবনি, ঙসি খুডানা তৌবিবিবা অসিদি করিনা লমন খুমজগনি ঐ হাক্তফম থোক্কে। লুপা অসি মাংহনজবোক্ত খুড়াগী ঠিকানা পিবিয়ু ঐ শোইদনা শিংজগনি। লুপা শিংজবকুসু মপোক অসিমা খুড়াগী লম্মন তোঙ্কবনি ঐহাক।

পূ ঠিকানা তাকপদি ত্তাক্কে, লুপা শিংবদি খল্লুগনু সে—খুড়াগী মিংদি পূর্ণসিং কৌই, যুমনাক্পা সোগাইজমনি। হৌজিক্তি তুলিচান বাগানদা লৈবি, মণিপুরদদি চিংঙা মখাদা লৈবনি ঐ। ঐনা ঙসি নঙোন্দা পিবিবা লুপা অসে মণিপুরদা পুনসি কৌবা ইনাক খুনবা হল্লুবা অমা লৈ খংব্র ?

প্র খংজে ঐখোয অতুরাইদা লৈবনি।

পূ হো—খুড়ানা মাগী লুপা খরা তোল্লি, মাতু শিংদোকখিগে হাযনা থম্বনি। অতুদা—নংগী টেলিগ্রামগী বিষয তাবদা মফম খংহোদ্রে লুপা চনি নঙোন্দা মনি ওর্ডার

ভৌগ্রবসিনি। শিংগে নিংলুবগনু ঐনা নঙোন্দা দান তৌগ্রবনি। হৌজিক্কী চন্দ্র হায়বা চণ্ডাল নংনা হায়খিবদো মহাক্কা খুড়াগী লুপা মাংহনবনি। মহাক মৈতৈ মচানি খুড়াসু খংদবা নত্তে খংই অতুমনদি ওইববদা তুমিন থাদোকখিসি - খুড়াগী মতুং থবক য়াররোইদো—অস্থুক যাম্বা লাখ ক্রোবগী থবকসি মাদৌনা অতৈসু তৌশিল্লকতুনা পুবা ঙম্মোইদৌবি খুড়াসু য়াওনা মাইথিরবদি আসামদা মৈতৈ তাবা লৌথিবনিদো - মাতুগী তৌবনি। মহাকথক্তগী মৈতৈ মাইদা কালী তৈববনি, নংনা পরীক্ষা নিংথিনা ঙমতুনা মৈতৈ মিংদা অমুক্তা ফজহল্লু অতুনা হেক্তা লোইবে অতৈ পামদে। ঐনা ঙসি নঙোন্দা পিবিবা লুপাসে পূক্নিং শেংনা হবাওবগা লোইননা পিবনি। চৎলো-চৎলো পবিক্কাগী ফিস্ হৌজিকমক পিরুবো।

প্র : পিজরুবগে— ( খুকমতুনা চৎখিবা )

পূ : ( ওকপা ) প নশিদা চানিপানদা থাখিবা তাবে, চনিগীদি চিঠি ওইনা কোনগীদমক ইগ্রগে। উং – মৈতৈগী মবমদা ওস্তোক্লা রাবম্বা ঐনি, নিপামচা অসি ঙসি উনবদি ওস্তোক্লা মুংঙাইখরেদা—হা—কৃষ্ণ। নংগী লীলা অসি কনানা খংবা ঙমগনি। ( চৎখিবা )

---

# মঙাশুবা মতাং।

## ৬শুবা উৎপা

## পুনশিগী য়ুম।

পুনশি ফম্বা।

পুনশি : মং হা-না চোইবিবা, মিৎলু পাম্বোমনা চোংঙিবা, চাই-থকই হাওত্রে, হিপই-তুমই য়াদ্রে—কবিনো ঐনা তৌবিবসিবো! অহিং নোংশোইবা তুম্বা য়াখি-দ্রতুনা ফ্রৎ-ফ্রৎ ওন্দুনা খাংলে—নোংঙাল্লম নোংঙাল্লম-দাই ঙাইহাক্তুং উবল তৌবদা লুপা উপু মনাক্তগী ঙোবোক ঙৌবা চাওশাংখ্রবা নিপা অমা নিতিগী থোর-ক্লুনা ঐবু নমতুনা মংলাকনগদবগী অসিনা নোঙ্গাংদে। কবিনো - নোংমতা পোথাবা ফংখিদ্রে— শিরমদাই য়ৌববসিদা কবম তৌসিবা!

যুগোল : ( খুকম্বা ) তাদবু।

পু : ( ঙকপা ) করি থবক্কী ইবুংঙো ?

যু : ননাওগী অষ্টি সঞ্চয়দি হয়েংনি। ঐগী করি অমতা গতি লৈখিদবে। কমদৌসিগে লুপা য়াঙ্খেতদি থংখিয়ু হাইববো—(খুমদবা) পোৎয়েং শিয়েং লাকপা খোমজিন শাজিন তৌজবগা শ্রাদ্ধ মতুং নোংমা কোনবদা অয়ুক্তা ঙন্তানা হেক্তা শিংজবগে—অচোপ অকাই খিজরোই

তৌজৌ হায়বা থবক্তা তৌজরগে। মুপীগী শ্রাদ্ধ শোনবা ঙমদ্রে— হায়বসিদদি তাদনা থোকহনবিগ-মুগবা।

পু : ঐহাকপু— ঙাইহাক্তা ঙাইবিরমখো ( ইমুংদা চংখিবা লুপা ২, পুন্থনা থোরকপা ) ৱাবৌবিগনুকো ইবুংঙো লুপা অনিদং অসি ইয়াম্বা পোপাং ওইনা তৌজগে, তরা কুন ফানা পিবদি ইয়াম্বা অত্থুগা ঐদি লুপা পুথোকপা হায়বা অসিমক্তবু তোকচবে— অত্থুনা তৌবনিকো। ( পিবা লৌবা )

যু : মুংঙাইজরে তাদবু। ( শোনবা ) হায়! হায়! লাই-ৱবা! ( ফোংনা ) মসিনা অষ্ঠি সঞ্চয়গী সেবা ঙমলগনি ঐ চচ্চরগে। ( খুকুম্বা চংখিবা )

পু : ( ওকপা ) ইবুংঙো ফরে। কনানা ইনাক খুনবা, কনানা লাইৱবা—মুংঙাইববু কনানো— !

( ডাগপিয়ণ লাকপা )

ডাগপিয়ণ : চিঠি অসি লৌবিয়ু ( পিবা লৌবা ) অত্থুগা খুড়াগী মিংদা লুপা চানিপাল খক তুলিচান বাগান্দগী পূর্ণনা থারকই অফিসতা লৈরে লৌবিরো।

পু : ( শোনবা ) করিননো চনি ৱাৎল্লিনা চামঙাগী মথোই মরেপতি লিশিংনি।

ডা : ঐ চচ্চরে। ( চংকে তৌবা )

পু : ঙাইখো – নখোয় ডাগ পিয়ণ অসিনা অমুক তম্লিবা চাউথোকইৎসি করিগীনো ?

ডা : করি চাউথোকপগে—কদাইদা তম্লি ?

পু : করি চাউথোক্লে।

ডা : কদাইদা চাউথোকপনোনে ?

পু : লুপা লাকলে হেক্তা মথিল্লকউ অহুদি তৌত্রহুনা পুবা তম্লহুনা লোৗরো ককা তৌরিবসিদি ?

ডা : খংদি খংদনা পংঙাংদা ঙাংগমুদা রাতা ফজদেদা লাইমা ঐনা পূরকপা য়াদেনে।

পু : করিগী য়াদনি ?

ডা : অহনসু ফন মওইরে খর খংলত্রা হায়ববু করি অমতা খংদ্রিদনা। হায়গে তাও—লুপা য়াম্লবদি বাবুশিংগী মমাংদা লোৗবা হৌনবনি অহুগী মতৌবনি। মাসিবু করি চাউ-থোকপনো ? হায়বিগে খুড়া ! মণিপূরদা মথোং চাদবা অমত্তুং হায়রবদা নহাকনি।

পু : করিগী ?

ডা : কদাই খংগনি অহুবু খংলবদি মী ওইরেদনা। মীনা ঙাংন-বসি তারবদি খংগদবনি।

পু : মীনা করি ঙাংনবা ?

ডা : করি অমুক হাইরুনি নশানা মুন্না মথংজরবনি। হাকুম সাইখোমগী য়ুম চাকখিবসি খুড়ানা নরন খরা লৈজবগা চন্দ্রনগা চেনখিবগা অসিনা হিংজহোবা নত্রা ? করি কাম্লগনি অহুক য়াম্না ঙাংঙহুনা। ইহোলোক্কিদি হিংলে,

পবলোক্তদি কৈ লিংকনি। চহি অতু য়োরবা নপোক-থোক নয়া লাংলবদা অতুক ধর্ম্ম কাইনা চংপা হৌনব্রা—করিস্মু লৈত্রবা মীনা চংকদবা শাজংপ্‌ খুড়াদি সঙ্গ মতৌবিবনি হে - য়ে - মাতুগুমবা লমচংতুদি ডাকুদারাং মীনম শোরিবা মীমকনস্মু ঙমদে। হৌজিক নরন অসিনা কবি তৌনগনি—মিংচং লৈবা য়াগদ্রা? শিগদবদি হোরেন হয়েং খংদ্রে। ঐনা হায়রিবসি মিং পাংলবদি উররোই মিং চেজেং উইশিল্লু উবা য়াই। মিচিন অমা হুকপা ঙমদবনি খোমজিন চামদি হুকপনি। কান্নরোই ঙমজবা দান ধর্ম্ম তৌহৌ, মুশুক-মুশুক মুংথংহৌ। শাওবিন্নু খর ঙাংঙম্মে। ( চংখিবা )

পু : ই:—চুমাথ্রেদা! মানা ঙসি হাইরমলিবা অসিদি লাইরা ঙাক্তনিনা। ইতুংদা মুশুক-মুশুক ঙাংনরবোইরে। মিং-না চোংবদি ডাগ পিয়ণগী মিচৈ তাগদবগী ওইরে। ফবে—ঐনা নিংঙম্বগা মান্নরে। ইস্‌—লানথ্রেদা! ছত্রগী লৌনম্নদা ঐনা মুল্লুবা -মী হাংকে তৌরুবা—মীগী যুম - ইস—মাংলে-মাংলে পাপ অসি কবিনা কোক্কনি। মরান লৈত্রবী গুণবতী মৈন্নুংদা থগংপনা অশি অচং খংদ্রি। হা—কৃষ্ণ! কবিনো ঐনা তৌকরিবা অসিবো! ঐ লৈর-ম্নোই— চংলগে। মমা শিগ্রবস্ম কর্ম্ম তৌজহৌনবা মচা-নিপা প্রতাপতা অরৈবামথৈ দান তৌরমলগে। (চংখিবা)

---

# মঙাশুবা মতাং ।

## ৭শুবা উৎপা ।

## লম্বী ।

বেদামগী ঈশৈ শকপা

## ঈশৈ

বেদাম : হরিগী নিংথিবা ফজবা কোলোই
শোঙ্গোনে পৃক্লিং ফনবা পোলোই ।
মহাক্কী কৃপানা যেন্নবা চংলোই
মখোয তরুক কনাস্থু লাকলোই ।
অবোইবা নুমিত্তা কনাস্থু উবোই
নচানশু শাগৈ নহাক্কী তালোই
হরিনাম হীদা গুরুনা হীবোই
লানগনি তাইবং সমুদ্র শোইবোই ।
অকীবা যমগী থৌবিনা পুল্লোই
অরা অনা দণ্ডি কবিস্থু ফংলোই
লৈবিডৈ পুন্সি শোঙ্গৌ মরূপলোই
লৈযেংনা খচ্চবা পোলোইদা ঙম্মোই

**কৃষ্ণগী কৃপা নত্তনা পুনশিনবু অস্থুন্না কদাই খল্লকনি**
**গুরুগী কৃপা হরিনামগী গুণ কনানা শিংথাবা ঙম্মগনি**

হৌজিক্তি মহাক্কী লম্বী চূমলক্লে— ঙসি ঐনা ইবিরম্বা প্রতাপতা পিনবা দান সূত্র অসি পিববদি মহাক্কী ফত্তবা মিংচৎ মুৎলগনি। থোইনা ফত্তবা হন্নুবা নত্তে সঙ্গনা মাংহ-ল্লম্বনি, মীনা হেক হাইবিবামখৈ থাজবা মীনি। (চৎখিবা)

---

# মঙাশুবা মতাং।

## ৮শুবা উৎপা

## ডাক্তরখানা।

গুণবতী হিপ্পা, ডাক্তব কম্পাউণ্ডাব ৱাবিশাবা।

ডাক্তর : মমিং প্রতাপ?

গুণবতী : কনানো—প্রতাপ?

কম্পাউণ্ডব : হোই—প্রতাপ কৌই হাইয়ে।

ডা : তুমিন লৈয়ু ইতৈমা! ইবেন্না লৈয়ু।
মাদি কৈদৌঙৈ থুংঙবা?

ক : ঙবাং সন্ধ্যাদা। মমা উনজগে হায়বৈ অতুদা বাবুগী পারমেশন্ নত্তনদি ঙমজদবনা উনহনদ্রি লৈবদি ঐগীদা অত্নম্মক লৈরি। করম তৌজৌ হায়বনো?

ডা : উনহনবম্নু য়াইনা— ঙাইখো অমুক্তদি য়েংখিগে — ইতৈম্মা!

গু      কনানো—প্রতাপ ! প্রতাপলনে ?

ডা      নচা প্রতাপ লাক্লে ।

গু      হা—( হৌগৎকে তৌবা )

ডা      ( খাম্বা ) ঙাইখো রা হংখিগে ।

গু      প্রতাপকী রা ?

ডা      হোই—নং চাক চারববা ?

গু      প্রতাপ চাক চারবরা— ?

ডা      নত্তে নংবু হায়বনি ।

গু      প্রতাপপু হায়বনি ।

ডা      ( শোনবা ) নো নীড্ ( ফোংনা ) কমলবাবু !

ক      আজ্ঞে ।

ডা      কৌবিরুবো ।                    ( কম্পাউণ্ডর চৎখিবা )

গু      প্রতাপপো— হা প্রতাপ !    ( প্রতাপ চেনশিল্লকুনা )

প্রতাপ : ইমা ! ঐ লাক্লে ।

গু : ( ফুক হৌগৎতুনা মচা কোনবা ) ইমাগী ইবুংঙো ! নং কৈদৌঙৈ লাকই ?              ( কম্পাউণ্ডর চংঙকপা )

প্র : ইমা ঐ ঙরাং লাকই । নংদি অসিদা কৈদৌরম্মী ? ঐদি ঙরাং নহাকপু থিবস্থু ফংদ, য়ুমস্থু লৈরমদ কয়া রাক্লরবা ।

গু : ইমাগী য়ুম মৈনা চাকখ্রে । ইমাবুস্থু মৈল্লুংদগী লৈকাইগী মীনা কনবিবনি, ইমানা মাসিদা লৈবসে অস্থুম তৌই হায়বা অরেপ্পা মফম খংদরে । ইমাদি নংবু থিবা কোইচৎ

চৎপনি হায়না নিংই , মং ওই — হা — ওই ননাক্তা য়ৌব-গুম তৌই অতুদগী মিকপ থোকইবসিনি। ইমাগী ইবুংঙো। ইমাদি ৱাকবেদা — নংবু উদনা শিবগত্রা নিংলুবে। ইমানা নংবু থিবা চৎপা অসিদা নোংমনা চিংথক্কুগী ওন্থে, নোংমনা ঈশিংদা ইবাকনৈ, নোংমনা যাম্না থাপনা উইদো ইমানা, নংগী নফী নবোল মোৎনা নকপ নপাং যাওদনা লাইবিক খব নাকল' যেপ্তুনা, স্কুলনি হাযদুনা চোকনা শাবা শঙ চাউববা অমগী মমুংদা চংখিদো। ইচা চংখবে হাযদুনা ননাক তম্না কন্না চেনশিনজবদা, স্কুল অতুগী থোংদা থোংঙাকপা অকিবগী মশক অমা লৈবমই, মাবু উবদা ইমানা কিবনা লাওদুনা চেল্লকই। লম্বেল হল্লকফম খংদদুনা কোইঙাও ঙাওদুনা চৎলমইদো। অস্থুম তৌদুনা ইমাদি নংবু থিবা কোইচৎ চংলুবেদো। ইমানা ৱাবগী পান্দম হাযনিংঙাই লৈতেনে প্রতাপ। ঙসি মিকপ থোকপগুম নংগা উনবনে—কদোমদগী হল্লক-পনো ইমা খংহৌদবে। ইমাগী ইবুংঙো হা- প্রতাপ ইমাদি ৱাকবেদা।

প্র : ইমা। ইমাগী মংদো খল্লবদা ওন্থোৱা ন্নুংঙাইতনা খাল্লেদা, ৱাকবগন্নুকো ইমা হৌজিক্তি ঐ লাকয়ে।

গু : ইমা ৱাববোই—কবিগী ৱাজকনি ইচা লাক্লবদবু।

ডা : ( শোনবা ) অতিয়াগী থা, মমাগী মচা--

( পুনশি চংঙকপা )

পুনশি : বাবুশিংবু তাবিয়ু নমা নচাসু তাও-ইবুংঙো প্রতাপ! সে—উইল ( পিবা প্রতাপ লৌবা ) সলাম কৈথুদা লৌ পরি অমগা, ইখোল অমগা, ইরোই অনিগা লৈরি মাডুগা লুপা চহুমগা অসিতদি ঐগী লুখোইবগী তন্নিখ্রে। অতু নত্তবা লৈজবা পুন্নমক থাক্তনা নঙোন্দা দান তৌরবনি, নমা নচানা ঐগী ইরাল কোকপিয়ুকো। ঐনা নখোয়গী নফমদা লাল্লিবসিদি হায়দুনা কান্নদ্রে, নখোয়না কোক-পিবা নত্তনা সংসার অসিদা কোকপিনিংঙাই লৈত্রে।

প্র : করি রানো ইপনবু! ইমা ইচাদি ইপনগী লমন তোল্লি। কবিগী ইপননা নন্দ-নত্তবা হাযবিবিব অসিবু তৌবির্গনু।

পু : নত্তে—দ্রান লংনগনু প্রতাপ! পনগদবদা ইচিল অসিনা ঙমদ্রে, নমাগী মশক উবদা—মমাংদা চুমনা লেপ্পা ঙমদ্র-বনিনে প্রতাপ! ব্যবহাব কাই হায়দুনা ইপনবু খনগনু ঐগী ইরাল ফোংগেনেকো—ইবেম্মা গুণবতী ঐ লানখ্রে নহাকী নফমদা- লান্দবনা মফম খুদিং মঙ্গল ওই হায়বা নহাকথক্তা নিংথিনা খংজরে। সতী! দোষ তৌরগনুকো ঐঙোন্দা। সঙ্গী দোষনা হা-প্রতাপ! ঐনা নমাদা নত্তবা পুক্লিং নিংঙবে, হাইহৈদবা রাহে ক্রয়া হাইরুরে, হৌজিক অসিদা খল্লু খল্লুবগা পাপ চেল্লবা হুকচাং উকংসে —রাখল মৈনা চাকলে পোথাফম খংগ্রে, লৈফম লৈতরে। শামুনা তাল্লগা য়ারক্তা পাপ লংঙগা লংঙবদা ইরান

কোংজরবা পাপীনি ইকাই ইকি হুন্দোক্লমা চেনশিনজ-
রকলবনি ঐহাক্কী দান লংনম্ন প্রতাপ !

প্রতাপ : দান লংনজরোই— তৌজগে, ইমা ইচা শঙ্গোই মচী
শমদা লৈজগে, য়ুমজাওহুদা লৈবিয়ু ইপনগী পুনশি-
সিমা ঐমা ভমজবা সেবা তৌজখিগে। ঐখোয়দি
ইপনগী লমন তোল্লি—এনা লাইরিক অসি য়ৌজরিবসি
ইপনগী কৃপাননি। পুক্লিং হায়বসি লেপতবনি ফত্তবা
থল্লম্নসু থাদোকপা য়াই। নিংবতনা থোইনা পাপ লৈতে
হৌজিক্কি হৌজিক খনবিরিবা অসুম্না ফনা খনবিয়ো।

যু : ইবুংঙো—ঐগী দান অসিদা হান্না লৌখো—
(যুগোল চংঙকপা)

প্র : (খুরুম্বা) খুড়াইবুংঙো চিঠি ফংবিবরা ?

যু : ফংই। (ওকপা) চিঠি মরোন তাবদা খুড়া পেনখ্রে
প্রতাপ ! পাপ চেল্লবা নয়াম্বদে। নংনা বন্দি কোকপিবা
কনা লৈত্রবদা সহায় তৌবিবা করিনা লম্মন শিংগনি
খুড়াদে। চন্দ্রসিং চৎচখিসন্নু মশকন্সু য়েংনিংত্রে খুড়ানা
মাবু হৌজিক উরুহুনা করি তৌনগনি। লাইগী পুকচেল
চেল্লবা লাইগুম্নবা নহাক্কী মাইথোং অমুক্তং য়েংগে
লাকপনি। চন্দ্র উত্রে, নন্মান শিরে, লৌরি ইখোল
লৈত্রে—ইয়ন ইয়াং তাকলে—নন্মানগী শ্রাদ্ধ হয়েংনি
ক্রিয়াধারি থাং পাইবদগী য়ুম শেংদোকপগা নহাক লাকলে
তারহুনা নশকতা অমুক্তং য়েংগে চেল্লকপনি। খুড়ানা

শিঙ্গ্রবদি লাইনা তগনি, খুড়ানা নংগী লমন ইশাঙ্গডতা ওইরবসু শিংখিগনিকো খুড়া হল্লগে—( চৎকে তৌবা )

প্র : ঙাইবিখো, হৌজিক তাকপিববু শ্রাদ্ধ হয়েংনি হাইব্রা ?

মু : হযেংনি। নঙ্গোনগী দমকনি হাযদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরনদা কংনবা চেং পোইদিং মরু অমা ফাওবা লৈহৌব্রিনে খুড়া নি - হুম অদুক তৌরুখিগে— লৈহৌরোকো চৎলগে।

প্র : অমুক্তদি ঙাইবিখো। ( পুনশিদা ) ইঙ্গোনগী শ্রাদ্ধ অসিদা কবিগুম্বা খবদং কচ্চখিবা য়াগব্রা ?

পু : নহাক্কী ননিংনি। কবিগী অমুক হংডি ঐগী হায়বা অমুক খাক্রনি, নংগী যুম্ফম পাট্ট, নমাদগী ছত্রনা লৌরম্বা। যুগোলগী সম্পতি লৌরি ইঙ্খোলগী পাট্টা- নিলামদগী ঐনা ওকপা ! অদুগা ঐগী লৈজবা অপুম্বা - লৌরি ইঙ্খোল, যুম কৈ, সনা লুপা যণ ইরোই পাওনে—অদো —লুখোইবগীদা খর তমবিরগা অতৈদি ঙম্না য়াওর-বনিনে। ইহে—অমগা কাওগনু - কাওবা য়াদবা রা অমগা লৈরি। ঐনা ইরিবা অদুদা দলিন পুম্নমকসু য়াও-রিবনি, অদুগী মনুংদা ডুলিচান বাগানদা হৌজিক লৈরিবা সৌগাইজম পূর্ণদগী লুপা চনিদংদি তাললুরগনু মাদুদি ঐনা শিংলগনু হাইখ্রে। মাদু নত্তবা অতৈদি লোইনা কংলবনি। ইপন য়ুমদা লৈররোই, শ্রীবৃন্দাবন দর্শন কংঙুরগে—ঙসিদগী অম্লুম মচৎলগনি।

প্র : ঙাইবিখো— তীর্থ লেংঙবস্থু উসবনচিংবা কংলুখিসি। খুড়াইবুংঙো ! ইন্দোলগী শ্রাদ্ধ অসিতদি ঐ ফংজরগে অহুগা খুড়াইবুংঙোগী য়ুম কৈ মানচাং লৌরি ইখোল খোং-খোংপা হন্দোকচরবনি পাট্টা অসি লৌবিয়ো। ইন্দোলগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মস্থু হায়গী য়ুম্ফমদা কংলগনি। লেংঙসি— ( ময়াম চংখিবা ) গুড্ মোর্নিং বাবু।

ডা : এস্ এস্ গুড্ মোর্নিং।

---

## মঙাশুবা মতাং।

### ৯শুবা উংপা

## ব্রহ্মপুত্র মপান

চন্দ্রসিং : কদাইদনো— অচিকপা, কদাইদনো অইংবা- থয়ায় অসি চাকলে। হা—নোংদম্বা ! হা—বিধাতা করি অম্মুপ থিনা তম্বিবা। মিকুপ মরুমদং পোথাফম লৈত্রে, সংসার অসি মৈগী মশক ওইখরে। মৈনা মৈরি থোকনা চাক্লগা ঈশিংনা মুংলি, চন্দ্রসিংগী থম্মোইমুংদগী থোরকপা মৈসিদি মুংননবা ঈশিং লৈজত্রে- মুথংপা য়াত্রে, তাইবং শিল্লে, মালং থল্লে- চন্দ্রসিং মুত্রিবামখৈ মুংনফম লৈত্রে।

পিশক পিকচৈ নম্বিং তারকপা জামুদগী মচাবু অমাবা কোকপিবা ব্রহ্মকুণ্ডগী দি মপান্না ব্রহ্মপুত্র কৌবা লান-বিহৈবা মহৌশা ইচেল কাইবিগম্নু ; ফজবা নিংথিজবনা তিল্লিবা, আসাম লৈবাক্কী তুরেল নিংথৌরেল হে— ব্রহ্মপুত্র! পশুরাম মিংচৎ হাপপিবা। মমা হাৎপা পাপ কোকপিবা নংনিদো। মীগী মমা হাৎকে থৌরাংবা ইমা হান্না শিথিবা, থা'নফম লৈত্রবা ব্রাথল মৈনা অহিং নুংথিল চুপনা চাক্লবা পাপী ঐগী মৈ নংগী গর্ভদা মুৎচগেকো — হা — ইমা। ইমা — পলেম অপোকপী——  ( চোংথখিবা )



# মঙাশুবা মতাং ।

## ১০শুবা উৎপা

## মণিপুর

পুমশিংগী লৈরম্বা মুম্বা

গুণবতী প্রতাপ ।

গুণবতী: ইবুংঙো নংগী পরিক্ষাগী পাওবু ?

প্রতাপ : ইমা ঙসি নোংমা নিনিসিদা মতারনি ।

( বেদাম চংঙকপা )

বেদাম : ( খবর পাইদুনা চংঙকপা ) তাবিয়ু ইতৈমা । মুংঙাইবা মুমিত্তা মুংঙাইবা পাও—মুংঙাইবগী মথক্তা মুংঙাইবা, প্রতাপ ! নং পরিক্ষা পাস ওইরে, চুমনত্তা পাস ওইবা নত্তে— হোল আসামগী মমুংদা নংনা খ্বাই মকোক ওইরে । খবর অসিদা কয়া নিংথিনা ইরে পাবদা কয়া পেল্লে । অদুগা কনা ওইরিগবা খংব্রে ব্রহ্মাপুত্রদা মৈতৈ নিপা অমা চোংথখ্রে—থিবা হোৎনরি, ফংব্রি হাইনস্রু ইরি ।

গুণবতী : ইস্ - কনা ওইরিগবা ।

প্রতাপ : মশক মমিং ইদরা—ওঝাবু—মুংশা খিব্রেদা ।

বেদাম : 'ইদে—মাসি লাইরিক তাংথা—মতুংদা মরাইনা ইঙ্গ-রকখিনি। সে-ঐ রা হাইগে তাও. নমা নাবা করেদো, নপা এরেট্রেশ পাশ তৌরেব্দ', নরল নথুম লৈরদো—লোকপতি ওইরেদো—ঐখোয়না তাবনা তুরলদি কংজবিবা নরল অসিগী নহাক্কীনি ঐনা অঙাং অইরিঙৈদা ঐখোয় পোকপা ইপান রাবা শাবঙ্গা বানি। নখোয়গী তাদবু পোকপা নপু সাইখোম পবিত্র কৌবা অমা লৈরম্মী হাই, নপু অতু আসামদা থবক শুবদা ঠিকানচিংবা তৌবদা শেল য়াম্না ফংঙি। মতম অতুদদি টৈলি, মনি ওর্ডর খুদোং চারমদে। মরম অতুনা শেল অদো— সনাবুল-সনাবুল ফুমতুনা মক্ষম অতুদা মতোমতা লৈ হাইনৈ। নবুধৌদো মরন অতুগী মরমনা ডাকুনা হাংথি লম্মাংনথি হাইনৈ। ডাকুনা লুপা থংখিদবা য়াওবা তাই, মতু নংনা ফংজনবা পুনশিনা পুবকপা ওইবা য়াই— মাসি থাজৈশেংবা ঈশ্বরগী থৌরমনি। করিনা পুনশি অসি কুলি ওইরম্বনি নবুধৌ লৈখিত্রবদা মক্ষম অতুদ। মাস্থু থবক শুরম্বনি। লৈমুংদগী লুপা সনাবুল অহুম ফংওকপনি। অতুগা থন্দুনা য়েংও, নংনা বিদেশতা লৈরিঙৈ পরিক্ষাগী ফিস পিনিংঙাই লৈত্রিঙৈ, নংনা টৈজি তৌক্ষম থংত্রবা কাল, পরিক্ষা হংচিংতা ঙাইরবদা কদাইদগী ফংথিবা লুপা চনিনো। কাওরব্রা? মহাক্কী কুপা নত্তনা কৈদগীনো

প্রতাপ ! অহুনা হৌজিক নংদি এন্ট্রেন্স পাস ওইরে, নপাঙল চাওরে, নরল লৈরে নংগী নরল নহৈ ব্রাৎত্রে সিদগীদি মতুং তমথবা লাইমা ওমলগনি। অসি য়োব-সিদদি থোইনা হেন্না নিংলো কাওরগনু— সংসার অসিদা ব্রারবদসু মুংঙাইরবদসু ছম্নোকপিবা লৈত্রবা জীবগী থাঙ্গৈশংবা ঈশ্বরতনিকো—অরেম্বা মরূপ।

জোইরবা

